সাহিত্য একাদেমী, নিউ দিল্লী

নোংচুপ হাবম খোবজে লুপ
(নোহাখোল)

ꯂꯥꯏ ꯍꯔꯥꯎꯕ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯁꯥꯍꯤꯠꯌ

# লাই হরাউবা
# অমসুং মণিপুরী সাহিত্য



বাজেন খুমুকচম
ডা: আই এস যুম্নাম

# ꯂꯥꯏ ꯍꯔꯥꯎꯕ ꯑꯃꯁꯨꯡ ꯃꯅꯤꯄꯨꯔꯤ ꯁꯥꯍꯤꯇ꯭ꯌ

# লাই হরাউবা অমসুং মণিপুরী সাহিত্য

# লাই হরাউবা অমসুং মণিপুরী সাহিত্য

(সিনক্রোনীক অমসুং ডাইক্রোনীক ওইনা নৈনবা)

*এডিটবশিং ঃ*

**বাজেন খুমুকচম**

**ডাঃ আই.এস. যুম্নাম**

**সাহিত্য একাদেমী, নিউ দিল্লী**

**নোংচুপ হাবম খোঁবজে লুপ**

**(নোহাখোল)**

**LAI HARAOBA AND MANIPURI LITERATURE**
(A Synchronic and Dyachronic Study of Manipuri Literature)
*Edited by* **Rajen Khumukcham and Dr I S Yumnam**
*Published by* Sahitya Akademi, New Delhi and Nohakhol Yurembam



*First Edition* **29th January, 2011**

*No of Copies* **1000**

*Cover* **Loyalakpa Haraobung, Taobungkhok**

*Rs* **150/-**



*Printed at* **Padma Printers**, Paona Bazar Imphal

# য়াওরিবশিং

# ৱাহৌদোক

ঐনা লাকচবিবা অসি সাহিত্য একাদেমীগী মীহুৎ ওইনা, ঙসিগী সাহিত্য একাদেমীগা নোহাখোলগা পুনশিন্দুনা পাঙথোক্লিবা প্রোগ্রাম অসি ইন্ট্রোদ্যুস তৌবা লাকচরনি। মমাঙগী হৌখ্রবা চহী কযাদা নেসনেল একাদেমী ওফ লেটবস অসিগা মণিপুরগা লৈনবা মবী অসি অযাম্বনা ইম্ফাল সহবগী মযাযদা লৈবা সাহিত্যগী সংস্থান খবখক অদুদা নৈশিন্দুনা লৈবম্বগুম তৌই। চুমই, মতম অদুদ্দি একাদেমীগী থবক অসি ফন্দ ব্রাৎপদগী যাম্না পাক চাউনা পাঙথোকপা ঙম্লমদবা যাউ। লাইবক ফবদগী হৌজিক্তি ভাবত সবকাবনা শেল খবা মবাঙ কাযনা থাদবকপা অমদি একাদেমীনা সাহিত্যগী লাইবিক কয়া ফোঙদুনা যোনবদগী ফংলকপা অতোংবা শেলনচিংবা মবম কযাদগী ফন্দ খবা মবাঙ কাযবক্তুনা মসিগী চহী অমগী পাঙথোক্লিবা থবক অসি পাকথোবক্লে। মতাং অসিদা ঐহাক মণিপুবী লেঙ্গুইজ এদভাইজবি বোর্ডকী কনভেনব ওইনা থবক তৌবা হৌজবকই। অহানবদদি সাহিত্যগী সংস্থান অসি ইম্ফাল মযোলখক্তদা কনফাইন তৌদুনা লৈববা জাৎলা হাযদুনা খঞ্জবমই। অদুবু, মণিপুবগী মফম কয়াদা সাহিত্যগী সংস্থান কয়া অমা লৈবম্বা অদুদা নত্তনা মণিপুবগী মপান্দা আসাম, ত্রিপুবা, মেঘালয, মিজোবাম অমদি বাঙ্গলাদেশ ফাওবদা মণিপুবী অইবশিংনা লিটবেবী এসোসিএসন কয়া লিঙদুনা মণিপুবী লোন অমসুং সাহিত্যগী থবক কয়া পাযখৎপিবম্বা থেঙনবদা ঐঙোন্দা যাম্না পেঞ্জবা অমা পোকখি। কাযথবকপা তোইথবকপা, মচেৎ-মচেৎ তাথবক্লবা মতম অসিদদি হাযবিবা থবক অসি মণিপুব হাযবিবা লমদম অসি কন্ননবা, লমদম অসিগী মীওইশিংবু কন্ননবগী মকওইবা থবক অমনি। ঐনা কনভেনব হেক ওইবদগী সাহিত্য একাদেমীগী থবক অমদি মসিগী পাউজেল মণিপুবী লৈবা মফমশিংদা যৌননবা হোৎনজবক্লি। মফম অসিদা ঙসি পাঙথোক্লিবা প্রোগ্রাম অসিসু সাহিত্যগী খোঙচৎ অদুগী মতুং ইন্না লাকপনি।

ঙসিগী প্রোগ্রাম অসিগী থিমদি লাই হরাউবনি। অহল-লমন, নুপী-অঙাং অমদি অহৈ-অশিং কয়ানা খঙনববা থিমনি। মণিপুরী ঐখোয়না পোক্লকপদা লাই হরাউবগী রাখল্লোন, মসিদা য়াওবিবা জগোয় অমসুং ঈশৈগী ফিজিকেল ইমোসনেল অমসুং স্পিরিচুয়েল বিদম অদুগা ঈবোয়ননা অদুম লাক্লববা হায়না ঐহাক্না খন্দবা ঙমজদে। হায়বিবা বিদম অসি মণিপুর হায়বিবা লমদম অমদি লমদম অসিদা লৈবিবা মী ময়াম মসিগী চীং, পাৎ, তুরেল অমদি লমদম অসিগী মথক্তা উবিবা অতিয়া, ঙাল্লিবা নুমিৎ-থা, থরানমিচাকশিং অমসুং শিৎলিবা নুংশিৎ অমদি চুবিবা নোংনচিংবগী অপূনবগী ওইবা বিদম অদুগা ঈবোযনবমগদবা মাল্লি। হায়বিবা বিদম অদু মশক শেংনা খঙদ্রবদি ঐখোযগী কলচর, ঐখোযগী আইদেন্তিটি অমসুং ঐখোযগী ৱাৰ্ল্ড ভিয়ু শাগৎপদা মপূং ফাগদবা মান্দে। লূবিবদি, কুনমাথোইশুবা শতাব্দিগা ঈবোযননা লাক্লিবা পোষ্ট মোর্দনিজমগী ঈচেল অসিদা মণিপুরী ঐখোয়গী পুন্সি অসি মাযকৈ খঙদনা তুরেলগী কাওশিংগুম্না মফম-মরাঙ খঙদনা তাউথবগী মওং ওইবকপা যাই। মবম অদুনা লাই হরাউবগুম্বা বিলিজিও-কলচরেল অমদি রিচুএল পার্ফোমেন্সশিং অসিগী ট্রেকচব অমসুং মিনিং খঙদবা য়াদ্রবনি।

প্রো এন. খগেন্দ্র সিংহ
কনভেনর, মণিপুরী লেঙ্গুইজ
এডভাইজরী বোর্ড

২৯।০১।২০১১

# নোহাখোলগী ৱারোল

সাহিত্য একাদেমী, নিউ দিল্লীগা খৃৎশম্নজবগা নোংচুপ হাবম খোবজৈ লূপ (নোহাখোল), য়ুবেম্নমনা 'লাই হৱাউবগা মণিপুরী সাহিত্যগা লৈনবা মরী' হায়বা হীবমসিগা কোন্ননা লাইবিক ফোঙবা অমসুং শৈবেং শৈদিন্নবগী ওইবা লিটবেবি ফোবম অমা নুমিৎ নীনি চূপ্পা জানুৱারী তাং ২৯ অমসুং ৩০ দা তাওবুংখোক মখা লৈকাইগী লাইবুংদা অহানবা ওইনা শীঞ্জবা ফংজবা লূপসিগী ওইনদি কাউঙমদনা নীংশিংদুনা অসুম্মক লৈহৌবগদবা লাইবক ফবা থৌদোক অমনি। লূপ অসিনা মতম কুইনদগী পাঙথোকচনীংবা পান্দমদু খবদংদা ওইববসু ফংবা ঙম্লে। পান্দমসি ফংনবা চেন-চোংমিন্নখিবা লূপকী মেম্বরশিং গৌরো থোঙামচা, এল শশীকুমার, থোকচোম চন্দ্র সিংহ, ইন্দ্রজিৎ য়ুম্নাম, খুন্দ্রাকপম রাধেশ্যাম অমদি বাজেন খুমুকচম লোয়নননা লম কয়াদা তেংবাং পীরিখিবা অতে মেম্বর পূম্নমক্কী তৌবীমলসু কাউজদে। অপাকপা মীৎযেং অমদি ৱাখল্লোনগা লোয়নননা থোইদোক্লা মণিপুরীগী অরিবা কলচরশিংগা শাগোনবিবা সাহিত্যগী মচাকশিং অমসুং মসিনা মণিপুরী সাহিত্যগী খোঙহৌ ওইবকখিবগী লীক্লম-লীখুন লীনিংবগী ইহুন প্রো এন খগেন্দ্র সিংহ, কনভেনর মণিপুরী লেঙ্গুইজ এডভাইজরি বোর্ড সাহিত্য একাদেমী, নিউ দিল্লীগী ইকাযখুম্নজববা ওঝাগী ৱাখল্লোল ঐখোযগী অপাম্বগা চান্নকদুনা লমদমসিগী খোবজৈ শূবিরশিংদতা নত্তনা পূম্নমক্কী মীৎ-মায় পাংগদবা, লৌশিং ওইগদবা সেমিনারসি পাঙথোকচবা ঙম্বদা নোহাখোলনা ওঝাগী মফমদা অমদি থৌবমসিবু পাঙথোক্লবগী অযাবা পীরিবগা লোযননা শেল-থুমগী অচৌবা মতেঙ পীরিবিবা সাহিত্য একাদেমী, নিউ দিল্লীগী মফমদসু ইকাযখুম্নবা অমদি তৌবীমল খঙবা উচ্চরি। লোযননা তোঙান তোঙানবা চেশিং মতম চঙনা অমদি কৃপ্পা থীজিন নৈনবীদুনা লাম্ছোকপীবিবা ৱাহেংবম লুখোই সিংহ, ইবাবৎ নিংথৌজা, কুঞ্জো নিংঙোম্বা, ডা লনচেনবা মীতৈ অমদি ডা ঙাঙোম একাশিনি দেবী নচিংবা ওঝাশিংগী মফমদা সংস্থান অসিনা শীন্নজবা থৌদাংবু থৱায় হকচাং য়াওনা হোৎনবীবগীদমক্তা তৌবীমল খঙবা উচ্চরি। মমল যাম্লবা চেশিং অসিবু লাইবিক ওইনা পুথোকপা য়াহনবীবগীদমক্তা

অমুক্কসু থাগৎচবি। অদুগা মশাগী ওইবা অচিনবা কয়া তুংওইনবীবগা নোহ্াখোলনা মোডেবেটব ওইবীনবা হাযজরুবদা হবাউ হবাউ য়াবীবকখিবা শ্রীলোংজম জয়চন্দ্র অমদি ডা আই এস কাংজম ওঝা অনীগী মফমদসু ইকাযখুম্নবা উৎচবি। শৈবেং শৈদিন্নবগী শৈদিনপুবেল শক্লাইববা কবি মোইবাংথেম বাজেন্দ্র অমদি অতৈ কবি মাপলবুসু ইকাযখুম্নবা উৎচবি।

নুমিৎ নীনি চূপ্পা পাঙথোক্কদবা থৌবমসিগী মফম ইবুধৌ লোযালাকপা অমদি ইবেনধৌ নুংথেল লৈমগী লাইবুংগী কমুনিতি হোল তাওবুংখোক মখা লৈকাইগী লাই কমিতিনা শীজিন্নবা যাহনবিবসিনা থৌবম অসিগী মশক অমুক্কসু হেন্না থোকহনবীবে। মসিগীদমক লমদমসিগী মীয়ামগী মফমদা নোহ্াখোলনা তৌবীমল খঙবা উৎচবি। অবোইবদা, তেল্লবা নুমিৎ খবনিগী মনুংদা সেমিনাব চেশিংসিবু মশক থোকপা লাইবিক অমা ওইনবা হোৎনবদা প্রুফ বিদিংগী অচৌবা থৌদাং লৌবীবগা লোযননা বিন্দা পব্লিকেসন্সগী মাযকৈদগী আই এস বি এন শীজিন্নবা যাবগী অযাবা পীবিবিবা তামো বাজেন খুমুকচম, শেল-থুমগী অচিন-অকোম ঙাক্লবিবিবা ইযাম্বা লাইশ্রমচা তোতো অমদি ইনাও তোংব্রম নিংথৌবেন লোযননা পদ্মা প্রিন্টবস, পাওনা বাজাব ইম্ফালগী ইচিন-ইনাউ, ইচে-ইচলশিংগী মফমদসু তৌবীমল খঙবা উৎচবি।

*অদোমগী*

২৯।১।২০১১ ইং, থাংজ

মুহেন চোংথাম
জে সে নোহাখোল, যুবেম্নম

# সাহিত্য অমসুং লাই হরাউবদগী কান্নবমখে লৌসি

এডিটর ঃ রাজেন খুমুকচম

পীকচববসু ঐখোয়গী ইবমদম মণিপুর মালেমদা শক্তাকপদা হৌজিক্তি অরাবা থোয়না লৈবরোই হায়বদা হায়মনবা থোক্লবোই। শম্না হায়ববদা ঐখোয়গী পোক্লফম ইবমদম অসি অপীকপা মালেম পৃথিবী অমনি হায়না লৌবা যাই। ইবমদম অসিদা অরাংপা হায়বদু অমত্তা লৈবমদেসু হায়বা য়াই। লমদমসিগী পোথোক পূম্নমক্কী মতিক মগুণ মহাও অঙকপা শিন্নানীংঙাই ঙাক্তনি। লমদমসিগী ইনাক খুল্লবা চৎনবী, ফিজেৎ-চাকচা, চাকচা-যুথক, নাৎকী জগোয-ঈশৈ, লীলা ড্রামা শিন্নাকবদা লোযবা খন্না নাইবরোইদবা মশীং থিরুবদা খুৎশা থেক্তুনা পাকবদা রাৎপা চিথহৌবতনা মহেল্লগনি। পূম্নমক্কী মথক্তা শান্না খোৎনবনা অচৌবা থৌদাং অমসু লৌবক্লি।

ঙসিগী মীবোলনা পেন্দবদগী রাবৌফম ওইবিবা ঐখোয়গী লাই ওইখ্রবা অহল-লমন, ইপা-ইপুশিংদুনা থন্বীবন্না লনগৈশিং ঐখোযনা খন্থকদবনা মীবাইজকবগী রানি। ঙসিগী লাইবিক লাইসু হৈবে হায়বিবা ঐখোযনা থিজিন হুমজিনবদগী ফংলকপা সাইন্সকী লৌশিং কযাদি ঐখোযনা থাযনগী হায়বিবগী রানি, মখোয়না খঙলম্না হায়বন্না থন্বীবন্না প্রমান-পান্থে পাউবৌশিংদি ঐখোযনা মবী মখোঙ শেংনা থিজিল্লুববদি ওন্থোক্লা মপান নাইদনা মবেপ তম্না ঙমদনা রাংখ্রবা সাইন্স ঙাক্তনি হায়বদা অকিবা কবিমত্তা লৈতে। খুদম খবদং পল্লবদা ঃ লমজাও সোবোক ময়াই চবুক্তা হুইনা মাঙশিল্লবদি, নোং তাবক্লনি অহলশিংনা হাযবীবন্মী। শৌগ্রি মপাল লোয়দ্রি, কুমগী নোং লোয়দ্রি। ককচেংনা অরাংবা মফমদা কাবক্লবদি ঈশিং ঈচাও থোক্লবা য়াই। মোবোক অশাবা যাম্না চাবা পামজবা লমদমসিদা কবিগুম্বদা হেন্না চাশিল্লুবদগী পুক শাগৎলবদি লাংথ্রৈ মতোন অনীদং চাবদা ফগনি। অসুম্না মাংদা থোকখ্রবশিংনা লেবোবেটবিগী চাংযেং খুদম চাংদম ওইবগা তুংদা থোক্লগদবা ওইথোকপা য়াবা মশীং লাকঙমদ্রবা হীদাক লাংথক মেদিকেল সাইন্সকী কুপ্ল কুপ্লবা রাফম কয়া ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংদুনা খঙলমখ্রবনি হায়বীবমখ্রবনি।

ঐখোয মখোযগী চাদা নাওদানি। চাওথোকচফম থোকই মখোয়গীদমক। ঐখোয় থিজিনবা তাই, ঐখোয লৌশিনবা যাবা মখৈ লৌশিনবা তাই।

ঙসিগী অনৌবা মতমগী মীবোন ঐখোয়না মতম অমদা লাইগা শন্নদুনা ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা ঐখোযগী তুংগীদমক থন্বীবন্না কযা অদু ঐখোয়না শীজিন্নবা হৈতবা ব্রাহম্বোক কুপ্পা থিজিলহৌদবনা ঙসিদি মদুগী মাঙজবা পূন্নমক ঐখোয়গী শকক ওইবি। মসিদা পেল্লক্তদুনা নিন্দা তৌজবি।

ঙসিগী কম্প্যুতব মতমসিদা মখোয়বু মীবাইদুনা ব্রাবৌবগী মহুত্তা ঐখোযগী ইপা ইপুশিংদুগী খোঙ্গুল লীক্লম ঐখোযনা থিবা তাই। থিজিন্দুনা মমুৎ তানা খঙলবা মতুংদা লৌবা যাবনা লৌবগা লৌশিন্দুনা তুং কোইনা চৎনহনবদা খূৎলোইবোইদবশিংনা মখা তাথনা শীজিন্নদবদা কা হেন্না অকাযবা ওইবোইদবা খঞ্জে।

মতম মানা পুবীবক্তুনা হোংবা যাবা হোংলে, মাঙখিবা যাবা কযা মাঙম্রে। মাঙখ্রবা কয়াগীদমক নিংদোল পোমদুনা তুমিন্না লৈথোকপসু যাদ্রি। হৌজিক্তি থিজিন হুমজিনবগী মতমনি। ঐখোয থিজিন হুমজিনবা লেপ্পা যাদে। হাযনবসু লৈ মীওইবনা থব্রায পানবা পূন্নমক্তগী অথোযবা অহেনবা মপোক্লি, মীওইবগী বাখলদা পূক্লীংদা হাপচিনবগীদি চন্দবা লৈতে। মসি খঙনা ঐখোযনা ইথৌ পাংথোকপা হৌজিক্তি তঙাই ফদ্রে।

ঙসি ফাওবদা ফুকপ কাংলূপ লনাই মীওই কযানা মীওইবা কাঙলুপকীদমক তুংগী মীবোলগীদমক পূক্লীং ব্রাখলগী নাপচৈ পুথোক্তুনা শীজিন্নদুনা হোৎনবা যাবা হোৎনবি। হৌজিক ফাওবদা থিজিল হুমজিনবদগী খঙলকপা ফলনা হাযবি। লীলা, ড্রামা, জগোয-ঈশৈ পূন্নমক নৈনবা যাবা নৈনকবগা অবোইবদা হৌবকফমদি কাম্বোকপা যাববোইদবা সাহিত্য হাযবসি হেক্তা হুন্দোকপা ঙমদে। পূন্নমক্কী তাইনফম শমজিন্নফম অমা হেক থিকবা তাবগদি সাহিত্য হায়বসি হেক্তা ওইবস্মী।

সাহিত্যনা লৌবিবা থৌদাংসিনা ওইবন্না তাই, ঙসি ফাওবদা ইবমদম মণিপুবসিদা সাহিত্যগী ফুকপ লিঙখৎনবকপা লেপ্পা লৈত্রিবসু। মাংজিন থাম্ব্রবা কযানা থাজখ্রগসু, ঐখোযগীসু তৌফম থোকই হাযদুনা মাযকৈ মাযকৈদা লমদম লমদমদা সংস্থান কযা লিঙখৎতুনা মতিং লৈবা, হীবম কয়ানা লৈতেংলবা লাইবিকশিং তুংগী মীবোনগীদমক খন্দুনা পুথোক্লবি। লাইবিক্তা নত্তনা মতম মতমগী চান্নবা চুনবা কুপ্পা থিজিল হুমজিনবশিংদগী ফংলকপা লৌশিংগী পাম্বৈ কযা হাপ্তুনা খন্ন-নৈনবগী খুদোংচাবা পিনবদুনা চেফোঙ কযা অমসু পুথোক্লবক্লি। মতাংসিদা পঞ্জহৌনিংবা অমনা লাইওইখ্রবা ওজা অমনা তাকপিবম্বদা "লিঙখৎপা, হৌদোকপা" লাইবনি। "মথব্রায হাপ্পীদুনা মপুন্সি শাংনা হিংহনবদুনি লুবিবদি"। ব্রাফমসিমক তাবা হাযদোকপদা লাইনা থোক্লবসু তশেংনা ককফম যাওদনা চুম্মী হাযনা থাজজে।

তুংগীদমক খল্লগা হৌজিক হৌজিক শিন্থা পাওথোক্লিবা কান্ন-কান্নববা রাবেং অমদি নৈনবোল কযানা লৈতেংদুনা চেফোঙ কযা পুথোকপিবিবা সংস্থানশিং খবদং পনবা তাববদি ১) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, পাওনা বাজার, ইম্ফাল, লিঙখৎপা ২৩।৬।১৯৩৫, সাহিত্য একাদেমী নিউ দিল্লীনা শকখঙলবা, পুথোক্লিবা চেফোঙনা সাহিত্য, ২) দ কলচরেল ফোরম, মণিপুর, রূপমহল টেঙ্ক, ইম্ফাল লিঙখৎপা ১৭।৪।১৯৫৯, সাহিত্য একাদেমী নিউ দিল্লীনা শকখঙলবা পুথোক্লিবা চেফোঙনা ঋতু, ৩) নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল, লিঙখৎপা ১৭।৭।১৯৫৯, সাহিত্য একাদেমী নিউ দিল্লীনা শকখঙলবা পুথোক্লিবা চেফোঙনা রাখল, ৪) মণিপুরী লিটরেরি সোসাইটি, এসেমব্লি রোদ, ইম্ফাল লিঙখৎপা ৮।১২।১৯৮৫, সাহিত্য একাদেমী নিউ দিল্লীনা শকখঙলবা, পুথোক্লিবা চেফোঙনা, সাহিত্য লৈচল, ৫) রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল, রূপমহল টেঙ্ক, ইম্ফাল লিঙখৎপা ৩।৯।১৯৮৮, সাহিত্য একাদেমী নিউ দিল্লীনা শকখঙলবা পুথোক্লিবা চেফোঙনা সাহিত্যগী পাউ অসিনচিংবনি। মসিগী মথক্তা লিঙখৎপদি কুইজববা সাহিত্য একাদেমী নিউ দিল্লীনদি শকখঙবিদ্রিবা মশাগী চেফোঙ অমদি মশীং যাম্লবা লাইবিক কযাদি পুথোকখ্রবা খবদংগা পনবা তাববদি ১) সাহিত্য সেবা সমিতি, ককচীং, লিঙখৎপা ১৯৬৭, পুথোক্লিবা চেফোঙনা চুমথাঙ, ২) যাগৈবেল, মোইরাং, লিঙখৎপা ১৯৬৮, পুথোক্লিবা চেফোঙনা যাগৈবেল, ৩) মণিপুরী সাহিত্য প্রচারক সভা, রাঙজিঙ, ১৯৭৭, ৪) সাহিত্য রোকখৎ কাংলূপ (সারোকা) তেন্থা, লিঙখৎপা ১৯৭৯, ৫) লিটরেরী এণ্ড কলচরেল সোসাইটি ইম্ফাল, লিঙখৎপা ২১।৯।১৯৭৯, পুথোক্লম্বা চেফোঙনা নোংমা, ৬) ইসলামিক কলচরেল এণ্ড রিসার্চ এসোসিয়েসন (ইকরা) মসজিৎ রোদ পাওনা বাজার ইম্ফাল, ৭) নোংচুপ হারম খোরজৈ লূপ (নোহাখোল) যুরেম্বম বাজার, লিঙখৎপা ২১।৪।১৯৯১, পুথোক্লিবা চেফোঙনা ঈচেল, ৮) বিন্দা লাইব্রেরি এণ্ড প্রিজার্বেসন ফাওন্দেসন, মণিপুর, ইম্ফাল লিঙখৎপা ২১।৬।১৯৯৩, ৯) মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক্ট, বিষ্ণুপুর, লিঙখৎপা ১৩।২।১৯৯৪ পুথোক্লিবা চেফোঙনা, ঈশিংচাইবী, ১০) রাইটরস ক্লব মণিপুর, নম্বোল, লিঙখৎপা ১৯৯৪, ১১) ভারতীয় ডলিট সাহিত্য একাদেমী মণিপুর ষ্টেট ব্রাঞ্চ, রাংজিং লিঙখৎপা ১৯৯৮, পুথোক্লিবা চেফোঙনা ঈহুল, ১২) লৈমকোল খোর্জৈকোল, ইম্ফাল (লৈকোল) যাইস্কুল, ইম্ফাল, লিঙখৎপা ২০০১, পুথোক্লিবা চেফোঙনা লৈকোল ১৩) মণিপুরী সাহিত্য সমিতি থৌবাল হান্না কৌরম্বা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, থৌবাল মশা (১৬।১।১৯৯৪ দগী ২০০০ফাওবা) লিঙখৎপা ২০০১, পুথোক্লিবা চেফোঙনা, যেন্নীং, ১৪) থম্বালনু সাহিত্য মরূপ কম লাইব্রেরী যাইবিপোক, ১৫) প্রোগ্রেসিভ রাইটর্স এসোসিয়েসন, মণিপুর রূপমহল টেঙ্ক, ইম্ফাল

১৬। কেগে খোর্জে লূপ, মোইবাং, ১৭) কংলৈপাক লোইনসিল্লোন অপূনবা মরুপ (কলম) নিত্যনন্দা কমপ্লেক্স, ইম্ফাল, লিঙখৎপা ২০০৩ ১৮। ইবমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জে লূপ (ইমাখোল) অৱাং পোৎশঙবম, লিঙখৎপা ২৩।৩।২০০৩, ১৯) সীৱেবস মণিপুব, থৌবাল, লিঙখৎপা ১।৫।২০০৩, ২০) মালেম অইকোল, খাবম লমখায়, ২১) অপুনবা লমজিং খোর্জে লূপ (অলামখোল), ককচীং খুন্নৌ, ২২) ইবমদম খোর্জে অপূনবা লূপ (ইখোল), হিয়াংলম, ৱাবগাই, লিঙখৎপা ১৩।৮।২০০৫, পুথোক্লিবা চেফোঙনা, ঈহৌবকপা, ২৩) মচা চনু, ককচিং, ২৪) খোর্জেবোয় খৃৎমাকপ, থৌবাল, ২৫) বাইটর্স য়ুনিযন, মণিপুব, মসজিৎ বোদ, ইম্ফাল হান্না কৌবম্বা মুসলিম বাইটর্স ফোবম লিঙখৎপা ১৪।১১।২০০০, পুথোক্লিবা চেফোঙনা পাম্বে, ২৬) কংলৈপাক হিষ্টোবিকেল এণ্ড কলচবেল বিসার্চ সেন্টব, শগোলবন্দ থাংজম লৈবক, ইম্ফাল, ২৭) মালেম লৌশিংকোল, শগোলবন্দ তেবা, সাপম লৈবক, ইম্ফাল, ২৮) থৌকল লাংকল মরুপ, শগোলবন্দ তেবা কৈথেল, ইম্ফাল, ২৯) সাথৌলূপ, শগোলবন্দ তেবা, লুক্রাম লৈবক, ইম্ফাল, ৩০) বাইটর্স এসোসিযেসন, নিংথৌখোং, লিঙখৎপা ২০০৫, ৩১) কলচবেল এণ্ড হিষ্টোবিকেল বিছার্চ ট্রষ্ট, ইম্ফাল, পুথোক্লিবা চেফোঙনা হেবিটেজ, ৩২) নেপালি সাহিত্য পবিষদ, কংলাতোংবী, চাবহজাব, ৩৩) ফিকসন ক্লব মণিপুব, ৩৪) ময়াই লম্বী ইন্টিগ্রেটেদ ওর্গনাইজেসন, শামুবৌ, ৩৫) মযাই লম্বী খোর্জে লূপ (মালাখোল), মযাং ইম্ফাল, ৩৬) অশৈ ৱাফোঙ য়োকখৎ লূপ, ইতম নুঙ্গোয, ৩৭) মণিপুবী সোর্ট ষ্টোবি সোসাইতি, ইন্দিযা, হেদ ওফিস, কছ্বাব, লিঙখৎপা ১৯৯৪, ৩৮) ক্রিতিক্স ফোবম মণিপুব, ইম্ফাল, লিঙখৎপা ২০০৬, ৩৯) প্রোগ্রেসিপ থিঙ্কৱস, ৪০) শৈহেক শৈবেং শৈপান শেমগৎ লূপ (শৈপান) ইম্ফাল লিঙখৎপা ২২।৮।২০০৭, ৪১) কলচবেল বিসার্চ সেন্টব, মণিপুব কাঞ্চিপুব ফাষ্ট গেট, খা নাওবেম লৈকাই, ৪২) প্রোগ্রেসিপ লিটবেচব হাওস, খুবাই থোংখোং, ৪৩) পোইটস এসোসিয়েসন, উবিপোক অচোম লৈকাই, ৪৪) ওল মণিপুব বাইটর্স এসোসিযেসন, ককচিং, ৪৫) চীথ্নে হল্লকপা খোর্জে, ৪৬) ইয়ু এন লিটবেলিজম ইনভোয, মণিপুব ষ্টেট ব্রাঞ্চ, ইম্ফাল, ৪৭) মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, আসাম লিঙখৎপা ১৯৬৪, পুথোক্লিবা চেফোঙনা, অনৌবা ঈচেল, ৪৮) মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, ত্রিপুবা অগবতালা, ৪৯) মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, মেঘালয, শিল্লোং, লিঙখৎপা ৭।১১।২০০৪, পুথোক্লিবা চেফোঙনা মঙাল, ৫০) মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ, মিজোবাম, আইজোল, ৫১) মণিপুবী সোর্ট ষ্টোবি সোসাইটি, ইন্দিয়া, মণিপুব ষ্টেট ব্রাঞ্চ, ইম্ফাল অমদি ৫২) প্রেতিওতিক বাইটর্স ফোবম (পৱাফ) কৈশাম্পাৎ লৈমজম লৈকাই, অসুম্না সাহিত্য একাদেমী নিউ দিল্লীনা শকখঙলবা

মঙাসিগা পূন্না সাহিত্যগা মবী লৈনবা লূপ ৫৭ না ইবমদমসিদা লৈববনি। মসিগী মথক্তা চিখ্‌-নাম্বহৌবা লৈবমখিবসু যাবি।

মতৌ অসুম তৌবদুনা সাহিত্যনা সমাজসিদা ঙসিগী মীবোলসিদা তুংগীদমক মমল নাইদ্রবা খুদোল কযা তৌবি হায়বসিমদি লানদ্রবনি। অদুম ওইনমক সাহিত্য শুবিবশিংগী মফমদসু ফোঙদোকপা ঙমদবা শকখঙদবা শক্তি অমনা অফা-অপুন কয়া থোকহন্দবসু নত্তে। লাইবক ফবদি ফোঙনা হায়দোকপা ঙম্বা ঙম্বী নহা অইবা অইবীশিং থোবকপসিনি। মখোয়বু পূক্নীং থৌগৎপিফম থোকই। থোবক্লিবসিগী মথক্তা হেন্না মতিং লৈনা মকা ফোঙনা অশোযবা কয়াবু চুমথোকচনবগী তাঞ্জা সাহিত্যকাবশিংনা সমাজসিদা পীবক্কনিসু খল্লি। তৌবতদি অশোয়বতং উবা চৈবতমক হৈবদুদি ওইহঞ্জনীংদে। ঈ-নাই নোংমৈ যাওদবা, সজেষ্টিব অমদি কনষ্ট্রক্তিব ওইবা মওংদা খোঙজেল কনখৎহন্নীংই। মাংলোমদা চৎখৎহন্নীংই।

অসুম্না সাহিত্যগা মীওইবগা লৈনবিবা মবীসিগুম ঐখোযগী লাই হবাউবগসু অচৌবা অচেৎপা মবী লৈনৈ। মালেম পৃথিবিদা মক চাবা হুন্দুনা শবেপ কাংদোং ফাবকপা য়ুমলেপ চাব তম্বা যুমশা কৈশা শেংন চানবা মথৌ তাবা পূম্নমক্কী মিতম লাক্লুনা য়ূম্ফম থোনবা উবেপ উযুং তম্বা উবা হুমদাং যানবা চান শেংন ইন্নবা থাবা-লোকপা পূম্নমক ঐখোযনা লাই হবাউবদগী তম্মী হাযবদা হাযমনবা থোক্লোই। মশা অমমম্না মপুং মবৈ ফাম্ববা নাৎকী চৎনবীগী জগোযগী ঈশৈগী শান্নবগী হৌবকফম পূম্নমক, লাই হবাউবনা লেম্ফু ওই হাযবসিদি চুন্নগনি। মসি পূম্নমক্কী মীৎযেংদু কুপ্পা য়েংনবগীনি নোহাখোলনা শিঞ্জদুনা কোযচেল চেঞ্জবগা সাহিত্য একাদেমীগী মতেংগা লোযননা অখঙ-অহৈশিংদগী লৌশিং জ্ঞান্দগী মচেৎ খবা খবদং লৌজবগা মীযামদা থম্মোয়তিংনা পাউদমজনবা হোৎনজবিবা। মসি পূম্নমক্না পুমহেন হেল্লে হৈথোয় শিঙ্থোযবে হাযবমক্তি হায়জবোই।

অসিগুম্নবা তাঞ্জাদা চেঞ্জ চোংজবা পামজবা ঐবু নুংশিবীদুনা এডিটবগী হক্কবা থৌদাং অমা পীবিগীদমক নোহাখোলগী অহল ইবুংঙোশিং অমদি মেম্বব পূম্নমকপু তৌবিমল খঙবা উৎচবি, লোয়ন-লোয়ননা অতেনবা মতমগী মনুংদা পেপবশিং অসিবু তুং কোয়না থমহৌবা ঙম্নবগীদমক খঞ্জ নীংজবদা থব্রায় হকচাং য়াওনা অঙম্বা মতেং পীবিবকপগীদমক পদ্ম প্রেসকী থৌপুবিবিবা পূম্নমকপু শুপচিঞ্জবগা থম্মোয় শেংনা তৌবিমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা থাগৎপা ফোঙদোকচবি।

ঙসিদি অখঙ অহৈশিংদগী খোমজিঞ্জদুনা পুথোকচবিবা নোহাখোলগী খুদোল নৈনা ব্রাবেংসি মীযামগী মফমদা থম্মোয় শেংনা খূৎশিন্নজবি।

# মীৎয়েং অমা

**ডাঃ আই এস য়ুম্নাম**

লাই হবাউববু মশক তাকপা মীওইববু শক্তাকপনি। সাহিত্যবু নৈনবা হাযবসিসু কংদ্রিবা খোংবু নৈবনি। হীবম অনী অসিদা ঙসি নোহাখোলনা হোৎনজবিবসিদি আবকেমেডিসনা পৃথিবীবু থাংনবা হোৎনবদা অতোপ্পা মফম অমা থিবগুম্বনি। ইশানা ইশাবু থাংজবা অমুকসু যাই — কবিগুম্বদসু যাদে। ৰাখলগী নাহোংনা পুক্সিবু পোদুনা পোপ পোপ ফুদুনা পৃক্লীংগী নাউশুম থক্তা থম্মোযবু থেমদুনা থম্মোয থুমহৎপা — "থা থা থাবুংতোন " নাউশুম ঈশৈনা তাইবঙদা তাইবঙনা তম্নবিসিসু তাইবঙ মীৎমাংদনি। থোইনা অঙকপা নত্তে। পৃম্নমক ৰাখলগী অতিযাদা চুমথাংগী কুম্মৈনি। তৌবতবু তাইবঙগী তাইবঙ খোঙচত্তা খুদা লৈতে। মসিমক্তনা মীওইবনা অমব ওইদ্রিবনি। শিবা নাইদবা মহাক্তুবুনি— ঈশ্বব।

অহীংবশিংগী মবক্তা শিনাইদবনা চৎলি খোঙকাপ লাউনা। তাইবঙদা থৈ থৈদুনা মানা মানা চৎনবিবা লীক্লমদুনা মা মাগী ধর্মনি। মসিনা পৃন্দুনা মীওইবা জাতি খাইদোক্লিবনি মান্নবা সমাজ মচা মচা ঙসিসু অপৃনবগী। অসুম্না অহীংবশিংসিনা পম্বুংবু তানবদা চোকথবা কাউনবা লীক্লম পুম্না খোঙলোইমখৈ পুনশীন্দুনা লাউনা খোংনা চোংলি ফল্লিবনি তাৎ তৌদুনা মাযাগী ফন্বাক্তা। অসুম্না অসুম্মক তাওথখি পুক্সি কাউশিং।

লেপ্পা নাইদবা মতমগী ঈপাক্তা অসুম্না কাউশিং কযানা ফিজোল হোং হোংদুনা নৌবেলগী জগোযবু শাবদি মা মাগী থৌখাইবু পুবনি। থৌখাই মানা পথাং পুথাং চথাং নাইথাং নাইবনা মৈনা ৰাই তাংনা শম নাহুইনা পাউশা হেলোইবনে। মসিমক্তনা ঙসিগী তাইবঙদা অশিবা মচা অহীংবা কৌবনা লাইগী ওইবা লীবিবেন — "লাই হবাউবা" কৌবা থৌবমসি নীংশিংবা থোক্তুবা মৈহৌবোন্দগী হৌনা মীওইবগী তু খোংদা চুদুনা লীক্লম কাইদনা থৌখাই পুঙকোই হেল্লোইবক্লিবনি। নুংলোন পাল্লোন তথুপ্পগী খুদুংবু ইল্লিবনি।

ঙসিসু হীংলিবা অশিবা মচা ঐখোয়না ঈশ্বববু কবি কবিগুম্বা মতমদা মক্ষেম হাগ্রেম্ন দুনা শুক্তোক্তুনা নৎত্রগা য়াম্না শুকথনা পূক্রীংনা মীৎপান লাংলিবা থাদোকপা ঙমদ্রবা লাই হবাউবগীসু নুংগী ওইবা মচৎনি। তাইবঙনা তাইবঙদগী নাথৈবা য়াদ্রবা লীচৎনি। খল্লুদবনা খঙদবনি। লাই হবাউবদি লোম্নাইদ্রবা ঈচেলদুনি। পুন্সিনা মসিগী কাউশিংনি। মীৎপানলাংদা মীওইবনা লাইবু হবাউ মথোই তম্বনে। নুংলোন্দদি কাউশিংগী জগোয় শাবা নত্তে, ঈচেলগী ঈবৈনা হুম হুমদুনা ঈথক্কী পল্লোন কয়াবু পল্লান্দুনা ঈপাক তম্না পুবনে।

ঈশ্ববনা ঙাইহাক মীৎকুপ পোত্থানবা শেন্নিবা মাগী লৈকোল পৃথিবীসে মহাক্কী অশেংবা শক্তম লাংহল্লিবা তাইবঙ মীওইবদা শীন্নে। মহাকমক্কী শক্তি ফাওবা মীওইবদা শীন্নদুনা মীওইবনা মালেমসিগী মালি ওইবিবনি। ঙসিদি তশেংনা তাইবঙসিগী মপু শক্লবনে তাইবঙ মীওইবনা। অসিগুম্লবা ঈশ্ববগী লংলবা মঙালগী শিয়োম্নুংসিদা খোইবি লীবি লীবিবেন নুংশাং থোক্তুনা হীবি কোন্না কোনফাবদি লাইগী লীবিবেন লীথাংবু থোকপনে। তাইবঙ থবায়না নোঙ্গুম ঈহুন ঈতমলেন লাংবদা লু তোংদা পক্লকপনি। মসিননি — কনা কনাগুম্বনা মশানা খঙজনা নৎত্রগা খঙদনা ঈবাৎ থৌবম পুঙকোই হেল্লোইনবিবা ঙসি। অনেম্না মালেম লাংহৈকোনসিদা মহৌশাগা শাগোন্নবক্লবা শকওংদা মীবোল কযা কযা চীনবুং যৈনা চীন্থাংনবক্লি — "লাই হবাউবা"।

অঙকপা ওইদ্রে — মীওইবনা ঈশ্ববরু নীংজবা। ঈবাৎ থৌনি তৌজবা, যাম্নমক মচু তাবা অহীংবা লীচৎ ওইববে হীংলিবলক্তা ঙসিসু। তশেংনমকসু কোল্লুদগী চেন্থবক্লিবা নীক নীক লাউবা সনা অহীংবগী মহীনি — "লাই হবাউবা"। মসিমক্তননি পুন্সিনা শাগোন্নবক্লিবসে। মসিনা ঙসিগী তাইবঙদা অদুঙৈগী খোইযুম লাইগী লীবিবেন লীথাংলোনবু নৌহৌননা কিশি থোক্তুনা পুন্সি খোইবি লাক্তুনা পুন্সিবুসু মমল লৈহল্লিবনি। মসিনা ঈশ্বব ফংনবগী অমত্তা ঙাইববা অহীংবা লীক্লম ওইনা ঐখোয়গী ইবক্তা হীংলি। ঙবাংনা ঙসিদা হযেংগীদমক পাউতাক্লিবনে। তশেংনমকসু ঈশ্ববগী থোঙজীন্দগী মীওইবগী থোঙবাদা খল্লিবা চুমথাংদুনি — "লাই হবাউবা"।

'দুনা— ঐখোয় খঙলে — লাই হবাউবা। অমুকসু ঐখোয খঙদ্রিবনি। মসিমক্তনা মবম ওইবগা অহোংবা কযানা কাউশিং ওইনা তাওথবক্লিবনি মতমগী ঈচেলদা ঙসি। ঙসি ঙসিমক য়েংশি লাই হবাউবা — লাই হবাউবা নত্তে মী হাউবনি। মী হবাউবদি নত্তে লাই হবাউবনি — লাই হবাউবা। পূম্নমক তানবে। উবে। মীৎমাঙমক্তদনি হোংলক্লিবা মশকসে। মসিমক্তি মতম্না পুবকপা মতমগা চূন্নবা অহোংবনি। তশেংনমকসু চাউখৎপৈ মতৌনি। তৌবতবু ব্রাফমসিদা খোঙ্গ্রাই নীক্তুনা অদুম লৈবগনা কবি, শুক্তোক্তুনা খানা মীৎয়েংনা পনখৈ ব্রাংমা লাল্লুবগনা কবম, কবিনো অমদি মথৌ তাবি ঙসিগী মীবোলনা।

লাইওইখ্রবা ইপা ইপুনদি লনাগে ওইনা লীক্লম য়াত্তুনা থম্বীবম্মী। উমংলাই খুম্হোক পুযানসু লাই হবাউবগী নুংগী ওইবা নুংশক, পানগী ওইবা মশক মতৌ, হবাউবোন, থৌবম থৌদা লাইগী লীবিবোন কয়া শুগাইনা তাক্লি। পুয়াসিগী মতুং ইন্না লাই হবাউবা হাযবসি লাইগী ওইবা লীচৎলোন কাংলোং লীবিবোন কযানা তাইবঙ মীওইবগী পুন্সিদা থৌবল্লোন তৌদুনা তাকপনি। অদুগা লোয়ননা, ইশানা ইশাবু শকখঙজদুনা অপূনবগী শক্তম শাগত্তুনা মসিগী ফজবা মশক্তু উৎথোকহনবনি।

হযি চক্রা ইপানে। হায় চক্রা ইমানে। পলেম পম্থৌগী তুংদাইবেন্দা লাংবা চক্কী চকশিং কোনগী অনেম্বদি মালেম লাংহৈকোলসে মপুগী নীংথিজবা লৈকোল ওইববে। তশেংনমকসু কোবৌ থক্কী ইপাদগী খাইথবকপা অনেম্বা মালেম ইমাদা ঈতুংবা লাইগী লৈবাক লাইবল্লেন ওইবে। তু খোং, ঈবীবেল খোং, লাইখোং, ঈচুম খোং, পুল্লেন খোং, খাবৈ খোং, লাইবেন শাদম খোং, ঈপীবেল খোং ঈতাইবক্লে। ঈবী ঈখোংলেন ৱাইশিন্নবে। ঈতিন্নবে ঈবেলগী যাহিপফম ঈপাক্তা। খোংবী খোংলেন পুম্বসু ঈতুংলেন নাইবক্লে। লৈখন শুনা শাৎপা নীংথিবা মালেমগী লৈকোলবু উবদা কোবৌ খোইযুম লাইযামশিংনা অনেম্বা মালেম লাংহৈকোন্দা নোংকুম খোঙলেন ঈতমদুনা যাযা লাউনা লাংহৈননা উমংলাই খুম্হোক ঈতমএ। অসুম্না উমংলাই খুম্হোক তম্ববু লাই হবাউবগী হৌবকফমনি হায়না উমংলাই খুম্হোক পুযানা মযেক শেংনা তাক্লি।

'দুনা— লাই হবাউবা হাযবসি লাইগী লীক্লাংনি। নুংদা চেল্লিবা ঈচেলনা লাইগী লীবিবেন্নে। পান্দা উবিবা মতৌনা হবাউ মথোই কাবনি। মসিনা তাইবঙ পূক্লীংদা খোইবি খাউওন লাক্তুনা শিবিবগা লাইগী লীক্লমদা হীবি কোনফাবনে মাযাগী তাইবঙদা। লাই হবাউবগী লীক্লাংসিদা লীক্লু পুহাম অহুম থোক্লা মথেক নাইবম্মী।

লাই হবাউবনা ইহান হান্না হবাউবা হৌখিবা মফমদি অৱাংবা কৌব্রু মগাই মফম্লেন্দনি। অদুঙে — লাইনিংথৌ কৌব্রুনা মাগী লাল্লোই শিংলোই লাইযাম থাদুনা অনেম্বা মালেম লাংহৈকোন্দা নৈবা লাইযাম পুম্বদা খোইযুম পাউজেল মপীখি। লাইযাম পুম্বসু হোযাজে। অদুনোং— লাইযাম্নসু থৌপাং পুঙকোই হেল্লোইননবা কৌব্রুগী মগাই মফম্লেন্দা লাক্তুনা কবি য়াৱা লৈবগে মতাকপীও মহাযববে। লাইয়ামগী য়াৱা তাবদা খোইব্দম মোযোন মিনোক তম লাইনিংথৌ অৱাং কৌব্রু অশুপ্পনা লাইযাম্বু যেংনা মহাযবকই — তাবো লাইযাম পুম্বও— কোবৌ নোংলেনবা নোংজা অমদা কোবৌবেন মপুনা মপু মাগী অনেম্বা মালেম লাংহৈকোন্দা নোংকুম খোঙলেন তমখিবা লাইযামশিংনা খোইযুম থৌশিনকোন মওইনবা উমংলাই খুম্হোক মতমশে, লাই হবাউনা পাউশাশে মতাকপিবে লাইযামও। অদু নোংগী কৌব্রুগী য়াৱাবেনবু লাইয়াম্লা হোয়খিএ।

চকশিং কোন্দি লাংবা চকনি। লাইনিংথৌ অৱাংবা কৌব্রু অশুপ্পনা লাল্লোই শিংলোই লাইতিন পুঙকোইবেন ওইবিবা লাইয়াম পুম্ববু থৌপাংহল্লে। লাইয়াম পুম্বগী ফম্বাল লাংহল্লে। মাবজীং, থাংজীং, ৱাংব্রেন, খোবিফাবা, লোইয়াবাকপা, ঈকোপ নিংথৌ, শায়াং নিংথৌ, পুনম নিংথৌ, য়াঙ্গোই নিংথৌ, পুথিবা, ওক্লাবেন, থংনবেন, খানা চাওবা চীংঙুবা লাইয়াম পুম্নমক লাইতিন পুঙকোই তিল্লে। লাইবেন নুপী হুম্ফুতবানীপালনা থৌগল্লে। কৌবা চীংমাই থেন্দা উমংলাই লাইয়াম্না মপুগী ফম্বালবু য়াইদা থেল মপু মাগী মিংখৈ লাউদুনা উমংলাই লাংশিং থাবক্লে। হৈবেল *পৌশানবক্লে (থৌশিন থৌবেনবা তান্নবক্লে)*। লাইগী লীবিবেন ঈতমএ। হৈবাং মাসু হৈপাল্লে। লৈবাং নাচোম মশেম্না মপুগী লৈচল ওইখ্রে। মপু ওইবনা কোবৌ থক্তগী মউবক্লে। লাউথবক্লে মপুনা — "তাবো— চীংঙুবা লাইয়াম পুম্বও— অনেম্বা মালেমগী লৈশেমকোন্দা খোইয়ুম লাই পুনশীন্দুনা হৈবাং পুন্না মচামিন্নবগা লৈবাং পুন্না *লৈচিনমিন্নদুনা লাইগী লীবিবেন লীথাংলোনবু হোই হোই লাউনা হোয়ানা হৌ হৌ* লাউনবু চোং হবাউ মথোই কাবদি পূক্লীং খৈনা পেল্লেদো। হাদা উমংলাই হেল্লোইবও - উমং লাই ফম্বাল ফঙজবো। সলাই পোংনা সনা মহীবেল যুম্লেং ঈতম্নদা উমংলাই নাচোম চিলহল্লো। হৈবাং পুঙকোই ঈতমহল্লো। অসি নুংগী লীবি লীথুপ্না লীথাংলোন নাইবনা সলাই পোং মীপুল্লো। লাইতিল্লো। পাযেল অমগী লৈপালগুম হৈপালমিন্নবো। পাউশাবোদা হাদা উমং লাইও।"

অসি নোংগী য়াৱাবেনগী লাবোন লাথুপ তথুপ্পনা উমংলাই হবাউবা কৌব্রু ফম্বাল কোন্দা হল্লোইখিএ। মসিদা ঐখোযনা খঙই মদুদি — চীংঙু খোইয়ুম লাইয়ামশিংনা অমত্তা ওইনা মপুগী মিংখৈ শোন্দুনা অমত্তা ওইনা পুন্না লেপমিন্নদুনা নুংশি চান্নবা মতৌদু উৎলি। অসিগুম্বা লাই হবাউবগী মচৎ অসি চথাং চুথাং নাইনা মীবোল কযা লান্দুনা ঙসিগী মীবোলনা থৌবল্লোন অমা ওইনা থৌপাংনবি। মসিবু চকপা হবাউবা হায়না ঙসিসু খঙনবি। চকপা হবাউবদি শঙলেন্নি। তশেংনমক্তি মসি ফম্বালদুবু কুপ্লিবা শঙলেন্দুনি। অসুম্না চকপা হবাউবনা মীওইবদা লাইগী নাচোম অমা পীবি। *'দুগা— পুঙ্গিগী পাদম কবিনো থিন্দুনসু তাক্লি।*

অনীশুবা লাই হবাউবদি নোংমাই হবাউবনি। মালেম লৈশেমকোনগী নোংপোক নোংমাই হৌবেন চীংদা কোবৌবেন নুমিৎকুম মশোং কাবিবা চীংঙু মতিক ময়াই হেল্লোইবা লাই নোংপোক খৈবেল পুবা লাইদি নোংপোক অচিবনে। কৌব্রু থেন্দা *উমংলাই খুম্বোক মতমম্রে, খোইয়ুম লাইযাম পুম্বা হবাউ চেংজেল তম থৌদোক কুম্মৈ* লাংখ্রে তাবদা নোংপোক অচিবা পাইমা পীবুক্লুং নুঙোল্লে। উমংলাই খুম্বোক তম্নগে পাইমা পীবুক্লুংদা মখলদুনা মালেমগী লাইযাম্বু মকৌবক্লে নোংপোক অচিবা।

লাংবা চক্তি লাংশিং কোননে। চীংঙুবা খোইয়ুম নোংপোক অচিবগী মগাই ফল্লেন নোংপোক নোংমাই হেলোইবা চীংমাই থেলদা উমংলাই লাইতিন পুঙকোইবে। নোংমাই হবাও মথোই কাসে হোযানৈএ উমংলাইনা। কোবৌ মপুগী ফম্বাল লাংএ।

অদু নোংদা — লাইবেম্বী তবেৎনা নোংমাই লৌতাববু কবি নুংগীনো মহুংই নোংপোক অপানবদি শাবম পাখঙবনা লাইবেম্বীদা। লাইবেম্বীনা মহায়বকই — "ইপা লৌনি হায়বদি পুবোন্ন মাবু হাযবনি। ইপু লৌবু তাকপদি পুথাং মাবু তাকপনি। লাইবেম্বী তবেৎনা লৌযান শিম্থা পাংবদি লাইবেম্বী লীথাংলোন নাইবা লীবিবোন লীতাকপনে। পান্নাউ শিংনাউ থাবদি মৈবেন ব্রাই তাংঙোই শমঙেনে তাকপনে। চীংঙুবা ফম্বাল মৈবেনঙৈবুসু তাকপনে।" লাই পুম্বা মখে ফংনা হবাউ মথোই কাই। অসুম্না, নোংমাই হবাউবনা মীওইবদা থৌশু মঙম তাক্তুনা মীওইবগী থৌকাং মহে যালহল্লি।

অহুমশুবা লাই হাবউবদি কংলৈ কংলাদনি। লাইগী লীবিবেন্দা পথাং পুথাং চথাং নাইবনা কোনবা চক্তা পাখঙবা কোনফাবে। খৃ ৩৩ গী নীংমাংলোইদা কংলৈপাক্কী সল্লাইগী ফম্বালকোনবু কংলৈ কংলা খোইপুঙ সলাইকোন্দা মেনশঙ শাদুনা পাখঙবা ফম্বাল ব্রাইশিন্নৈ। লৈম্নানা লৈমবেন ফমথোন লাংতাইনৈ। হৌচোং লাংহৈ পাউশানৈ।

পাখঙবা কোন্দি সলাই পুঙকোইবেন্দা নোংপোক খৈবেন মদাইমা লৈথোন্দুনা হৈবাং হৈক হৈতম্লগা হৈথোল্লে। হৈবাং হৈক ওইবদো মঙাং হাযনবু মীহুল্লে। হৈবাং মাগী ময়োলনা কোবৌ মাতবু মতমএ মহাযবগী লুব্রাং হাযনবু মকৌবনে। মউ মানা চাউবা শাদম ফাবক্লগা নোংচুপ খৈবেন্দা ঙামথৈএ মহাযবগী খুমন মকৌবনে। মশা শাকং লোংএ মহাযবগী অঙোম হাযনবু মিংগৌএ। খাবৈ লৌশিকোন্দা মপাল লৈবোং পানববু খাবা ঙানবা মহাযবনে। হৈপাল মহে মতমদুনা হৈবাং হৈথুম যানববু শবাং লৈশাংথেম হাযনা মখঙনৈএ। সলাইগী মপুবেন্না কংলৈ কংলা পুঙমযোলদা উপাল মানা উজাউ উবেপ তম্বদি সলাই মউ লীংবনে। সলাই মউদি লেঙদ্রবা কংলা মেনশঙকোননে।

অসুম্না কংলৈ কংলাদা খোইযুম লাইবেম্বা লাইবেম্বী, শবোই লাল্লোই অমদি নমু পোং সলাই পুম্না তিল্লে। শুমখোঙ ফুবেন অহুম শুপ্না তিল্লে মহায়বগী ফুবা হাযনসু খঙনৈ। ফু অহুম পুন্দুনা হবাউ মথোই কাবদি কংলাদনি হাযনা উমংলাই খুম্ভোক পুযানা মীওইবদা ময়েক শেংনা তাক্লি।

মবম অসিদগী লাই হবাউবা অমসুং মণিপুবী সাহিত্য হাযবা ব্রাফমসি ঙসি থোবক্লিবনি। অনী অসিদি অমনা শ্বগগী ওইবা মচৎনি অদুগা অমনা মালেমগী ওই লীচৎনি। অনীসিবু নৈনবা তবাইবা নত্তে। মঙগুম্বনি। মবা তাখ্রবা হিমালাযগুম্বা চীংজাও অনীবু খৃৎ নাম্মা নাম্মনা তাপ তাপ হেক ফুক্তুনা মফম অমত্তদা পোপ লাউনা তেক খি

দুনা শিদ হীদাক হেকপা ঙম্বা মতমগী হনুমান্দু নত্তে নোহাখোল। চূম্না চীংদোল অমদগী চীংদোল অমদা মালংবনা হুম্লক্লিবা অঈংবা লৈনম্না হুম্লকপদা নুঙোল্লা থম্মোয়দা ফাওবকপা ঈথিলনা অনীসিগী মবক্তা চেল্লিবা ঈচেলসিগী লংলা লংজিন খবদং থোকপা ঙম্লগদি ঙসিগী নৈনবিবসিগী মহৈ য়াল্লে খনজবিবনি। রাফমসিনা মাঙদা থমদুনা হীবমসি থমজবনি ঙসিগী মীবোলদা। শিন্নজবে ময়ামদা।

# ঙসিগী মণিপুরদা — লাই হরাউবা

**ব্রাহেংবম লুখোই সিংহ**
নম্বোল, খাথোং

মণিপুবদা উমংলাই চহুম হুম্ফুমবি হাযনা লৈবিবা অসি লোইনমক হবাউব্রা হাযবদি হবাউদে। অদুবু লাই চামবিগী মথক্তা হবাউনবিবা অসিগী মবমদি লাই চহুম হুম্ফুমবি হাযবিবা লাইশিং অসিদি মমিং তোঙান তোঙান্না থোন্দুনা লৈবি। লাইবেম্বীসু মমিং তোঙান তোঙান্না চহুম হুম্ফুমবি লৈবি। চামবিগী মথক্তা হবাউবিবা অসিগী মবমনা কৌব্রু হাযবিবা লাই অসি খুল মঙা তবানা খুফম যাদুনা কৌব্রু তবাগী মথক্তা হবাউবি কৌব্রুদা নত্তনা লাইযাবাকপা, পাখঙবা, পান্থোইবী, ব্রাংবুবেন, খোবিফাবা, সোবাবেন, নোংশাবা অসিনচিংবা হঞ্জিন হঞ্জিন্না তবা তাবগী মথক্তা লৈবি অদুনা চামবিগী মথক্তা লৈবনি।

লাই হবাউবগী নুংগী ওইবা ব্রাহম্বোক যাম্না কুপ্না লৈখ্রে। উমংলাইগা মীওইবা ঐখোযগদি যাম্না নক্নবা মবম ওইবনা লাপথোক্নবা থাদোক্নবা ইযামক য়াদে। মবমদি শেম্বীবক্লিবা পুম্নমক অসি লাইনা শেম্বীবকপনি হায়বসি পুযা কযাদা ইদুনা লৈবিবা অসিনা ময়েক শেংনা উবা ফংই অমসুং তাক্লি। অদুনা লাই হবাউবা হায়বসি মালেম লৈশেম্বদা তৌখিবা থৌবম ওইবনা লৈশেম্বা মতমদা কনা কনা লাইশিংনা কবি কবি তৌখিবগে তাকপনি। শেম্বলোইবগা মালেম অসিবু কাইখিদনবা মাঙদনবা কবি লিবৌনা ফাখিবগে হাযবগী খুদমনা মাইবনা যুমজাও পাফল লাইবেন মথেক চংপনা তাকলি। মসিবু পাফল লিবৌ কৌই।

লৈশেম্বা মতমদা পবিং লাংশং হুন্নগা লৈশেমখিবগী মবমনা মাইবীনা চোং মবি য়ুংলগা নিপা মবিনা পায়বগা ফি খল্লগা শান্নবিবা অসিনা তাক্লি। মাইবগী লাইবোল শৈশক্তসু পবিং লাংশং হুননা মালেম লৈশেম্নকপা কোবৌ নোংহৌবকপা হাযনা শৈথাদুনা ফোঙদোক্লি। লৈশেম্বা মতমদা হাবাবনা য়েখায় থিনগাইদুনা শেম্বা য়াদ্রবদা অশিবনা

অতিয়া শিদবদা হাযজববদা অতিয়া শিদবনা খোইনৌ নোংথাংলৈমা পুথোক্লগা হাবাববু ঙকহনবদা পাওবৌনবা শৈশকপু লাই হরাউবা মতমদা শৈশক শৈথানবি। লৈপাকপু শেমলগা লোইববা হাযবদি লোইদে। তাইবঙ মীওইবা ঐখোয়বুসু পা পি পুথোক্লগা মীওইনা পোক্লকপগী খুদম্ফুসু লাই হরাউবদা যাম্না শেংনা ফোঙদোক্লুনা উবা ফংই তাকলি। অসিদসু নত্তনা মীওইবা ঐখোযগী হীংবদা চংদ্রবা য়াদ্রবা চানবা চিঙ্গাক শেৎনবা ফি লৈনবা যুম লমচৎ শাজৎ থকশি খাশি পূম্নমক লাই হরাউবদা যাওবি। অদুনা লাই হরাউবদা তৌবিবা শৈশক শৈথা জগোযগী খূথেক যাবা যাদবা মফম মতম শকনিংই হায়দুনা হেক্তা শকপা যাদবা চানিংই হাযদুনা হেক্তা চাবা যাদবা মীওইবা ঐখোয় পূম্নমক্কী হৌবকফম পুকোকনি হাযবা যাই। অদুনা মীওইবা ঐখোয়না হায়বদি হরাউবা য়াওবীবিবা যেংবীবিবা মীওইবা ঐখোয ইপা-ইচা, ইচিন-ইনাও, ইচে-ইচল পূম্নমকনদি কুম্মৈ ওইনা খনবীবন্না যাই। অদুবু কুম্মৈ ওইবগসু শোযবা ৱাৎপা কায়বা হেনবা যাদবা নুংগী ওইবা লাই হরাউবদা যাম্না কুপ্না য়াওবি। মবমদি খুঞ্জাও লৈচাওনবা চাকহোং ঙাহোংনবা, পাবি ইমোম পুন্সি নুংশাংবা ওইজগে হাযনা থৌনিজবা হরাউবা ওইবনা ৱাৎহৌববা হেনগ্রগদি অকাইবা লৈ।

অদুগা মাংলমচৎ হাযবদি মতম খবগী মমাংদদি লাই হরাউবসি হৌবা লোইবা নোংমগী লাই শান্নবা অসি মফম মতম হেনর্খিনি শোইখিগনি হাযনা যাম্না লুনা তৌনবম্মী। অদুবু হৌজিক্কী মতম অসিদা তৌবিবা অসিগদি খেন্নবদি অদুম লৈবে। অদুগা লাই হরাউবগী থৌপুগদবা ফমনাইবা খবসু হাপলম্মী। ফমশিং অদুদি (১) লাই শেল্লুংবা, (২) শিংলোই হঞ্জবা, (৩) লাবোই হঞ্জবা, (৪) লৈবোই হঞ্জবা হাযবিবা ফমশিং অসিনি। পুগদবা মথৌনা লাই শেলুংবনা পণ্ডিত লোইশংদা চৎলগা নুমিৎ থাবাল অফবা পণ্ডিতশিংদা যেংহল্লগা বার্তোন থাই। নুমিৎ মঙানি তবানি হরাউবিঙৈগী মনুংদা নোংমগী চংগদবা পূম্নমক মাইবা মাইবীগা তান্নবগা হৈথা লাথানচিংবা মথৌ পুই হাযবদি খুল লৈকাই লৈকাইগী লাই লাইগী খেন্নবা লৈ। শিংলোই হঞ্জবনা নোংমগী চংগদবা শিং মাইবা, পেনা, মাইবীগী ৱাৎতনবা যুমথোং মঙা ওইববসু তবা ওইববসু চেং যেনশাং মনা মশিং পুখৎলু হায়না থাই।

লাবোই হঞ্জবনা নোংমগী লাইগী চংগদবা লা লাইদা পুখৎলি। লৈবোই হঞ্জবনা পাখঙ লৈশাবীশিংদা লৈ থিবগা নোংমগী লাইগী লৈ পুখৎলু হায়না শিন্থা পি। অদুগা নোংমগী লাই হরাউবদা লাইনিংথৌ লাইবেম্বী পুগদবা ময়ুম পাল্লবা নিপা অনী হযেংদি লাই পুগদবনি নফি নবোল শুদোকউ শোযবা য়াদে হায়না শিংলোই হঞ্জবনা থাই। লাবোই হঞ্জবনা ময়ুমদি পাল্লবা য়ায়মবপ ওইবা নিপা অনী হয়েংদি নখোয অনী চোং পাযগদবনি হাযনা নফি শুদোকউ শোযবা যাদে হায়না থাই। শেনপোৎ পুগদবা মৌ

অনী অমগসু থাই। লৈবোয় হঞ্জবনা থাং পাযগদবা পাখঙ অনী লৈশাবী মবি হয়েংদি লাইপুগদবনি নফি নবোল শুদোকউ হাযনা থাই। হায়বিবা ফমশিং অসিনা মানা মানা লাই পুগদবা মীওইশিংদা নুংথিল পুং অনী তাবদা লাইগী শঙলেন হাযবদি লাইবুংদা য়ৌবক্কদবনি হায়না অকনবা শিনথা তৌবম্মী। লাই পুগদবা পূম্নমক্রসু হায়বিবা মতম অদুবু শোযদনবা কানবম্মী। হৌজিক্তি তোক্রখ্রে। অদুগা চকপা ফায়েংনচিংবা চকপা শিংগীদি ফমনাইবা মশীং ব্রাৎতনা লৈবি। মোইবাংসু ককচীংসু ফমনাইবা কাযদনা চৎনবি। হাযবিবা শিংলোই লাবোই লৈবোই অহুম অসিগী ফমগদবা মফমনা হবাউবিবা লাইবুং অদুগী অকোইবদা শাবিবা খাংপোকশঙ অদুগী মমাংদা শাবিবা অদুদা কা অহুম থোক্লা শাবগা অদুদা ফমহল্লি। মসিসু চৎন পথাপ কাযবা যাদবা অমনি। মতম অদুগীদি চৎনবি ঙাক্লা চৎলি হাযবসি থৌবমশিং অসিনা মযেক শেংনা তাক্লি।

লাই হবাউবা হাযবা অসিদা যাবা যাদবা মফম মতম যাম্না কৃপনা লৈবি মবমদি নুংঙাইনবা হবাউবনি অদুবু নুংঙাইনবনি হাযদুনা হেক্তা শকপা শোনবা য়াদে। লাই ইকৌদনা লাই হবাউবসু যাদে ইকৌবা নুমিত্তা হোই লাউদনা লাইবৌলা থাবগা হোইবৌ হয়া লাওদুনা হকচাং শাবগা অঙাং পোকপগী থৌবম পাঙথোকপা যাদে। হৈকৎ-লৈকৎ শবেন্নচিংবা কৎপদি যাই মসি নুংগী ওইবা অকাযবা লৈ। মাংলমচৎতগী তৌনা চৎনবক্তে। যাব য়াদবসি মসিদগী অদুম হৌবে। ইকৌবা মতমদা মাইবনা ঈশিংদা সনা লুপা হানবদা লাইশোল শোল্লগা থাদবিবা মথংদা খৈযোম কৎলিবা সনা লুপাগী মবম খৈযোমদা য়াওবিবা লা লাতোন অহুম লাংথ্রৈ মতোন অহুম চেং, ভানু মকম মতোন্দা খিতং হুৎলগা চেং অঙাংবা অঙৌবা অনী হাপলিবা অসিগী মবম মসি যাওদবা তৌদবা যাদবগী মবম নুংগী ওইবা কুপ্পা লৈবি। মসিসু তৌদবা যাদ্রবা অমনি।

মাইবীনা চফু মচা অনী পাযবগা খোঙনেৎ খোঙথাং কাযবা যাদনা খৃৎনা জগোয শাবগা হায়বিবা অসি নুংগী ওইবা তৌদবা যাদ্রবা থৌবম অমনি। লাংথ্রৈ মপোপ ১।৫।৭ য়োমলিবা লংজা মাপল তবেৎ তিংলিবা ঈশিংদা লুপশিল্লগা ইকৌবিবা অসি যাম্না মকওইবা তোকপা যাদ্রবা অমনি। নুংগী ওইবা মবম্না ঈশিংদগী পূম্নমক থোক্লকপগী খুদমনি। লাই হবাউবা নোংমগী ওইবা হৌবগী অহানবদা লৈ লাংদনা হৌবা যাদে। লাংলিবা লৈ অসিগীসু নুংগী ওইবা মবম লৈবি। মাইবনা হোই লাউদনা মাইবীনা লাইবৌগী থৌবম তৌবা যাদে। মাইবগী হোই লাউবগী মবমগা পেনানা হোইবৌ হৈযা লাউবগী মবমগা অনী অসি নুংগী ওইবা মবমদা খব খেন্নবা অদুম লৈ।

অমনা ফি অঙৌবা অমা অহুম থোক্লা থুপলগা মথক্তা লা লাতোন অহুম থম্নগা লৈ লাংথ্রৈনা লৈহুন তম্নগা ফমদেংলিবা লাইনিংথৌ লাইবেম্বী খোযদৌ শোক্লম্নগা তুং হন্না হন্না পুবক্লগা লাইবৌলা থাফম হায়দুনা লাইগী লাইমাঙ শুমাঙ মযাইদা ব্রাই তৈদুনা

লৈবিবা অদুদা থল্লিবা অসি য়াম্না লুপ্তবা অমনি। মতম অদুদা লা থাবিবা অদুগা লাই ফমদেংলিবা অনী অসিগী মবকসি মাইবীনা লাচিং জগোয় শাবগা পেনানা হোইবৌ লাউদুনা অনোয় বোল শকপী মাইবীনা হকচাং শাবগী জগোয খূৎথেক লোইদুনা অঙাং পোকপা ফাওবা মী লাম্থোক লানশিন তৌবা য়াদে। কবিগুম্বা কনাগুম্বা খঙদবা অঙাংশিংনা লালুবগদি মী অদুনা লাইদা পৈশা অমতং কৎলগা অমাইবনা তাইবেন পোংফাইনা ঈশিং চাইবগা নাহায নাশেংদুনা অনম অথৌ কোকপিগনি। লমলালবদা নত্তনা খাংপোক্তা ফমলিবা ভাবোকসু হকচাং শাবা হৌস্ত্রবদি অঙাংপোক্লিঙৈদা চৎপা যাদে। মসিগী মবম যাম্না লৈবি— য়ুম অমা শাবা তাববদা শাবা লোইদ্রিঙৈদা চংদুনা লৈবা যাদবা ফি শাবগসু ফি অদু ফিককফম যৌদ্রিঙৈদা মচেৎ খবা শাবগা শেৎপা যাদবগুম্বনি। নুংগী ওইবা যূম্বাল লোলগী ব্রানি।

অঙাং পোক্লগা মাইবীনা জগোয খূৎথেক শাবগা লোযননা য়ূম শাবগা লাইদা কৎলি। মথংদা পাম্থোইবী জগোয হাযনা শাবিবা অসি যাম্না মকওইবা অমনি জগোয অসি শাবগা ফি শাবগী থৌবম অমা য়াওবি। ফি কনানা শাখিবগে পুথোকখি হাযবগী খুদমবু খঙই। ফি হাযবসি মীওইবগী থাদোক্লবা যাদ্রবা অমনি। যাদবগী মবমদি মী পুম্ন মক্না খঙনববনি। ফি হাযবা অসিনা মীওইবা ঐখোযবু কনবগী মবম যামই। ইংলবসু ফিনা কৈন্নি। যাম্না শাববসু ফিনা কর্লল। মীওইবগী ইকাযখুম্নবা পুম্নমক ফিনা কললি। অদুনা পাম্থোইবী হাযবিবা লাইবেম্বী ইমা অসিনা ইহান হান্না পুথোকখিবগী মবম লাই হবাউবদা যাওবি। অদুনা অশৈবা ওজাশিংনা লৈবোনবু শৈথাবদা য়াম্না শাংনা কুপনা লৈ লোইবী চীংমাই ঙান্নলৈ লশিংনা শাৎপদা চীংমাইদা ঙৌনা শাৎপবু শিংথাই। নমুশিং কুমলৈ তাইবঙ নাউযোক নাউকোনলৈ হাযনা শৈথাবি। ফি শাদ্রিঙৈদা মীওইবনা শম্না হাযববদা উগী মকু খোক্লগা শেৎলমই হাযবগী খুদমসু লাই হবাউবদা মাইবীনা শৈথাবদা যাওবি। অদুনা লৈশেম্বদগী লোইবা ফাওবা যাওবা লাইবেম্বী ইমানি। লাই হবাউবা হৌবদগী লোইবফাও মহাক্কী থৌবমনি। অদুনা পাম্থোইবীনা ফি শানবা লশিং থাখিবসু চীংদনি। শৈশক শৈথাবদা নবেম্মদি চীংদা লৈবে লাইওইবী তমদা লৈবে মীওইবী হাযবিবা অসি যাম্না চুমখ্রবা অমনি। চীং তম অনীগী মমানি। মীসু ওই লাইসু ওই হাযবসি পাম্থোইবী খোঙ্গুল কৌবা লাইবিক্তা য়াওবি।

লাই হবাউবা হাযবা অসিদা যাবা যাদবগী মবম অসি থৌবমগী মতুং ইন্না খবা খায়দোক্লি। লাইগী থৌবম তৌবিঙৈদা লানথোক লানশিন লমলানবা যাদবা, লাইদা কৎপা হৈ-লৈ য়াবা য়াদবা, শৈশক শৈথা মফম মতম চাদনা শকপা যাদবা শৈশক অদুদি "থং থং থংনবো বোশো থংনবো। নোংমাইজিংদা উ য়ালহল খোঙদা যুহাবাহব থাঙদাব লৈকাই খুবাই লৈমা নুংশি কপোনুং।" শৈশক শৈথা অসিগী শরুদবা মফম মতমনা

লাইবৌ শাননবা লোইবকপদা নিপা মবিনা চোং মবি পাযবগা ফি খল্লগা মাইবী অনীনা মাইবী অহলনা লাইনিংথৌ অমনা লাইবেম্বী পাযবগা শান্নবা মতমদা শক্কদবনি নুংঙাইনবনি হাযদুনা মতম চাদনা শক্কদে। যাদে। অমনা হৈবাং খোযনিদা চানবা হৈনিদা সিবুদ থোইনা হাওবা হৈদি চিন্দম্বা হৈনিদা হাযবিবা শৈথা অসিসু মাইবনা লাইবেল মথেক যুমজাও পাফল চৎপা মতমদা খোঙথাংগা চান্নানা শক্কদবনি। শকপা মতমদসু যান্না ঈংনা তপ্পা পূক্নীং নুংশি নুংওলনা শক্কদবনি। যাম্না ফিংনা তহা তহা শকপা যাদে নুংগী ওইবা অকাযবা লৈ। মবমদি তাইবঙ নাৱা ওইবগী পুন্সি থৱায চিন্দম্বগী শৈথাবনি।

অমনা 'কক্রে কে মো মো যাংগোই শম্বা শ্যাউ শ্যাউ, তোকপগা ক্যাম্বগা কৈগা যেনগা যেনখোং ফত্তে চাশিল্লো লাইগী যেননি চাফদে।'' হাযবিবা শৈথা শৈশক অসিনা শক্কদবা মফম মতমনা লাইবোই নুমিৎকী মাইবনা ঔগ্রি হংগেল শকপা মতমদা শক্কদবনি। কনাগুম্বা জগোয শাবা লকপাশিংনা জগোয শাবা লোইবগা নুংঙাইনবনি হাযনা থাবল ওইনা চোংদুনা শকপা যাওই। থাবল চোংবদি যাই শৈশক অসিদি শকপা যাদে। মবমদি হাযবিবা শৈশক অসিদি অবোইবগী শৈশকনি লাইবোই নৎতনা মবক্তা শকপদা যাম্না ফৎতে, ১ৎনবক্তে। শৈশক অসি শকপা চোংবা লোইবগা হিজিং হিবাও উয়ানলোন শক্লগা নোংগাবগা লোইবে। অসিদগী হেন্না অমতা শকপা যাদে। শবোই থাংবদা ঙাইবে। মসিনা শৈশক শৈথা যাবা যাদবগী মবমনি।

লাইদা কৎপা যাবা যাদবা "নৈশিং নৈবোন" কৌবা লাইবিক্তা যাম্না কুপা ইবি। চাওবাকপা লৈ খবা অমুবৈ শংব্রে, কুন্দো, অপ্রাচিত্রা, ইঙেনলৈ, হাউকালৈ, লাংমাইচাদা চীংনুংলৈ, হাকালৈ, থম্বাল কৎপা যাদবা জুবাকুশুম কৎপা যাদবা লাইসুলৈ। লৈলাংবগী মবম অসিসু নুংগী ওইবা মবম লৈ। অদুনা লৈ লাংদনা হোই লাউবা লাইগী থৌবম হৌবা যাদে। লাই হবাউবদা মী অঙাং পোকপগী থৌবম ওইবনা লৈ লাংদনা হৌবা যাদ্রে হাযবনি। লাংলিবা লৈ অসি ইযেল লৈনি। মীওইবগী মীৎপু লৈ কোই। খোমলাংবু হৈ কৌই। অকবা ৱানে তাংনা খঙনৈযে। অদুনা লৈ লাংবা লোইবগা অবেম্বা লৈ অদু লাইদা অমুক পুশিনবা যাদে। মী ফম্লবা শ্যাবিবা থাংপোকশঙ অদুগী মথক অবোইবদা হৈদোক্কনি। শঙ মথক্তা হৈদোক্লিবা অদুগীসু মবম লৈ। লেমনা হৈদোকপা নত্তে। কনাগীনো হাযববদি লাই হবাউবগী ৩।৫।৭। লাইবোই নুমিৎশিংদা শবোই খাংবা হাযনা তৌবিবা শবোইশিং অদুগীদমক্তা হৈদোকপনি।

শবোই হাযবিবা অসিগীসু নুংগী ওইবা মবম লৈবি। মাযগৈ মবিগী শবোইনি। শবোইশিং অসি লাই হবাউবদা যাওদবা যাদে। শবোইশিং অসি য়াওদ্রবদি মপুং ফাবা যাদে। লৈশেম্বা মতমদগী যাওবক্লবা ওইবনা লোইনদুনা লাকই হায়বগী মাইবগী লাইশোন্দা শবোই লাললোই মতিন্নঙৈ পান্নবে শেংনবে হাযবিবসিনা যাওবকই হায়ববু ফোঙদোক্লি।

অদুনা লৈশেম্বা মতমদা অতিয়া শিদবনা মথন্তুনা শেম্বা য়াদবনা লাইপুংথৌ মাপল লাইনুবা তবেৎ পুথোক্লগা শেমখি হায়না লৈশেমলোন লৈথক লৈখাবোন্দা য়াওবি।

লাই হরাউবগী অহানবা ইকৌবদা হৈশোই যুপানথাবা হায়না শিংজু য়াম্না কবোকনচিংবা শকক তমদুনা য়াওবিয়ু হাযবিবা অদু কনাগীসু নত্তে শবোইশিংগীনি। লৈশেম্বদা নখোয়না ফজনা অরাং অপা লৈতনা শেম্বগুম্না খুঞ্জাও লৈচাও চাকহোং ঙাহোং ওইববু শেম্বীয়ু হাযবগী মবমনি। শবোই খাংনবগী মপোৎনা লাই হবাউবিঙৈদা যুমথোংগী ওইবা নোংমগী ওইবা চাবিবা চেং, মনামশিং ঙাবি ঙাতাই থুম মোবোক পুখৎলকউ শবোই খাংগনি। যুমথোং খুদিংগী চিখবা যাদে হায়বিবসি কবিগীনো হায়ববদি যুম অমখত্তা নুংঙাইহনবীযু, হায়বা নত্তে। য়ুম অমত্তা ব্রাৎতনা শেম্বীবম্মু পিবীযু হায়বনি। মীওইবা ঐখোযগীদা হাযবগনা শেম্বী শাবীবম্বগী খুশুমন পিবগুম্বনি। অদুনা লাই লোইবগা নোংগাবা হায়বিবা থৌবম লাইবোল শকপা লোইবগা নুমিদাং শবোই খাংবদা মাইবা মাইবীনা যুমথোং খুদিংগী মাগী মাগী শকক অমত্তা চিখদনা যাওবনি। কুমসিগীদি লোইবে ওল্লকপা চহীদা চামিন্নবসি হাযনা মাইগৈ মবিগী লুচিংবী মমাশিংগী মমিং হাযবগা শিন্নগনি। মসিসু শিন্নবিবনি হায়না মশক মমিং মথা খঙনা শিন্নদ্রবদি খুলগী ওইবা শাগৈগী ওইবগা শাগৈগী ওইবা মশামক্কী অকায়বা লৈ।

শবোই লুচিংবী মবিগী মমিং অসিদি লাইবিক ইবা মতমদা হাপ্লদে। মাইবা মাইবীনা মশা মশাগী ওইনা থুপনা খঙনৈ। লাই নোংগাবা হায়বিবা অসিসু নোংগাবা হায়বসি লাইশিববনি হাযনা খল্লবসু য়াওদবদি নত্তে। মীগা লাইগা চৎনবী অসি খব খেন্নবা অদুম লৈ। মীগীনা শিবির্বসি নোংগাবা হাযনা লৌনৈ। লাইগীদি অদু নত্তে। চহীসিগীদি চিঙু নথৌ খলবা হবাউ থৌথোক শৈশক শৈথা জগোযগী খৃৎথেক হৈ-লৈ কৎচবা লোইবে। ওল্লকপা চহীদা থৌগনজবগে হাযবনি।

অমনা লাই হবাউবগী তৌদবা যাদ্রবা ব্রাৎপা য়াদবা কংলৈ থোকপা চোংবসু হাযবা থৌবম অমা হবাউবগী হুমনি চনবা, মঙানি, তবেৎনি চনবদা তৌবিবা অসিগী মবমনা লৈশেম্বা লোইববদা লাইয়াম তিন্নদুনা কৌব্রুচীংদা নুংঙাইবা হবাউবা ফোঙদোক্লখি। মফম অদুবু কৌব্রু হবাউথেন হায়না লৈবি খঙনবি। মসিগী মথংদা নোংমাইচীংদা নোংপোকনিংথৌ পাম্থোইবী অনীনা থৌবমগী মপু ওইবগা হযেং তুংদা মীওইবনা শেম্বীবকপা থৌবম্বু খঙহৌ তমজহৌনবা হায়দুনা হবাউনখি। মতম অদুদা খোবিফাবনা থৌবম পূম্নমক্কী মকোক ক্রনা ওইগনি, ক্রদি ইপাসোবাবেন্না পোকপনি হাযববদা নহাক্তি যুমহলবা চাব তমদ্রি নয়ুম পান্দ্রি। নাহা ওইবগী মশিংদা চল্লি য়াবোই হাযবদা খোবিফাবনা য়াবকত্রবদা য়াম্না কন্না নিংঙাই শংদাইনদুনা ব্রাথোক অমা ওইবা তাববদা মাবজিংনা যাম্না ব্রাথোক ওইবা তাবে হায়বদুনা ফবে পাবি খোবিফাবা ঐ ব্রা অমা হাযবগে। ইচাগী

তালোই অসি মীৎ অনী অসি চবৈ থাখুন্নগা হায়বদি ফিনা নমীৎ অনী খুন্নগা ইচাগী নপন পষ্টৌনা পিবা কাংহ্ অদুনা কোৎপা অমা ইচাগী তালোই ওইবসি হায়ববদা খোবিফাবসু যাবদুনা তালোই তুইন তমবু নোংপোক নিংথৌ পাম্ভোইবীনা কুবীখি য়াবীখি। মসিবু লাই হরাউবদা থৌতমদবা য়াদে। থৌবম অসি য়াওদবদা লাই হরাউবগী থৌবম মপুং ফাদে অকায়বা লৈ।

লাইবোই নুমিৎকী মাইবনা হোই লাউবা লোইবদা সনাবেম্বী থোক্লক্লো হায়না কৌথোক্লগা নুপা নুপী লৈমা নিংথৌ থোক্লগা জগোয় শাই অমসুং থৌগল তৌজগনি। অসিগুম্বা জগোয় অসিবু শাগেগী লাই ওইবগদি পিবাগা মাগী লোয়নবি নুপীগা শাগনি। নামতা শাবা য়াদে। খুল লৈকাইগী লাই ওইবগা তেক্তা কাইদবা মীনা শাগনি। পিবা ফুঙ্গানা শাবা জগোয় হাযবদগী পিবাবেন জগোয ফুঙ্গাবেল জগোয কৌনখিযে। অদুগা নুমিৎ অসিদা লাই নাকথেংবা হায়না পেনা শবিক খিংদুনা শেনখা হাযবা লাইগী কোন অদু পাযবগা মাইবীনা অকোইবদা ফমলিবা মী পূম্নমক্তগী শেননী। শেনশিং অদু নীবা লোইবগা লাইনিংথৌ লাইবেম্বীদা কৎলি। মসি য়াম্না লুপ্তবা নুংগী ওইবা থৌনি অমনি। মীয়াম্নদি মাইবা, পেনা, মাইবীনা লৌগদৌবগী নীবিবনি হাযনা খনবীবম্না যাই। ফংববুদি মাইবা পেনা মাইবীনা ফংই। কৎপা মতমদদি কুমসি চহীগীদি চিঙু ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী থৌগলজবা হরাউ কুম্মৈ ঙসিনা লোইবে ওল্লকপা মথং চহীদা চিঙু ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী হরাউ থৌগলজবদা কুমশি তিল্লিবা মী মশীংদগী ওল্লকপদা মশীং হেনবা তাদবা শিদবা যাদদুনা শিবগসু পোকপনা হেন্না পোকপা পিবীয়ু। মহৈ মবোং পূম্নমক হেন্না ফংজগে হায়না নপাবি নমোম পূম্নমক্না নমু মীশিং ৱাত্তনা তবেৎ শেঙ্গা কৎচবি হাযনা কৎলিবনি। মাইবা পেনা মাইবীনা নুংগী ওইবা অসি খঙদবা য়াদ্রবা অমনি।

হৌবা লোইবা হাযবসি য়াম্না লুই। অদুনা লাই হরাউবগী হৌবা লোইবা নুমিৎ থাবাল লাইচা যেংনবিবা অসিনি। থৌবম অসিনা ৱৎলবদা অকাযবা লৈ। অমনা পেনা শকপা অশৈবনা হোইবৌ হৈয়া হঞ্জিনবা থৱাযমি কোনবা হাযনা খা ঙমখৈ শুগুনু নুং থোঙদগী লম লমদুগী হিগাবম মতুং ইন্না থৱায কোল্লিবা অসিসু শোয়বা তোকপা যাদ্রবা অমনি। মসিগী মবম্না হরাউবিঙৈদা অশোয অঙাম যেংঙুনু শোকউনু নখোঙ নখূৎ লেঙগনু নশাদা তেমবালবনি শোয়বা যাদে হাযবিবা অদুদা মী ওইবনা শোয়দবা ঙমদবনা শোযখিদুনা মীশি মীনা থোক্কদবা থৱাযবু কৌখৎপনি। শোযখিবসি চাওবনি, তোম্বনি, চাওবীনি, তোম্বীনি হাযবা তশেংনা খঙদবনা পূম্নমক্কী ওইনা কৌবনি। অদুবু মখা শুগুনুদগী নত্তনা মাযগৈ অৱাং নোংপোকলোমদগী কোনবা য়াদ্রে। তাইবঙ মীওইবনা শিবগা মখাবোমদা শুগুনু নুংথোংদা অশিথোং হায়না লৈবনা শুগুনুদগী কৌবনি।

অদুনা লাইবোই নুমিৎতা তাম্বুল শাবা নুবাবী শাবা হায়দুনা যাওবিবা অসিসু য়াম্না মক ওইখ্রবা অমনি। অনী অসি কনাসু নত্তে লৈশেমখিবা অনী অদুনি। মীওইবনা হীংবদা চংগদবা চান্নবা পূম্নমক পুথোকপিখিবগী মবমদা শেংন খঙবা ঙমই। নোংমাইচীংদা ইবুংঙো ইবেম্মনা লৌ য়াম্দুনা মনা মশিং মবোই ফৌনচিং থাবিবম্বগী খুদমবু হাযবিবা থৌবম অসিনা তশেং তশেংনা তাক্লি। তাম্বুল কৌখিবগী মবমসিদি খব শাংনা লৈখ্রে। মথক্তা লম লৈকাই লাই লাইগী ওইবা মান্নদবা খেন্নবা লৈবনা মাইবীগা লাইশেলুংবগা তান্ন তান্নদুনা তৌই হাযখিবগী মবম লৈ।

কোলু কোমাই হাপ্তবা লাই খবসু লৈ। ফযেংগী কৌব্রু লোইয়াবাকপা। লাংমৈদোং পাখঙবা, থিযাম লাইকোম পাখঙবা, লৈবোংথেন নোংপোকনিংথৌ, থৌবাল খুন্নৌগী লাই, পাওনম ঈশিং চাইবা মসিনা ইতোপ তোপই। অবংবদি ওইবগা কোলু কোমাই ওইনদি তৌদে। শামুবৌ লাকপা পাখঙবা, মৈজ্রাওলাকপা, ককমযাইগী লাই হাযবিবা লাইশিং অসি লাই হবাউবনিদি হাযবগা মাইবনা হোই লাউদনা পেনানা অনোয়বোল শক্লগা মাইবীনা হকচাং শাবগা অঙাং পোক্লনা হবাউবা নত্তবা পেনানা ফমশক ওইনা লাইবোল শক্লগা নুমিৎ মঙানি তবানি হবাউবা লাইশু লৈবি। নম্বোলদা লৈবিবা খোবিফাবা লাই অসি শবেননচিংবা মৈচংবা কবোক কৎপা যাদে কৎতে। খেকব্রাযবা হাযবা লৈশংদি কৎতবা যাদে। শবেমনা কৎপগী মবমদা লাংমৈদোং পাখঙবা হাযবিবা অসিদি ঙা শবেংনা শবেন কৎপা যাদে। ওক ঙানু যেন্না কৎলি। ঙা কৎপদা নত্তনা লাইগী লাইমাং শংলেনদা ঙা পনবা ফাওবা যাদে। কবিগুম্বা মাইবীশিংনা চানবা ঙা লৈহৌদ্রসু ঙা লৈহৌদ্রে হাযদে ঈশিং মচা লৈহৌদ্রে হাযনৈ। লাই শানবগী লোং খোলবদা লাই অতৈগীদি + লাইনিংথৌ লাইরেম্মগী মনাইশা লোং খোল্লুবদি কবি ঙা ফাবগে মযাম্না লেমলৈ ঙমুফাই হাযনা খুম্মী। লাংমৈদোংগীদি লোংখোল্লুবদি কবি কবি ফাই হাযনা হংবদা খুম্বা মতমদা থব্রায অচংবা ফাই হাযনা খুমই। পুংদোংবমগী নোংপোক পাম্থোইবীগিসু ঙানা শবেন কৎতে ওকনা কৎলি।

অদুনা  লাই হবাউবদা হৌবদগী লোইবা ফাওবদা তৌবিবা থৌবমশিং অসি থোকখিদবা তৌখিদবা থৌবম অমতা য়াওদে। লাই হবাউবা লোইখিবগী নোংঙানবদা লৈকাই খুল অদুগী অহল ওইবা অমগী শংগোইদা কৈনিং ফম্বা কুম্বা হায়দুনা পেনানা ফমশক লাইবোল শকলমই অদুবু হৌজিক্তি তোকখ্রে। অদুগী মবম্না নুমিৎ মঙানি হবাউবদা শকপা শোনবদা যাওহৌদবা চিথহৌবা পূম্নমকপু লৈকাই খুলগী অশোয অঙাম যাওদনবগীদমক্তা শকপনি। মথক্তসু পঞ্জখ্রে লাই হবাউবা হাযবা থৌবম অসি মীওইবা ঐখোযগী হৌবকফম য়াহিপ চাকচা ফিজেৎ লৈতেং পূম্নমক পুথোক্লকপগী মবমদা অমতা ব্রাৎতনা মপুং ফানা খঙবা ঙম্বা যাম্না ব্রাংখ্রবা অমনি। মসিবু তোঙান তোঙানবা পুযা

কয়াদগী মফম মতম মতাং অসিদা অশুম হায়না শক শোনগদবনি হায়না পুয়া কয়াদগী পুথোক্লিবা অসি লাইমকনি হাযবা য়াই। পুয়াদা ইবিবা অসিদি পাওবৌ পাওখোং ওইনা ইবা ওইবনি। অদুবু নুংগী ওইবা ৱাহম্থোক্কা লোয়ননা পুথোকপিবম্লিবা অসি লৈপাক অসিগী ওইবা থৌবম পুবদা মতিক চাববা লাইমকনি হায়জবনি।

## মতেং লৌখিবশিং

১। লযথক লযখাবোন
২। লৈশেম্লোন
৩। পুদিন
৪। পাম্থোইবী খোঙ্গুল
৫। শাকোক লম্লেন

# লাই হরাউবদা মাইবা মাইবীগী শাগোনরকপা থৌ

**ইবাবোৎ নিংথৌজা**
চীংমৈবোং মনিং লৈকাই

## লাই হবাউবগী ব্রাঙুউবোন

উমংলাই হবাউবগী নুংলোন ব্রাঙুউবোন্না পীবিবা লাই হবাউবগী লিবেনবু মযেক শেংনা পীবি। লাই হবাউবদা তাক্লিবা, হবাউবগী চৎনবোন তাক্লিবা, হবাউবোন পাংথোকপনা খোযুম লাইগী লিথাংলোন অমসুং লাইশিংনা তুংদা লাক্কদবা কযাবু ফোঙদোক্কুনা মীযামদা খঙহনবিবতা নত্তনা লাই হবাউবদা কদাই ফাওবা হবাউবনা তাক্লিবদি, হৌখ্রবা কযাবু নৌহৌননা মযেক শেংনা পীবি। লাই হবাউবা নোংমদগী ৩ নি হবাউবা, হুর্মনিদগী তবানি হবাউবগী চথবিবা থৌবমগা, নুমিৎ ৩ নি হবাউবগা অমত্তা খেন্নবা লৈতে হায়নসু ব্রাঙুউবোন্না পীবি।

উমংলাই হবাউবগী অপূনবা শিংথাইবেন ১৮ নি। শিংথাইবেন ১৮ না পীবিবা নুংলোন হবাউবোনগী মশকপু, পানগী থৌবম ওইনা পাংদুনা, লাই হবাউবগী থৌশিন থৌদা থৌবমলোনবু মযেক শেংনা পীবতা নত্তনা থৌবম্বু তাক্লি। লাই হবাউবদি মীওইবা সমাজনা অনেম্বা মালেমদা লাইযামশিংনা থৌবম্বু পাংদুনা, মালেম লৈশেমকোন্দা উমং লাইশিংনা খুম্হোক্কুনা, পোং সলাইদা খোযুম লাইশিংগী থৌবম থৌখাইবু পাংদুনা, মীওইবা সলাইনা কবি চৎকনি। লাইগী ফম্বালনা কবিনো হাযববু হবাউবোন্না পীবি। মীওইপোক্তা পোক্লিবা, মীওইবনা খোযুম লাইশিংগা লোযনদূনা লৈবমই হাযববু হবাউবোন্না তাক্লি।

লাই হবাউপনা মীওইববু শেম্মী, মীওইবগী চৎনবীবু খোযুম লাইশিংনা তুংলমচৎ অমসুং মাংলমচৎ কযাবু তাকপদা নত্তনা খোযুম লাইগী থৌশিলকোন্না, মীওইবনা লাইগী

থৌবম থৌদা থৌখাইবোনবু চৎনবী ওইদুনা, মীওইদি মীওইবগা লাইগা নক্লনা লৈবমই হাযববু, মীওইবনা লাই হবাউবগী থৌবম্মু পাংলিবনি হায়না ৱাঙুউলোন্না তাক্লুনা, পাংলিবা থৌবম্মু মপুং ফানা ফোঙদোকপা ঙমই হাযনা লাই হবাউবা ৱাঙুউবোন্না তাক্লি।

মীওইবগী পুন্সিদি পোকপা শিবা নাইবা মপোকনি। খোযুম লাইগা যাম্না নক্লনা লৈবা মালেমগী পোং সলাইনি হাযনসু পীবি। পোকপা শিবা মপোকনি হাযবা, মীওইবগী লাকখিবা লম্বী অমসুং হনখিবা লম্বী, মীওইবা হকচাংগী কয়াৎলোনবু তাক্লুনা অসুম্না ওইবকখি। থৌবম থৌদানা অসুম্না পাংগনি হাযবা মীওইবা সমাজদা উত্তুনা তাকপা থৌবম্মু লাই হবাউবনা মযেক শেংনা পীবি।



# উমংলাই খুন্থোক পুয়ানা পীবা হরাউরোন ঃ

১। লাই হবাউবা
২। হবাউবা মখল
৩। অহানবা হবাউবা
৪। নোংমাই হবাউবা
৫। কংলৈ হবাউবা
৬। লাইহি শেংপা, ইকৌন থৌবম
৭। লাইপৌলা
৮। জগোয় থংগেক ৬৪
৯। হেইনৌ হোযা, অনোইবোন
১০। মীকোন থাগোন
১১। হিজিং হিবাও, ঔগ্রি হঙ্গেন
১২। লাইবেন মথেক, পাতোন
১৩। শাবা লমথোক, কোইনা লমযেংবা
১৪। তাঙ্খুন নুবাবী
১৫। শবোই খাংবা শাবেন চনবা,
১৬। লাই হবাউবনা মীওইবদা কান্নবা

# লাই হরাউবা

ৱাঙ্ডউবোন্না অসুম্না পীবি, মীওইবগী সমাজদা মশানা মশাবু খঙজবা, মীযাম পুন্না থৌপাংমিন্নবা, মৈহৌবোন নুংলোন বাবু পানদা থৌবম ওইবা উৎতুনা, থৌকাই মহৈ যানববু, লাই হরাউবা কৌই, হায়র্বসি উমংলাই খুন্দা পুযানা পীবি।

লাই হরাউবা কৌখিবগী ৱাবোনবু অসুম্না শন্দোক্লা পীবি। লাই ওইর্বদি অবেপ্পনি। হোংদোক হোংজিন যাদবা, পোকপা শিবা লৈতনা মহাক অদুবু মীওইবা সমাজনা লাইনি হায়না লৌনবি। মশক ওইনা উবা ফংদ্রগসু মঙান অদুতনা মীওইবা সমাজবু পেনহনবীনা অমসুং থাজবা হায়বা পোৎশক অসি মযেক শেংহনবীবি। মীওইবা কৌবা মপোক অসিগা লাই ওইবগা যাম্না নকনা লৈ হায়বসি লাই হরাউবনা ফোঙদোক্লি। মালেমদা লৈবা অচৎ চত্তা জিবা কযাগী মনুংদা লাই ওইবগা মীওইবগা নকনৈ হায়বসি, মীওইবনা চৎনবিবা শাজৎ লিচৎ পুম্না অমসুং তাইবঙ পানবা মীওইবগী থৌবম থৌদা, ফিজেৎ চাকশেং, হকচাংগী কযাৎলোন অমসুং হৌখিবা কযাবু নৌহৌননা থৌবম ওইনা পাঙথোকপা, মীওইবা সমাজনা খঙদবা যাদবা মীওইপোক্কী মকওইবা থৌবমলোননি হায়না পীবি।

কৰিগুম্বা অমত্তা খঙদনা, অমত্তা উদনা, মশানা মশাগী ফীবেপ্পু খঙজবা ঙমজদনা, মীওইবা সমাজ মবক্তা হিংবা হায়বসি মীওইপোক অদু অবাবনি হায়নসু পীবি। খোযুম লাই ওইবগী মতিক মযাইনা মীওইবনা মালেমদা লৈবনি হায়বা নুংলোন ৱাবোনদি খোযুম অৱাংবা ফম্বালকোন্দা নুমিৎ থাগী মশক ওইবিবা, লাই ওইবনা মীওইপোক্তা পোক্লিবা মীওই অদুগী মমা মপা ওইবিবশিংগী, খোযুম লাইগী থৌজালনা নুংলোন্দা হেন্না মঙানবু পি হায়বদি, লাই ওইবনা মীওইববু অসুম্না নোংদমবীখি। তাইবঙ পানবা মীওইবা নখোযদি পোকপা শিবা নাইবা মপোকনি। মীওইবগী খ্বাযদগী থানবা যাদ্রবা থৌখাইদি থৌবম থৌদা পাংবা, থৌবম থৌদা থৌপাংলিবা মীওইবনা, পোকপদগীনা মীওইবা পুন্সি লোইবা যাওবা, শীনথা পাংবা হায়বসি মীওইপোক্লা থানবা যাদ্রবা থৌখাযনি হায়বা নুংলোন ৱাংঙুউবোন পুযানা পীবি। ঐহাক্না মালেমদা থৌপাংজবদি,

ঐহাক্কগী নত্তে, মীওইবা সমাজ পূম্বগী হাযবা অবেপ্পা ব্রাখনলোয়া মীযামদা থম্লগা, ইশাগী পাংবা থৌবমলোন্দু লাই হবাউবনা তাক্লি। খঙদবা উদবা মীওইপোক, কনানা মাবু খঙহনবিখি। কবিগীদমক খঙনিংলুবিবা, খঙবা উবা হাযবসি মীওইপোক্তি তঙাইফদ্রবা থৌশিল থৌবমলোন, থৌখাইনি হাযনা হবাউবোয়া পীবি। মীওইবা সমাজনা মালেমদা মাগী ঐগী হায়বা থৌখাই কয়া পুথোক্লবি।

লাই হবাউবনা নুংলোন্দা পীবির্বদি, নিংথিববা লাইগী ফম্বাললোন শেম শাদুনা তাইবঙ পানবা মীওইবগী নিংথিববা, শাজৎ লিচৎ অমসুং পাংগদবা থৌবম থৌদা কযাবু উথোক্লুনা, মীপুম খুদিংমক্তা থৌবমলোয়া তাক্লুনা খঙহনখি। মীওইবা সমাজ, মীওইবনা পুন্সিদা পাঙথোক্কদবা থৌবম থৌদাবু মযেক শেংনা তাক্লি। খোযুম লাই ওইবনা মশাগী হাযবা ব্রাফমলোনবু থাদোক্লুনা মীওইবা সমাজগীদমক ফনবত্তা খন্দুনা থৌকাংবা থৌবম্নুসু, লাই হবাউবিবা মপুগী ফম্বালনা তাক্লি। মীওইবগী চৎনবোল অমসুং মীওইবনা তৌগদবা অমসুং নুংলোনগী কযাৎপু মযেক শেংনা তাক্লি। পোকপা শিবা নাইবা, অমম্বা অঙানবা অনীগী লাংদাইদা, মীওইবা সমাজনা মালেমদা হিংনবি। মীওইপোক্লা মাগী মাগী থৌখাই থৌবমলোন কযাবু সমাজনা খঙজনা থৌখাই অদুবু পাংজবা মীওইবনা, চাদুনা হিংগদবা পোৎলম কযাবু লাই হবাউবনা পীবি। হবাউবদা শাবা লমথোকপা, কোইনা লমযেংবা, মীওইবনা পান্দা কবি থৌদা পাংগনি। মীওইবনা পাংলিবা থৌখাইদি, পুন্সিনা তেক নৈবিমখে থৌবম লোযনগনি। থৌবম্না লোযবা নুমিৎপু লাইকাবা-লাইবোই হাযনা খঙনৈ। পোকপা শিবা মীওইবনা, মীওইপোক অপুনবা সমাজ অমা পূন্না থৌদা পাংলিবা, থৌবম থৌদাবু, থৌখাই মহৈ যানগনি হাযনা ব্রাঙুউবোন্না পীবি-এ।



# হরাউবা মখল

লাই হবাউবা মখল অহুম থোক্না পীবি। অহানবা হবাউবদি, উমংলাই খুম্থোক পুযানা পীবি। চকশিংকোনদি লাংবা কোনবা চকলোননি। মালেমদা খুম্থোক তল্লিবা লাইযামশিংনা ফম্বালকোনবু লাংকোই লাংদাই, শিংদাইঙৈনি। উমংলাই পুম্নগী থৌশিল কবম্না থৌখাই মহে যানগদগে হাযনা নুংলোন যাইদা খল্লক্লে। কবি কবম তৌনা লাইযামশিংবু অমুক্তা, লাইনা পুন্দুনা থৌখাই অসি পাংগদগে হাযনা খল্লকপা লাইযাম্বু, লমলেন অসিদা লাইতিন পুংকোই ওইহল্লগে হাযদুনা, খোযুম পাউথাং পীবা লাইবু কৌখি। লাইনিংথৌ কৌব্রুগী মনাই ওইবিবা খোযুম পাউথাং পীবনা, মপুদা কবি নোংগী যাৱা লৈবগে হাযদুনা মপু ওইবদা হনগৎচববদা, মপুনা হায। তাবো খোযুম পাউথাংলেম্বা, কৌব্রু ঐগী অযাংবা শাকোন তোংদুনা, লৈশেমকোনগী লাইযাম্বু পাউথাং পীখি। পাউথাংলোই যাৱাবু লাইযাম পুম্বনা তাবদুনা কৌব্রু চীংমাইথেন্দা লাইতিন পুংকোই ওইবক্লে। লাইযাম পুম্বনা ইহান হান্না কৌব্রুদা শঙলেন লাই হবাউবা হৌখি। লাইয়াম্না হবাউখিবা মফম অদুবু কৌব্রু চীংমাইথের্ননি। শঙলেন অমা শেমদুনা, মপুগী ফম্বাল অমা শাদুনা, কৌব্রু, মাবজিং, থাংজিং, ৱাংব্রেন, শুমলেন মবি ফাদুনা কৌবা চীংমাইথেন্দা লাই হবাউবা হৌখি অসি নোংগী ৱানা, লাই হবাউবনা লাইযামস্ অমত্তা ওইনা পুন্দুনা, হবাউ তবাম্না, লাইযাম অপুনবা ওইদুনা লৈশেমকোন্দা, অহানবা শঙ লিংদুনা, হবাউ মথোই কাখি। অসি নোংগী লাই হবাউবা থৌখাই মহে যানখি।

অনীশুবা লাই হবাউখিবা মফমলেন্দি নোংপোক নোংমাই মবমথৈদা, নোংপোক অচিবগী থৌখাই ওইদুনা, মালেমগী লৈশেমকোন লাংদাইদা লৈবিবা চীংঙু লাইযাম পুম্ববু মযেংননা মহাইএ। হাদা লাইযাম পুম্বও, কবি নোংগী লাইযাম্বু, নোংমাই ঐগী ইগাইফমদা কৌবদি অতৈ অমত্তা নৎতেএ! মালেম অসিদা লৈবিবা পোং সলাই পুম্বগী পুম্সিকোন লাংদাইদা, তাইবঙগী চান্না-থক্লবা পোৎলম্বু কবম্না পুথোক্লদগে হাযববু নোংমাই হবাউবনা মযেক শেংনা তাক্লনি হাযনা, শিদবা লাই মপুবেন, নোংপোক অচিবনা লাইযামদা ফংহনবীখি। অসি নোংগী মপুগী যাৱা লৈবনা নোংমাইদা শঙ,

লিংদুনা লাইবেনবী লৌতাবোন পাংদুনা, পানাও শিংনাও, লশিং মপোপ, ফৌগী মখল কয়া পুথোক্লুনা নোংমাই লৌতাবোন পাংথোকনা, লাই হবাউবা নোংমাইদা, চীংউপা লাইযাম পুন্দুনা নোংপোক অচিবগী মবমখৈদা, থৌপাং মহৈ যান্দুনা নোংমাই লাই হবাউবা পাংখি।

অহুমশুবা লাই হবাউবা পাংখিবা ফমলেনদি, কংলৈদনি হায়না ৱাঙুউবোন্না পীবি। নোংপোক-নোংচুপ, খা-ৱাং, লাইযাম পুম্ববু কংলৈ কংলাদা কৌদুনা, কংলা মপুবেন শিদবা নোংদা লাই পাখঙবা হাক্তক্তা কংলৈ হবাউবা হৌখি। কৌব্রু, মাবজিং, থাংজিং, ৱাংব্রেন, নোংপোক-নোংচুপ, লাই পুম্বনা পাখঙবা কংলৈদা লাই হবাউবা শকক যাখি। কৌব্রু লাইযাম শঙলেনগী লাইনে। নোংমাইগী লাইনে। চীংউবা লাইযাম পুম্বনা কংলৈদা লাক্লুনা লাইযাম পুম্বনা হাযবদি ফু-৩ পুন্দুনা লৈপাক্কী মপুবেন কংলা ফম্বাল লাংলিবা, লাই মপু শিদবনা, চকশিংকোনদি কোনবা চকলোননি। ফু-৩ পুন্দুনা কংলৈ লাই হবাউবা হৌখি। চকশিংকোন্দি কোনফাঙেনে। শিদবা লাই ওইবা পাখঙবনা লাইযাম লাংদাইকোন ওইদুনা, লাই চুকখোং ফাদুনা, খোযুম লাইয়াম পুম্বনা অনেম্বা মালেম লৈশেমকোনদি কোনফাঙৈদা, ঝুবা কংলৈ হবাউবা হৌখি। অসি নোংগী যাৱা লৈবনা উমংলাই খুন্দাবা পুযান হবাউবা অবোইবদি কংলৈ হবাউবনি হাযনা ময়েক শেংনা পীবি।



# অহানবা হৰাউবা

অহানবা লাই হৰাউবা হৌদোকখিবা খোযুম ফম্বাল তাইবা মপুংবেনদি, অৱাং কৌব্রু অশুপ্পা, লাইযাম খুন্থোক হানবা, শিদবা লাই মপুনে। মপু ওইবনা মালেম্বু কোইনা যেংলকপা, মালেমদা খুন্থোক তন্নিবা উমংলাইশিংনা থৌশিল থৌদা কযাবু পাংদুনা থৌখাই মপুংযাই মতমঙৈনে। উমংলাইশিংগী থৌশিংকোনবু কৌবা লাইনা মউবক্রুবদা, কবি নোংগী থৌশিলনো হাযনা নুংলোন যাইদা লাই মপু শিদবা অৱাং কৌব্রু মখল্লক্লে। হাদা খোযুম শিদবা, কৌব্রুনা লাই ওইবা মালেম্বু লৈশেম-নুংশেম্বা, ম্ভৌবনে লাইদি সনামহিবু মউবক্লে। সনামহিগা কৌব্রুগা অনীনা লাংদাইকোন পাউশাইএ। কবি নোংগী পাউশা ৱানো হাযবদি, ৱাবম পুম্বা উমংলাইগী থৌশিল থৌদা অসিবু লাইতিন পুংকোই ওইগদগে, থৌশিল অমা নোংদম্বীযু হাযনা, শিদবা লাই লাইনিংথৌ অৱাং কৌব্রুনা সনামহিদা হনগৎচববদা, লাইনিংথৌ সনামহিনা কৌবা লাইবু যেংদুনা মহাযএ / তবীযু মপুবেন অৱাং শুমলেন, থৌসু থৌখাই মপুবেনও।

মালেম লৈশেমকোন্দা খুন্থোক তন্নিবা উমংলাইশিং অসিনা মাগী মাগী ফম্বালকোন লাংদাই পাউশা ইতমলিবা, লাইজিং পাউশা হেলোইবা অসি নোংগী থৌশিন থৌদা অসিনা খোযুমগী লিশাংকোন লাংদাই পাউশাবদি মালেমগী উমংলাই, লাংজি হুইবেন ইতমকনি। অসি নোংগী লাইপুনবা, লাইতিন পুংকোই ওইনবা উমংলাই হৰাউ মথোই কাদুনা মশাগী ফম্বালবু মশক খঙনা, থৌওই ওইহনবীযু হাযনা কৌবা লাইদা সনামহিনা মহাযবক্লে। অসি নোংগী সনামহিগী যাৱাবু কৌবা লাইনা হোযাজবে। খোযুম অসিনা পাউশা ৱাবু মহে যানখবে। লাইনিংথৌ অৱাং কৌব্রুসু মগাইফমলেন ওইবিবা কৌব্রু চীংমাইথেন্দা, লোইবী চীংদি ৱাঙম পাউদমলেন, চিংপুথেন্দা লাইতিন পুংকোই হনখ্রে। হাদা লাইনিংথৌ অৱাং কৌবুনা মগাইফমলেন্দা লৈপা থৌবেন যাংবা থৌঙম্বা, লাই ৯ বু কৌদুনা খোযুম পাউশানবক্লে। লাইনিংথৌ অৱাং কৌবুগী পাঙ্গলবা লাই ৯ না লাইনিংথৌদা হনগৎচৈএ। হাদা মপুবেন শিদবও, খোযুম লাই ওইবা ৯ বু মকৌবীবনো হাযনা হনগৎচববদা, লাইনিংথৌ অৱাং কৌবুনা লাইযাম্বু যেংনবা মহাযএ। হাদা থৌবেন

যাংবা লাইযামও, কবি নোংগী কৌবনো হাযবদি য়ায়া মাবু মহাযকে, লাইযাম পুম্বা তাবোদো। মালেমদা লৈবা লৈশেমকোনগী লাইযাম পুম্বা নুংলোন যাইদা খেবুম লাং, খোযুম লাংশি ইতমলক্লে। লাইয়াম পুম্বসে অমত্তা ওইনা মাগী মাগী ফম্বালকোন্দা মশক খঙনজনবা, লাইগী লিথাংকোক মউনবা, উমংলাই হরাউবা কৌবা লাইতগী চীংমাইথেন্দা মতাইবগে। মসি নোংগী যায়া লৈবনা লাইবুংথৌ ৯ বু কৌপনে হাযবদা, লাই ৯ না কবি থৌখাই থৌবম প্যাংজৌকে হাযনা কৌব্রুদা হনগৎচখি।

লাইনিংথৌ অরাং কৌব্রুনা থৌঙম্বা লাই ৯ বু যেংদুনা হাইএ। হাদা থৌঙম্বা লাইযাম পুম্বাও, লাইনিংথৌ সনামহি লৈশেমকোন্দা লৈবিবা উমংলাই লাইযাম পুম্বা খোযুম পাউজেল পীদুনা লাই পাওথাংনজবো। খোযুম থৌবাংবা লাই ওইবনা লাইযাম পুম্ববু পাউজেলখ্রে। খোযুমগী পাওথাং পীখবে। মপুবেন ওইবা লাইনিংথৌ অরাং কৌব্রুনা লাইযাম্ব যেংনা মহাযবে। তাবো মখা তাবা যায়া লাইযাম্না থৌশাংগদবা থৌবম্ব হাযকে। কৌব্রু চীংমাইথেন, লাইতিন পুংকোইবেন ওইবিবা ফমলেন অসিদা উমংলাইশিংনা ফমদেংকোন ওইনবা লাই ফম্বাল ৩৬৪ লিংও হাযনা লাইনিংথৌনা লাইয়ামশিংদা



শিম্বা মপিবে। হাদা লাইওইবা মপুগী শিম্বাবু লাইযাম্না থৌপাংলক্লে। লোইবী চীংগী পামেনকোন্দা নীংথিনা উপান কযানা কৌব্রু চীংমাইথেনগী নিংথিজবা ইনুং কোনফাবক্লে। হাদা লাইওইবা কযানা লাইনিংথৌগী হরাউ পুংকোইথেন্দা লাইযামশিংনা নীংথিবা লাইপুংথেন ওইবক্লে। খোয়ুম লাই মপু শিদবা অরাং কৌব্রুনা মগাইফমলেন হরাউকোনবু উজবদা, পেন্না রাখৈনবক্লে। নুমিৎ শিংকুম মহাইবক্লে। কৌবা চিংদোন্দা লাইযাম্না ঙাইদুনা থৌপাং থা, ফাইবেল থাজবোই, থা ওইপনে হাইপনা, চীংউপা লাইযাম পুম্বা কৌব্রু হরাউ পুংকোইদা শুনা তিল্লবে। খোযুম মপু শিদবগী যাইদা ফম্বাল ৯ শেমদুনা, শঙলেন লিংদুনা, কৌব্রু চীংমাইথেন, অহানবা লৈশেমকোনগী লাই হরাউবা হৌখি। লাইযাম পুম্বা পেঙখি। অমত্তা ওইনা পুন্না থৌকাংমিন্নখি। লাইযাম হোই লাওদুনা হাযজখি। উমংলাই হরাউবা হালোইপা লাইদি কৌব্রুনি হাযনা লাউজখিএ।

# নোংমাই হরাউবা

নোংমাই হবাউবনা ফোঙদোক্লিবা নুংলোনগী ব্রাপু ব্রাঙুউবোন্না মযেক শেংনা ফোঙদোক্লি। নোংপোক নোংমাই মবমখৈদা খোযুম ফম্বাল লাংদাইবিবা, শিদবা লাইদি মপুনা, নুংলোন যাইদা খল্লক্লে। মালেম লৈশেমকোনগী লাংদাইকোন্দা লৈবিবা লাইবেনবা লাইবেনবী পুম্ববু, নোংমাই ঐগী ইগাইফমলেন মকৌখৎকে, খোযুমগী শিস্থা পীদুনা নোংমাই ইগাইফমলেন্দা লৌতাবেন পাংহনগে হায়না শিদবা লাই অচিবনা থৌকাংলক্লে। শিদবা লাইগী পাওথাংলোই থাদুনা নোংপোক লাই মপুনা লাইযাম্বু নোংমাই মবম খৈবেন্দা হবাউনবা থৌথাই পীখ্রবদা, নোংমাই মবমখৈদা লৈশেমকোনগী লাইযাম্না খোংদোই হুল্লক্লে। মশীং থিঙুমদ্রবা লাইযামশিংনা নোংমাইদা তিল্লবে।

নোংমাই খৈবেন মদাইমনে। লাইযাম লাইতিন পুংকোইনে। চীংউবা লাইযাম পুম্বনা খোকমগী ফম্বালকোন শেমদুনা লাইযাম ফম্বালদা ফমদেংলক্লে। লাইযাম পুন্না মযেংন্না শিদবা লাই ওইবা অচিবনা হাযএ। হাদা লাইযামও, লাইযামবু ঐনা কৌজবদি কবি নোংগী যাব্রা নৎতেএ। লাইযাম্না অমত্তা ওইনা থৌসু থৌদা থৌবমলোইবু নোংমাই ঐগী ইগাইফমদা থৌপাংশি হাযবগী, লৈশেমগী লাইযাম্নু কৌজবনি। মপুগী যাবা তাবদা লাইযাম পুম্বা হবাউ মথোই কাজখি। নোংমাই চীংদি চীংমাইখেন্দা লাইবেন নুবী কযানা খোযুম থৌশিন থৌদা থৌপাংনবা, মপুনা থৌশিল্লক্লে। মপুগী লৈকোন ওইবিবা সনামহি কোনদি কোনফাউঙনে। নোংপোক লাইদি হেলোইবী, মতিক মযাইনা লাংহৈ লাংদাইবেনবী, লাইবেনুবী কযানা নোংপোক নোংমাই চীংমাইখেন্দা খোযুম লৌতাবেন শিস্থা পাংনবা লাইবেনবী কযানা থৌখাই থৌশিন কযা পাংলক্লে।

নোংমাই লৌতালেনবী কযানা মতাবোই কযাগা লোয়ননা নোংমাই লৌতা পাংলক্লে। তুংলমচৎতা পোং কয়াগী থৌখাই ওইবতা নত্তনা, তাইবঙগী চীনজাক পুথোক্ল বা খোযুম শিস্থা ওইখবে। নোংপোক তাংসু তাংলেন লমদা, লাইবেনবা লাইবেনবী কযানা খোযুম থৌদা পাংদুনা, নোংগী চীংমাইথেন অমদা লাইবেনবা লাইবেনবী কযানা খোযুম থৌদা পাংদুনা, নোংমাইচীংদি চীংমাইথেন অমদা, ফৌগী জাৎ, লশিং মপোপ

কযা থাদুনা, থৌখাই মপুংথাই তমলক্লে। হাদা লোইবা লাইবেনবু কযাগী থৌশিন থৌদাবু উবদা মপুবেন লাই শিদবনা পেনজবে।

নীংথিজববা মপুগী ফম্বাললেননি। খোযুম লাইযাম্না নোংপোক নোংমাই খৈবেন্দা লিংলিবা মপুগী ফম্বালবু উদুনা ফম্বালগী মতিক মযাইবু নুমিৎ-থাগুম উজবক্লবদা, থৌশিল থৌদা থৌবমলোনবু পাংলগে হাযনা লাইযামগী থৌখাই ওইবক্লে। শিদবা লাইদি মপুবেন, নোংপোক অচিবগী মগাইফমদা নোংমাই হবাউবা থৌখাই মপুং ওইখ্রে। লাইগী চুকখোং লাংখোং কযা তাইখবে। পানাও-শিংনাও, লশিং-মপোপ কযাবু মালেমদা লৈবিবা মীওইপোক সলাই পুম্বদা মযেংহল্লে। লাই হবাউবা নোংমাইগী-থৌশিন থৌদা পাংবনা লাইগী ঙমখৈ ওইখবে। চিংউবা লাইগী থৌশিনবু মপু ওইবা শিদবা অচিবনা লাইযাম পোং শলাই পুম্বদা শিন্নখ্রে।



# কংলৈ হরাউবা

মৈনা রাই তাংনা শমথবকপনা, পাখংবা কোনদি কোনফাঙে, কংলৈ পুংকোই কংলা ফম্বাল, ফম্বাল লাংলিবা নোংদা লাই পাখংবা ইতমঙৈগী ৱানে। পোং সলাই মীৎপাংঙেনে। পোকলেম্বা লাই ৭ না কংলৈ কংলা মীৎপাংঙেনে। কৌব্রু, মার্বজিং, থাংজিং, ৱাংব্রেন, খোয়ুম লাই ওইবা মবিনা লৈশেমকোন্দা লাইগী থৌসু থৌবেন থৌপাংঙেনে। কংলৈ পুংকোই কংলা পংমযোনদি, সলাই খোইপুংনে। তিনবীবেন-লাইবীবেন লাই ১৪০ তিনবা, মপু যাইবাকোনগী নুংলোন খোইপুংনে। কংলৈ পুংকোই কংলাদা লাইতিন পুংকোই ওইনবা, কংলৈ হবাউবা হৌকে হায়না লাইতিন পুংকোই কংলা যাইবীকোন্দা লৈপা লাইশিংদা খোয়ুম ফম্বাল মতাইবিবা মপু ওইবা পাখংবা লাইযাম পাউতাক পাউথেমএ। হাদা খোয়ুম ফম্বালকোন লাংদাইবিবা লাইযাম পুম্ববু পাউচেল্লো হাযবদা, কংলৈ লাইনা লৈশেমকোনগী মাইকৈ মবি, শুমদাই ৮, শিংখোইবেন ৬৪ দা লৈপা লাইশিংবু পাউচেলবদা, লাইযাম পুম্বা কংলাদা খোংদোই ইহুল ইতমলক্লে। কৌব্রু লাইযাম, নোংপোক নোংমাই লাইযাম পুম্বসু কংলৈ কংলাদা থুংলবে। কৌব্রু শঙলেন, লাই নোংমাই, শঙকুম লাইয়াম কংলৈ লাইযামগা, ফু ৩ পুন্দুনা কংলাদা লাই হবাউবা হৌএ। অসি নোংগী ফু ৩ পুন্দুনা কংলৈদা হবাউববু কংলৈ হবাউবা হায়না কৌএ। অসি নোংগী শঙবু ফুবা কৌপনে। শঙলেনদি কৌব্রুনে, নোংপোক্তি নোংমাই শশনে। ফুবাদি, ফু ৩ পুন্না থৌপাংমীনবা শঙপু ফুবা শঙ কৌপনে।

পাখংবা ঈথাংলোইদি পোং সলাইনে। কংলৈ পুংমযোন কংলাদা লাইযাম পুন্দুনা, চুখোং লাংখোং ফাদুনা কংলৈ হবাউর্পতি, লাইনা পূক্লীং খেবুম লাংদনা, অমেংবা থাদা কংলৈ কংলাদা পাখংবা মেনতোংঙে। পাখংবা হৌবেন হৌচোংএ। উমংলাই খুম্থোক মতাইনা কংলৈ হবাউপা হৌএ। পোংনা মীকপ থোক্লুনা, খোয়ুম লাইগী থৌশিল থৌদা থৌবম কযা থৌপাংজেএ। লাইগী মতুং ইনর্পদি পোং সলাইনে খঙও। খোয়ুম লাইযাম পুম্বা কংলৈ মযোন পুংমযোন কংলাদা কংলৈ হবাউবা মপাংলক্লবদা লৈশেমকোনগী লাইযাম পুম্ববু কংলৈ কংলাদা লাইতিন পুংকোই ওইবক্লে। খোয়ুম লাইয়াম পোবোন ৭

লোম্দুনা কোইবেন শাখবে। হবাউ পুংকোই যাইদা লাইওইপা মপুগী ফম্বালকোন শেমজবি, চুকখোং লাংখোং লাইযামনি। হৈ লানবা লাইবেনবী কযানি। কংলৈ পুংকোই কংলাদা কংলৈ লাই হবাউবা লাংদাই পাউশনবক্রে। খোযুম লাইযামলক্তা পোং সলাই মঙাং, লুৱাং, খুমন, অঙোম, মোইবাং, খাবাঙনবা, শবাংলৈশাংথেম সলাই ৭ সুনা কংলৈ কংলা লাই হবাউববু লাইযামলক্তা মযেংলক্রে।

কংলৈ হবাউবনা পোং সলাইদা কবি মবী লৈনবগে হাযবদু মপু ওইবা লাইযাম্না খঙহল্লগে হাযনা খল্লক্রে। খোযুম লাই মপুনা পোংপু লাইজা ইবোন্নুংদা থাজা তবা ইমানা ই পুদুনা, সলাই মমিৎ পাংঙে হাযবা, কংলৈ হবাউবনা তাক্রে। মীৎ, না, নাতোন, চিনবান, কোকলেন, নাকোং, খোই, খাথোং, থৌবিচবম, লেংজুম, খ্বাং, খোং, মীওইবগী কয্যাৎলোন শেমগৎ শাগৎলকখিবা, নোংগী মতৌবু লৌদুনা তাইবঙ মীতম মপুংযাই ওইবক্রে।

লাই ওইবনা তাইবঙগী শেৎন-চানবা, ফিবোন (লাংপুম) ওইবক্রে। চবৈশিং অদুবু লাইওইবা মপুগী ফম্বাললোম্দা কৎচবে। মীওইপা পোং সলাইনা মদুগী মহৈ ফংজবে। পৈযা চেপশি লোংবু পাযদুনা তাইবঙগী মাংখিগদবা থৱাযবু খোম্দুনা লাইনিংথৌ লাইবেনবী অনীগী ফম্বাললোম্দা লাইবোন তমদ্রিফাওবা থম্বীবে। মীওইবগী পুন্সিদি অৱাবা নুংঙাইবা পোকপা শিবা নাইবা মপোকনি হাযবা তাকলে। কংলৈ কংলাদা কংলৈ হবাউবা ইতম্লকপনা লাইযাম পুন্সা হবাউ মথোই কাজবে। পী-পা, সলাই পুন্সগী ওইনা লোইনবা থৱায মীকোল্লে। অনোইবোন ইতমলে। হোইবৌ পাউশানবক্রে, হাদা লাইওই লাইযামগী থৌশিলবু পোং সলাই পুন্সনা থৌখাই থৌসু থৌবমদা থৌপাংখবে। পোং সলাই পুন্সা মখঙলক্রে। কংলৈ হবাউবগা যাম্না নক্লনা লৈ হাযবা খঙজখবে।



# লাইফি শেৎপা, ইকৌবা

লাই হবাউবগী থৌবমলোনবু ৱাঙ্লোন্না অসুম্না পীবি। লাই হবাউগদৌবিবা লাইবুং অদুদা লোইশঙগী মোহোব পাযবা, মাইবা, মাইবী, পেনা, নোংমা ৱাংলিঙেদা লাইবুংদা থুংগনি। লাইবুং অদুগী শঙলেন্দা লৈবিবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী লাইফি শেৎপা হৌগনি। নুমিৎনা মযুম চংদ্রিঙেদা লাইফি শেৎপা লোইবীগনি। লাইফি থোনবীগদবা মাইবা মাইবীনা চিনখুম ফি লাকপিগনি। অমাইবীনা লাইবেনবী ফিশেৎ তন্বীগনি। অমাইবনা লাইনিংথৌ ফিশেৎ তন্বীগনি। ফম্নাল ফি থাবা অমসুং শেম শাবনা পেনা থৌ পুগনি। কবিগুম্ন ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী লাইফি শেৎপদা কনা অমতা উহনবা যাদে। থোং লোনশিল্লগা নংত্রগা ফি কোইশিন্দুনা, দপ থাংমৈ কৎতুনা হাযজবগা থৌরম পাংবীগনি। কবিগুম্না মালংদা মীযাম উগদবা মফমদা লাইনিংথৌ লাইবেনবীগী ফিশেৎ তম্লবদি শেৎলিবা মাইবা মাইবীদা পন্সিদে। মাৎ, না, চিন, শোকপনে খঙও। অসুম্না ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা ফিজেৎ লৈতেং লোইখ্রবদা নম্বালদা ফমদেংবীগনি। থাং, তা, কাংহু, হুমাই, চোং, পে, লাইপোং, শেনপোং নীংথিনা মফম চানা চানা থম্বীগনি। পূম্নমক লোইববা মতুংদা থৈকৎ লৈকৎলোন অথেনপোং শেমগনি। খযোম চবান, লমলাই, শাবোই তুবেন থৈকক লৈবাই চাকথা শেম্বীগনি, পোৎলম পুম্না শেম্না লোইববদা লাইবুং লাইমাংদা দুপ থাওমৈ কৎতুনা হবাউবা কর্মিতিনা ইবুংঙো ইবেম্মদা হযেংগী হবাউসেন থাদুনা নিজগনি। অসুম্না পাঙথোকপা থৌবম্ন নোংমা ৱাংলিঙে হবাউবা, লাইফি শেৎপা হাযনা কৌই।

লাই ইকৌখৎপা থৌবমলোন লাইবুংদা খুনগী মীযাম পূম্বনা ইক শাংদেং তমদুনা, মাগী মাগী মযূম মবাং যাইদগী ফিশেৎ নুপানা ইন্নফি, ফৈজোম, মোজাফুবিৎ, পুমযাৎ, লিৎতুনা থৌবম যাওবীগনি। নিঙোল, লৈমা চনুবা কযানা, ফনেক মপান নাইবা ফুবিৎ অঙৌবা, ইনফি হবাউফি, ফিবাল যাওবা, হাযবিবা ফিজোল অসি শেৎতুনা লাইবুংদা তিল্লবদা অমাইবা অমাইবী পেনা শৈশকপা শঙ অহুম্না লাই পুগদবা, চোং, পে, লাইপোং, শেনপোং, অথেনপোং, চীংবা পুগদবশিং, যেৎ ওই কাযদনা লাইমাং লোমদা

ওনশিল্লগা পবেং অনী থোক্লা লেংবীগনি। লাই পুবা ২, থাং ফানবা ২, চোং-পে ২, কোযেৎ হাপ্পীগনি। লাই পুবা অনীনা ফিগাওফি যান্দুনা ফিগাওফি মনুংদা ইহাই মচা অনীদু যেৎ ওই কাইদনা হাপ্পীগনি। অমাইবা অমাইবী পেনা অহৌমগী মীওইশিংনা লাইমাংদা ওনশিন্দুনা পেনা ইকুমলোন শৈথাবীগনি। হেক লোইবগা লাইমাই ওন্দুনা ইকুমফম ঈবেন তুবেন নৎত্রগা অশেংবা পুখ্রিদা খোংবান্দা খোংশানগনি। মফম অদু যৌবগা অমাইবনা লৈবাই যু খাংবিগনি। খযোম অমসুং সনা কোনযাই যাওগনি। ঈহাইনা লাইজদা ঈশেংদুনা অমাইবী মাইকৈ ৪ লৈথক লৈখাবোন জগোয কৎকনি। লমলাই অমাইবীনা শাবিক থাদুনা কৎপীগনি। হিবি থাদুনা লাইগী মপাউ অমাইবনা লৌগনি।

ঈশিংদগী হিকাবোয়া লাইবু নৌ থেমদুদা হিচিংলোন তমগনি। ঈশাইফু ঈশিং কাগনি। লাই মখোং হাপ্পীগনি। লাইমাই ওন্দুনা শগুলেন তম্না খোংশাল্লকনি। জগোয মফম ৩ কৎকনিএ। লৈতাই নুংতাই, তিদাইবোন জগোয কৌএ। ফৌদাং গুাবি পবেং ১ থুম কাগোক, মৈথাংনা মমাং থাগনি। মৈদি কানহৈদে, ফৌদাংদি কানগনি, লাইফম যৌবদা হিগাবোন, মাইবনা অহৌমলক লাওদুনা, ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা ফম্বাল কাগনি। ইশাইগা থাবীগনি। লাইপোৎ সেনপোৎ লৌশিনবীগনি। অসুম্না থৌপাংববু ইকৌখৎপা কৌই।



# লাইপৌলা

লাই হবাউবদা লাইপৌলা থাবগী ৱাপু হাযকে লাইপৌলা থাবা হাযবা অসি লাই হবাউবদা যাম্না মক ওইবা থৌবমনি। লাইপৌলা থাদনা লাই হবাউবদি হবাউবা কৌবা যাদবগী মবম ৱাঙুউবোন্না পীবি। লাইনিংথৌ লাইবেনবী অনীগী হবাউ মথোই কাবিবা খুনবু কোনবা লমলাই হাযনসু মীযাম্না লৌনবিবা, ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী ফম্বালকোন লাইনুংদা হবাউবা পুবিবা লাইকোক অমাইবীনা চংবী লাতোন অমদা লৈবাং লৈচন লাংথ্রে, মাইকৈ মবি লৈথক লৈখাবোন লৈচন লাইমাংদা লৈখোক লৈতোন কংলে লাইপুং লাইপৌলা লাংথ্রে লৈসুশিং হুন্না লাতোন্দা লৈচনগনি। কবি নোংগী লাইপৌলাবু থাপনো হাযবদি, ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা খোযুম লাই হবাউবা হৌজিক হাযবদা শিদবা লাই মপুনা নহান নোংদা লাই ওইপনা মালেম নোংকুমদুনা ফম্বালকোন ফমদেংলবদা খোযুম মখৈ ফংনবা হবাউপদা লাইযাম কৌবা ফম্বাল, লৈচন হাপ্তুনা কংলৈ পুঙমযোন্দা চংবী লানা লৈকোই শেমদুনা লাইপু খুথেক লাংজি হুবেনদুনা কোক নোকজনা লৈমা লৈশাবেন, লৈমাতোন ৱাংবিগা অনীনা হোইয়াওননা মকৌথেন্দি মকাইবেন ওন্দুনা খুলাম তোইনা খৃশা নাওথেক লাইকৌববু লাইপৌলা থাপা হাযনা কৌপানে হাযপপু হবাউপা নুংলোন ৱাঙুউবোন্না পিবিএ।

খোযুম ফম্বালকোন লাংদাইবা লাইপু কোপতি হবাউবা পুকোই লাপতা মপুগী লৈচন-লাইপৌলা থাপনে। লাইপৌলানা উমংলাই হবাউবদা মাইকৈ মবি শুমদাই নিপাল শিংখাই ৬৪ গী লাইযাম পুম্নবু কৌপা লাই কৌবোন থৌসু থৌবম হেনলোইপতি উমংলাই হবাউপতা মকওইবা থৌবমদি লাইপৌলানে। লাইপৌলানা হবাউপদা তেংবানবগী থৌশিন মপুং ওইবদি লাইপৌলা থাবদা থৌখাই পুবা লাইশিংনি। লাইপৌলাগী থৌবমলোন পাংদুনা কৌপা লাইযাম্না লাক্তুনা হবাউপুংদা তিন্দুনা লেঙদনা লৈববদা হবাউবা হৌগনি। হবাউবগী নুংলোন লাইতিন পুংকোই মাইকৈ ঙাকপা, খাবৈকোন নোংপোক ঙাকপা, নোংচুপ পুবা, মৈবম ঙাকপা, চীংখৈ পুবা, অৱাং শনথোং ঙাকপা লাই পৃম্বা কংলৈ পুংদা লাইযাম শুনা তিল্লবদা লাইপৌলাগী লৈচনগী মতিক মযাইপু

মপু ওইবা শিদবা লাইনা লাইপৌলাগী কোবৌ লাযা নোংতমখিএ। অসি নোংগী লাইপৌলানা থৌখাই মপুনা লৈচন মালেমদা ৱাইশিনখি। লাইয়াম পুম্বা থৌখাইমিনবা যানবা খোযুম লাইগী লৈচন লৈহুন লোনবু কংলৈ পুংমযোন হুন্দুনা লাইবেনবা লাইবেনবী কয়া, হবাউবিবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী মযাং থংলেন লৌজদুনা লাইপৌলা থৌখাই পাংগনি। লাইপৌলা যাওদবদি লাইশিং শুদবনা, চুখোং ৱাংপা লৈপনা নোং থৌগী থৌবম্বু লাই হবাউপা কৌবা য়াদবনে। লাইপৌলা যাওদবদি খুথেকলোন খোযুম নাওথেম হবাউবোননে হাযনা ৱাঙুউবোন্না পীবি।

# জগোয় খৃৎথেক ৬৪

উমংলাই হবাউবদা মকওইনা খৃৎথেক শুনা শাবা জগোয়দি য়ূমশাবোন অমসুং মীতমলোননি। য়ূমশাবোন ১ বু মাইকৈ মবি চুকফাদুনা চুকলেন অদু চুহন্দুনা মাইকৈ মাইকৈগী চুকারোন খৃৎথেক তমই। মাইকৈ মবিগী চুকফা লাংকাই জগোয় হবাউবদা মকওইবা জগোয়নে য়াইদা চুক লিংদুনা য়ূমশাবোন জগোয় খুজোই পুথোকএ। লাই হবাউবদা খৃৎথেক ৬৪ উৎতুনা জগোয়গী য়াংবী তাক্লুনা শাবা জগোয়দি থৌঙম থৌসু থৌপাং জগোয়নে। লাইগী জগোয় ৬৪ দি লৈতাই নুংতাই জগোয়গী নুংলোন্না লৈশেমলোননি হায়না হবাউবোন ব্রাঙুউবোন্না পীবি। য়ূমশাবোন ১ গী ইনুংকোন য়াংবীবেন মক ওইবা মশক তাকপা থৌপাংবা জগোয় ওইনা খৃথেক্তা তাক্লিবদি ৫৫ না ১ গী মতুং ইন্দুনা য়ূমশাবোন জগোয়গী খৃৎথেকলোন ৫৫ দা পুন্দুনা ৬৪ গী খৃৎথেক য়াংবীবু ময়েক শেংনা পীবি।

লাই হবাউবদা থৌবাই পুবা জগোয়দি লাইচিং নাওথেম জগোয় চুখোং লাংখোং জগোয়, শুমলেন ফম্বাল জগোয়, ইহাইবোন জগোয়, মৈথাংলোই জগোয়, লাইপৌ জগোয়, ফীবুন জগোয়, কাংহবোই জগোয়, লৌয়ান জগোয়, লৌপান জগোয়, পাময়ান জগোয়, অনোইবোন জগোয়, মাইবা থৌগন জগোয়নি। হায়বিবা জগোয়শিং অসি লাই হবাউবদা পাংদবা য়াদবা হবাউবোন জগোয়নি। হবাউবা জগোয়না পীবিবা নুংলোনগী ব্রাবু তাক্লি। হবাউবগী থৌওং মওং মতৌবু জগোয়না মশক মতৌ মওং মবিন থৌওং থৌদাবু জগোয়না ফোঙদোকপা ঙমই হায়বসি ব্রাঙুউবোন্না তাক্লি। লাই হবাউবনা হৌব্রবা মাঙখিবা য়ানা লৈবা নীংশিংদুনা থৌবম ওইনা হবাউবদা মক ওইনা উহনবা অমসুং ফোঙদোকপা ঙমলিবদি জগোয়নি। জগোয় খৃৎথেক্লা হবাউবা হৌবকখিবগী কবিগীদমক উমংলাই হবাউবিবনো, হবাউবনা কদাই ফাওবা পীবগে হায়বদু জগোয়নসু ইবাই লায়না ফোঙদোক্লুনা থবক অদুগী থৌবম্ভু ময়েক শেংনা পীবি।

উমংলাই হবাউবদা মীওইবগা থানবা য়াদ্রবা অমসুং খঙজিনবদা কান্নববা মী-পোং-সলাই হায়না খঙনবিবা তাইবঙ পানবা মীওইবগী হকচাং কয়াংলোন কয়াবু মতৌ

কবম্না পুনখৎলকপগে হায়ববু লাই হবাউবা মীতমলোন অনোইবোন্না হকচাং কয়াৎ শাগৎলকপগী মওং মতৌবু ময়েকশুনা, খোঙথাং অমসুং খুৎথেক্লা ময়েক শেংনা তাক্লি। মীওইবগী হকচাং কয়াৎলোনবু শেমগৎ শাগৎপদা থাজা ১০ নাওপুবোন নুংলোন, মীওইবনা ওইখিবগী হকচাং কয়াৎপু উত্তুনা পীবি। মীৎ, না, নাতোন, কোক, লবাই লেনফু, নাতোন, চিনবান, য়াং, খোঙ, খুৎ, থবাক, থজিন, কয়াৎলোনবু কবম্না পুনখৎলকপগে হায়বা ময়েক শেংনা হবাউবা জগোয়না পীবি।

মীওইবনা ইননবা ফিবোন কয়া শাদুনা জগোয়না কবম্বা ফিবু পুথোকপগে, ফিনা কবিগীদমক কনানা পুথোকপীবম্নগে হাযবা ময়েক শেংনা তাক্তুনা মীওইবনা লাইগী নুংলোন্দা লৈবা ফিবোন পুথোবকখিবগী হৌখিবা কয়াবু অসুম্না পুথোকপিবম্মী হায়না জগোয়না পীদুনা খুথোকলোন কয়াৎপু মশীংশুনা তাক্তুনা জগোয়গী থৌবম থৌদানা মীওইবদা পীদুনা ওইদুনা পুথোক্লিবা ফিবু লাইদা কৎচদুনা মদুগী মহৈনা মীওইপা সলাইনা ফংজৈ হায়বসু জগোয়না ময়েক শেংনা তাক্লি। জগোয়দি মৈহৌবোন মশক তাকপা মকওইবা থৌবমনি হায়না উমংলাই খুন্দা পুয়ানা পীবি।



# হোইরৌ-হোয়া, অনোইরোন

লাই হোইবৌ হোযা অমসুং অনোইবোনসু মক ওইবা থৌবমনি হাযনা ৱাঙুউলোন্না পীবি। হোইবৌ হোযাগী নুংলোন ৱাহনথোক্তি অসুম্না পীবি। পূক্লীং অনীনা অমত্তা ওইনা পূন্না ৱাখন লমফাংনদবা অবেপ্পা থৌবম অদুদা মপুং ফানা তৌগদৌবিবা থৌবম অদুগী নুংলোন কযাৎলোনবু শিনথা ওইনা পাংগদৌবিবা থবক থৌবম অদুগী অবেপ্পা পূক্লীংনা মমুৎ তানা খঙলবদা তৌগদৌবিবা শেম-শাগদৌ পোৎশক অদু অসি কৌএ' হাযদুনা থৌবম অদুদা যাওগদৌবিবা মী লাই পূন্নদা খঙহন্দুনা, মীযাম পুম্বা হোই লাওনা থৌপাংগদৌবিবা থৌবম অদু ঙাইদুনা হোইবৌ থৌবম থৌদাবু অচেৎপা লেঙদবা খোঙফম্না ঙাইনবি। অবেপ্পা ৱাখল্লোনবু অমত্তা পূন্না থৌকাংমিন্নবা থৌবম্বু কোবৌ মালেম লাযাবোন হৌইবৌ-হোযা হায়না কৌই। হৌইবৌ হোযানা পীবিবা থৌখাইদি অনীনা অমত্তা ওইনা, অবেপ্পা লেঙদনা থৌবমলোনবু হোইয়াবেন হোইবৌ হাযনা খঙনৈ।

হোইবৌ লাংশিং ৱাবু হাযকে মপুনা মনাইবু যেংদুনা মশাগী অবেপ্পা থমদুনা থৌবম থৌদা থৌপাংজৌও হায়না হাযজববদা, মপুগী মনাইনা অবেপ্পা মপুগী থৌখাইদি লেঙদ্রবা ৱানি হাযনা খঙনা, থৌদা থৌবম অদুবু অবেপ্পা নুংলোন ৱানা থৌখাই পুদুনা থৌশিনকোন ওইনা থৌপাংর্বান। হোইবৌ মশক খঙলবদি হোয়ালোন শক উগনি হাযবা ৱাপু ৱাঙুউবোন্না তাক্লি। হোইবৌনা শনথাবোননি, হোয়াদি শিনথা অদুবু লেঙদনা অবেপ্পা অমা থমদুনা শিনপাংর্জবিবা অদুনি হাযনা নুংলোন ৱাঙুউবোন্না পীবি। শিনফমনে অমনা পাংলিবা মীওই অদুনে। অনী অদু অমতনি হাযববু হোই লৌ হোইলা হায়না খঙনৈ। তাইবঙ পানবা মীওইবদা মীতন্নগসু নুঙ অমসুং পানবুসু খঙনৈ। পান লৈবনা নুং লৈবনে। পানগী কয়াৎলোন উবা ফংজবনে। হোই লৈবনা হোইয়া লৈবনে। মশাদি নুংলোন যাংবীনে। অবেপ্পদি শিনফমনে। শিনফম লৈত্রবদি মউ ওইবা হৌইলৌ লৈতবগা মান্নৈ হাযনসু ৱাঙুউবোন্না পীবি। অসুম্না পীবিবা ৱাঙুউলোনগী থৌখাইনা লাই হবাউবদা হৌইবৌ হোযাগী মশকসু মযেক শেংনা তাক্লি।

অনোইবোন অহৌবনা শিনফম অমসুং থৌবম অদুগী মশক তাকখ্রবদা, শিনফম অমসুং পাঙথোক্কদৌবিবা কবিনা পোৎশক অমা ওইনা মীযামদা খঙহন্দুনা পুথোক্লবা, মীযাম চংদুনা থৌবম অদুবু শরুক যাম্নিন্দুনা পূন্না থৌপাংমিন্নবা নুংলোন ব্রাগী ব্রাঙুউলোন্না নোইলোন থৌবমলোন হাযনা পীবি। থৌবমলোন থৌখাই পুম্বনা মযেক শেংনা তাকপা ঙম্মলিবদি অনোইবোন অহৌবা অবোইবা নাইবা মকুওইবা, কবিগুম্বা শেমগৎ শাগৎলক্লিবা পোৎশক অমবু ওইনবা অমসুং মশক থোক্লা মমিং লৈনা থৌখাই ওইনা পুথোবকইবা পোৎশক অদুবু অনোইবোন্না মশক তাক্কুনা মীওইবা ঐখোযদা মকওইবা থানবা যাদ্রবা লাই হবাউবদা অনোইবোন্না তাক্লি। অহৌবনা হোইবৌ, হোযা অনোইবোন, মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ অহুম্না তিন্দুনা লৈশেমকোন মালেমদা লাই-হবাউবা উমংলাই খুন্থোক পুযানা হৌবৌ হোযা অমসুং অনোইবোন থৌবম থৌদাবু মযেক শেংনা নুংলোন বাঙুউলোন পীবি। মীওইবগা থানবা যাদ্রবা লাই হবাউবগী থৌবমদা হৌবৌ-হোযা, অনোইবোনগী থৌদাংবু নুংলোন ব্রাঙুউবোন্না পীবিএ।



# মীকোন থাগোন

লাই হবাউবগী থৌবমলোন কযাগী মনুংদা মরুওইবা থৌবম ওইবিবা মীকোন থাগোনবা থৌবমসিসু অমনি। মীকোন থাগোনবা রাখনবু পুক্নীংনা কৌশিঙদুনা থরাযগা হকচাংগা থানবা যাদবা লোযনদুনা লৈবা পোং সলাই মীওইবগী হকচাংনি। মীবেনবু কোল্লে হাযবদি থরাযমি অদুবু কৌদুনা হকচাংগা অনীনা অমত্তা ওইনা পূন্না লৈববু মীকোনবা হাযনা কৌএ। থাকোনলোনগী রাপু হাযকে কোইবেনশানা হেন্দোক্তনা মফম অদুদা থা শুম কোইনা লৈ হাযপপু থাগোনবা হাযনা খঙনৈ। মীকোন থাগোনবা নুংলোন রাঙুউবোন্না ময়েক শেংনা মীওইবা যেক তবেং সলাই ৯ দা উমংলাই হবাউবনা ফোঙদোক্লুনা তাক্লি। মীকোন থাগোনবগী সলাই চংনবোন্দা মমি তম্রিবা থাহল্লোক্লা অসুম্না পীবি। কনাগুম্বা মীওই অমনা মশাগী মথৌ খঙজনা পৃংফম অমসুং মতমবু যেংদুনা থৌপাংজবিবা মহাক্কী থৌবমলোন অদুদা মশাগী লৈফমদগী অতোপ্পা মফম অমদা লাপনা চংনা থৌবম অদুবু মহৈ যানবা থৌবম পুজবি। থৌবমলোন মশাগী শিঙ্খাবু মশানা খঙজনা থৌবম অদু লোইশিল্লম্লগা, মহাক্লা মযূমদা হল্লক্কদবা পৃংফম অদু কাযদনা হঞ্জিন্দুনা মযূমদা মহাক্কী তৌফম থোকপা থৌবম কযা কযা পাঙজদুনা অরা পোত্থাজনা মী ওইবগী চংনবোন কাযদনা থৌবম থৌদা থৌপাংলোন অদুবু মশক তাক্লিবা লাই হবাউবগী মনুং চন্না মরু ওইবা মীকোন থাগোনবা থৌবমনি।

মীকোন থাগোনবনা ফোঙদোক্লুনা তাক্লিবা নুংলোনগী রাবোন্দি মীওইপোক্লা মালেমদা অচং-চত্তা জিবা কযাগী মবক্তা অথোইবা অর্মান হাযনা লৌবিবা মীওইপোকনি। পোকপা শিবা নাইবা মপোকনি হায়নসু লাই হবাউবনা লৈথক লৈখাবোনবু হোই লাউনবি। লাই হবাউবিবা ইবুংঙো ইবেম্মগী মাংওইনা কংলৈ পৃংযাইদা মাইওন্না ফম্বালকোন ওন্দুনা যাইদা পেনা অসৈবনা খৃৎ যেৎনা চৈজিং পায ওইনা থাবু পমদুনা পেনা অসৈবগী নাক যেত্তা খৃউ লৈতাদুনা খুন অদুগী মীযামগী হাযবদি সলাই ৭ কী অপুনবগী থৌনিগনি। অদুগা পেনা অসৈবনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীবু থৌনিজনা মীকোন থাগোনবগী থৌবমলোন পাংবীগনি। সৈহৌবোনদি সলাই চংনবোনগী থৌখাইদি

মীওইবা যেক তবেৎ সলাই মাপন্দা কুমশিং কুমজা অদুদা যেৎলক্কদবা অমসুং তাইবঙ পানবা মীওইবগী হকচাংদা লাইনা তিন্না, লাইথুং তিনথুং, লাইচৎ তিনচৎ, পুম্ববু মহাকপু তাইনবা ঙম্বা লাই ওইবা অমদা শিন্দুনা ফৎত্রববু মাঙহনখ্রবদা যাইফা নুংঙাইবগা লোযননা খুন অদুগী মপাবি মমোম পুম্বগী থবায মীকৌবগা লোযননা অসুম্না খাবৈ কোন্দগী তুং-খোং কযা লান্দুনা থব্রায মীবেনবা, হবাউবিবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা পুখৎপীবকপা খুন অদুগী যেক ৭ সলাই ৯ গী থব্রায অমা হামবোইনদনা মীবেন অমা হামচৎনদবা থব্রায মীবেন্না যা যা কাবকপগী হবাও পুংদোই তম্লিবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী লাইপুংথেন যৌবক্নে।



# হিজিং-হিরাও ঔগ্রি-হংগেন

হিজিং-হিরাও, অবেপ্পা শাখনবু থৌনম থৌখাই ওইদুনা পম্মুংফম যৌববদা মহৈ যাল্লে হায়না ফোংদোক্লিবা বাবোনবু হিজিং হিরাও হায়না খঙনৈ। হিজিং হিরাওগী খোনথোক্লা তাক্লিবদি হিজিংনা থৌদমান। হিরাওনা খোনথোকনি হায়না লাই হবাউবা বাঙুইবোনা মখেক শেংনা পীবি। হিজিং হিরাওনা পীবিবদি মীওইশিংবা পোক্লবা সালাইশিংনা মপুগী থৌশিল থৌদা হেৎপাজবা মীয়াম পুম্না থৌপাংমিন্নদুনা অরাবা মতম শাংনা চংগদবা শিলম শিনখাদা মীয়াম পুন্না, অমত্তা ওইনা লেপ্পুনা থৌনম অদব পাঙজববদা মপু মনাইশিংনা হবাউ তবামদুনা থৌখাইবদুবু মহে যানবনে।

হিজিংলোন হিরাওনা ফোংদোক্লিবদি মী ওইবগী মপোক ওইদুনা অনেম্বা মালেমদা চাদা নাওদাদুনা সনাই লিংলিবা মী ওইপোক্তা হিজিংনা পীববা নুংলোনগী বাবোনদি অপুনবনা পাঙ্গলনি হায়না বাহল্লোকপু হিজিং হিরাওগা পাংখক ওইনা পীবি। কবিগুম্না শিলমলোন অমদা মীয়াম চংদুনা থৌবম অদু পাঙথোকমিন্নববদা থৌবম অদু থৌকাংনবা শিল্লিবা থৌবম মপুনা থৌপাংলোইশিংগী থৌশিনবু উববদা মপুনা পেনবীদুনা মযামগী থৌজান্দগী হিজিংলোন মহৈ যাল্লে হানযা মযাম্না হিরাউবু মপুনা থৌশিনবা থৌবমদা মীযাম্না পুন্না থৌবমলোনগী মনুংদা থৌপাংলিবা হিজিং-হিরাওনা মখেক শেংনা ফোংদোক্লুনা তাক্লি। লাই হবাউবা হিজিং কবিগুম্না মাঙবা যাদবা মীওইবগা লোয়নদুনা লৈবগদবা অপুনবা থৌনা লিংজেল মীয়াম পুন্দুনা নুংশি চান্ননা থৌপাংমিন্নবা অমসুং হিংমিন্নবা, মদুগী হবাউ-নুংঙাইবা মীয়াম অপুনবা ওইদুনা মাই পাক্লুনা নিংথিববা মালেমদা লৈমিন্নবা, চৎমিন্নবা হনমিন্নবকপা, পুমিন্নবা অদুগী মহৈনা হবাউ তবাম্ববু মীয়াম খঙনা থৌপাংমিন্নববু হিজিং-হিরাওনা ফোংদোক্লি।

ঔগ্রি-হংগেন হায়বা নুংলোনগী বাবোনবু পানদা থৌখাই ওইনা বাঙুইবোন্না পীবি। হৌখ্রবা থৌবম থৌদা কযাবু নৌহৌননা থৌকাংবা থৌবম থৌদাবু ঔগ্রি হনগেননা ফোংদোক্লি। সনামহি লাইহুই পুযানা অসুম্না পীবি। মপু ওইবা লাইনিংথৌ সনামহিনা মালেমদা খুন্থোক তম্লিবা লাইযাম্ব, উমংলাই ফম্বালবু মতিন মযাই খঙহল্লগে হায়দুনা

মালেম লৈশেমকোন্দা খাম্বী মৈনা হৌবক্লবদা মালেমদা লৈবা লাইযাম পুম্বা লৈফম খঙনা সনামহিগী খাম্বী আশাদু মৈবাসে কবম্না মুখৎলসিগে হায়দুনা লাইযাম পাউশান্নবক্লবদা, শিদবা লাই সলাইবেনগা পূন্না পাউশান্নবক্লে। মপু ওইবা সলাই শিদবনা থৌশিল্লক্লে। তাবো লাইযাম পুম্বা, সনামহিগী খাম্বী মৈবাদগী লাইযামগী মৈবানা মশীং লাংঙমনা অনেম্বা মালেম লৈশেমকোন্দা থৌপাংও হায়ববদা লাইযাম পুম্বা হোইদুনা সনামহিগ্যা লাইযামগা তাইনবা লমতাই থা ওইবা থাসিগী লৈশেমকোন্দা লাইযাম্না খাম্বী মৈবা থাদুনা সনামহি থিবক্লে।



থৱায যাইবীবেন্না খুনগী হবাও পুংকোই লাইপুংথেন যৌবক্লবদা থৱাযনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা কদাইদা লৈগদগে হংলক্লে। হাদা থৱায মঙামক মীগা থাগা ৬ মক মীবেনগা থাগা ৭ মক্লা, থৱায মীবেনবু যেংদুনা শিদবীনা মহাযএ। তাবো থৱায মঙামক থৱাযনা লৈগদবা মফম হাযগে। তাইবঙ পানবা যেক ৭ সলাই ৯ গী অইংবনা যৌঙমদবা আশাবনা থুংদবা ফম তাইবঙ খোইপুং লকদা থবায ৫ মীগা থাগা ৬ মক হনজিল্লো হাযবদা থৱাযনা খুনবীবেনগী পাবি ইমোম অমতা ৱাত্তনা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীনা থৱায মীকোন থাগোনবিখ্রবদা সলাই পুংকোই শুনা লাংদাই পাওশাখ্রবদা, পোং সলাই পুম্নগী অসিথোং থোংথিংবীগনি। অচংথোং সলাই থোংফাৎপিগনি। লনথোংলেন ৯ তাইদুনা মাগী মাগী মবাযাংদা হোইজিনবীগনি। অসুম্না লাই হরাউবদা মিকোন থাগোনবা থৌবম্না মীওইবা যেক ৭ সলাই ৯ গী মকওইবা মীকোন নাওকোন থৌবমলোন থৌখাইবু উমংলাই খুন্দা পুযানা পীবিএ।

লাইযাম পুম্বগী খাম্বী মৈনা লৈশেমকোন্দা মৈথাং লৌপা থাবক্লে। সনামহিনা লাইয়াম মৈবা উববদা লোৎঙমদনা লাইযাম পুম্বা খাম্বী মৈবা থাদুনা ঔগ্রি হঙ্গেন চোংবা উবকপতা সনামহিসু লাইযামগী থৌপাং মযাওনা লাই মখৈ খঙদুনা মালেম লৈশেমকোন্দা ঔগ্রি হঙ্গেন হবাও মথোই কানা লাই থাপন চোংবী থৌবম থৌদা থৌপাং মহৈ য়ানখিএ। অসি নোংগী থৌবম থৌদা লাই হরাউবদা ঔগ্রী হঙ্গোল, লাই-হরাউবদা মরু ওইবা থৌবম-থৌদা ওইনা থৌপাং মহৈ যানখি হাযনা ৱাঙুইবোন্না পীবি।

# লাইরেন মথেক, পাতোন

মৈনা ৱাই তাংনা শমথবকপনা, চকশিংকোনদি লাংবা কোনবা চকলোননে, উমংলাই খুন্থোকঙৈগী ৱানে। লাইবেন মথেক পাতোনা উমংলাই হবাউবগী মক ওইবা থৌবমনি লাই হবাউবদা লাইবেন মথেক পাতোনগী নুংলোন ৱাবু ৱাঙুউবোল্লা অসুম্না পীবি। লাই হবাউবদা লাইবেন হাইপা ৱাদি অহেনবা লাইগী মতিক মযাইবু লাইবেন নোং হাযনা ৱাঙুউবোল্লা পীবি। মথেক-মহাযবদি মহাক্লা চৎপা লন্থীদা থেক্লা-খোইনা চৎপবু, মথেক-নাইবা লাইবেনগী মথেকলোননি হাযনা হবাউবোন ৱাঙুউবোল্লা পীবি। অসুম্না উমংলাই খুন্থোক পুযানা লাইবেন মথেক পুবগী থৌবম থৌদাবু সলাইদা অসুম্না নোংদম্বীবি।

তাইবঙ পানবা মীওইবগী নুংলোন্দা তাওবোই লাইবেন মথেক নাইনা চৎপগুম নুংলোন মথেক নাইনা তাওবী লাইনা লৈএ হাযনা লাইবেন মথেক্লা তাক্লি। লাইশিংনা মাগী মাগী লৈফমদা হিবি কোন্দুনা মশাগী যুমফম লৈজবগুম অমুক থোকখিবা অমুক হনজিনবা, তাওবোইনাই মিহুন লোন ১১৮ না লাংশিং ওই। মৈবেন কোকযাই মাইকৈ ৪ শুমদাই ৮ শিংখাই ৬৪ দা মথেক চৎপা তাংগী নুংলোন তাওবোইনাই তিনবিবেন কযাবু লাই হবাউবা লাইবেন মথেক্লা তাক্লি। মাগী মাগী মিহুনফম লেঙদনা অহুমলক হংদুনা লৈবনা পাফন লাইবেন মথেক চৎপা মতমদা মফম অমদগী অমদা চৎপা, চৎলল্লিবা মফম অদুসু অমুক হন্দোক্লুনা হান্নগী চঙলকফম অদুদা অমুক থোকখিবা অসি নোংগী ৱাদি ৱাঙুউবোল্লা পীবি। মীওইপোক সলাই মাগী মাগী মপোক পোকপা শিবা নাইবা মীওইপোক্লা মানা মানা পামজবা শিনফম অদুদা তাইবঙ পুন্সি অদুমক, লোন্নবা ঙাক্লনি। মীওইপোক্লা পোক্লুনা মহাক্কী সালাইদা অমুক পোক্লুনা মচা মগুগী মপোক্লা অমুক হন্না মাগী সলাইদা পোক্লুনা মীওইপোক ওইবকখিববু নুংলোন ৱাঙুউবোন লাই হবাউবা লাইবেন মথেক্লা উৎতুনা তাক্লি। লাইবেন মথেক্লা মীওইবা সলাইগা থানবা যাদ্রবা থৌবমনি হাযনা পীবি।

পাতোন চৎপা, লাই হবাউবদা পাতোন চৎপা হাযবসি যাম্না মক ওইবা লাই হবাউবগী

থৌবমলোন অমনি। কবি নোংগী পাতোন চৎলিবনো হাযববু নুংলোন ৱাঙুউবোন্না পীবি। মৈনা ৱাই তাংনা শমথবকপনা উমংলাই হবাউবদা নৈপাক অমাইবীনা পাতোন কোক পূন্না থৌবম অসি থৌপাংঙি লাই হাক্তক্তগী লাইবেনবা লাইবেনবীগী লিথাংকোকপু, লাইবেনুবীনা লাইকোক চিংদুনা খোযুম লোন লিচৎপু মৈনা ৱাই তাংনা শমথবক্কুনা লাইবেনবী লিথাং পাতোন্না, মীওইপোক সলাইদা পী' পা গী চৎনবোন নুংলোন লিথাংবু মযেক শেংনা বাঙুউবোন্না পীবি। মীওইপোক সলাইনা মাঙলমচৎত্তা কবি চৎনবম্মী। পাবি পুবিগী পুথাংকোক কযানা লাই নৈপাক মালেম লৈশেমকোন্দা কবি কবম্বা থৌওং থৌদা তাইবঙ পানবা সলাইগী পুথাং ওইবম্বগে হাযবা ৱাপু বাঙুউবোন্না তাক্রি। পাতোন্না হাযবি, অপুনবা ওইববসু অপুনবা লম্বী অমদা চৎমিন্নদ্রবদি পুকোক অদু মশক খঙবা ওইবোই মীযাম যামজববসু লিংজেল মান্নদ্রবদি মদু অপুনবা কৌবা যাদে। অমতগী লিবেন লম্বী অমতদা পূন্না মীযাম চৎমিন্নদুনা মান্নমিন্নবনা সলাই মশেল নুংশিনবা, মশাগী থৌবম থৌদা কযাবু মযাম চংদুনা থৌপাংমিন্নবা, হাযবসি পাতোন্না অশেংবা মশক্কি হাযনা তাক্কি। পাতোন্না অপুনবা অমসুং নুংশি চাননা চৎলিবা লম্বী অদুনা পূন্না খোঙদামিন্নদুনা পাঙথোক্লিবা থৌবম অদু অপুনবগী লিংজেলনা শোযদনা মায পাকপা ভুমগী হাযবসি লাই হরাউবা নুংলোন ৱাঙুউবোন্না পাতোন চৎপগী থৌবমনা মযেক শেংনা পীবি।



# শাবা লমথোক কোইনা লময়েংবা

শাবা লমথোক-কোইনা লময়েং হায়পা বাদি মৈনা ৱাই তাংনা শমদুনা অসুন্না ৱাঙুউবোন পীবি। যূম্ফম অমদগী হোংদোক্লুনা মফম অমদা মশাগী তৌফম থোকপা থৌবম অদু চপ মান্ননা থৌপাংবাদি যূম অদুদা পাঙথোকপদা ফংলিবা যল অদু শাবা লমথোক কোইনা লময়েংদুনা পাঙথোকপা যল অদু চপ মান্ননা ফংবা যল (কানবা) অসুন্না পাঙথোকপা থৌবমলোনবু শাবা লমথোক কোইনা লময়েং হায়না কৌই হায়দুনা লাই হবাউবা নুংলোন বাঙুউবোন্না পীবি। নুংদা লৈবক্না মশাগী মাঙলা যাদ্রবা থৌবম থৌদাবু মীয়াম খঙনা পাঙথোকমিন্নদুনা মদুগী কান্নবা ফলনা মীয়ামগী অদম্মক ওইজবা হায়বসি শাবা লমথোকপগী নুংলোন ৱাহন্থোকলি হায়না পীবি। পীবিবা ৱাহন্থোক্তি চৎনবোননি হায়নসু তাক্লি।

শাবা লমথোকপগী বাবু নুংলোন ৱাঙুউবোন্না পীবি। শাবা হায়বদি ইশা যাওনা লমথোকপা মফম অমদগী মফম অমদা চৎপা হায়বনি। ইশানা ইশাগী থবক্তা ইশানা মাঙজিল থাদুনা চৎকদবা মফম অদুদা মীয়ামগা লোয়নননা মহাক্লা পাঙথোক্লুগদবা থৌবম থৌদা অদুগী থৌওংবু শাবা লমথোকপা হায়না বাঙুউলোন্না পি। মীওইপোক সলাইদা তিন্দুনা পোক্লবা মীওইবনা, মশানা পাঙথোকচবা মশানা পাঙথোকপদা থৌবুবেন ওইগদবা মফমদি মহাক্লা লৈবদগী অতোপ্পা মফম অমদা মশাগী মহুৎ শিনবা যাওদনা মীয়াম লোয়নদুনা মশাগী থৌবম অদু মশামক যাওনা থৌপাংজবা হায়বসি থৌবম অদুদা মহাক্লা পাংলিবা থৌশিল অদু মীয়াম মতেং কয়াগা লোয়নননা থৌপাংমিন্নবা থৌবমদি মহৈ যাল্লে হায়বসি নুংলোন ৱাঙুউবোন, শাবা লমথোকপগী ৱাহন্থোক্লা পীবি।

লমথোক্লুনা মীওইবা সমাজনা মীওইপোক্কী তৌফম থোকপা থৌবম থৌদা কয়া লৈ। মীওইপোক্তা পোক্লিবা মীওইবদি যূমদা কৈদা শুবদি ১০০ দা ১০ নি। অতৈ অতোপ্পা মাগী মাগী শিনফমগী মতুং ইন্না অবাপ্পা, চীং মান লৈপাক লান্দুনা অতোপ্পা লৈপাক কয়াদা মানা হৈনজবা শিনফমদা থৌবম থৌদা কয়া ওইবি। মানা মানা হৈজকবা শিনফমদা যূম্ফম ওইদুনা অবাপ্পা মফমদা চৎতুনা মীওইপোক্কী শিনফম ওইবি। শাবা



লম্বু থোক্লা থৌপাংবা হায়না লাই হরাউবগী নুংলোন পুবাবী অসিনা মীওইপোক্কী শিন্থা মফম অমদগী মফম অমদা লমথোক্লা মশাগী তৌফম থোকপা পাঙথোকফম থোকপা শাবা লমথোকপনি হায়না পীবি। মীওইবগী চৎনবোনবু লাই হরাউবনা মযেক শেংনা তাক্লুনা পীবি।

কোইনা লমযেংবগী রাপু বাঙুউবোনা মযেক শেংনা পীবি। কোইনা লম্বু যেংবা হায়বসি যম্ফমদগী থোক্লুনা মফম অমদা যৌবদা মফম অদগী ঈশিং নুংশিৎ নীংথিবা তৈপান লৈপান খঙনা, চান্ন মন্দপ-মপাং কনা লৈবগে হায়বা কোইনা লমদুগী লম্মিংলোন লমদম অদুদা থুংলুবিবা মীওই অদুনা যেংবা অদুবু কোইনা লমযেংবনি হায়না হরাউবা নুংলোন রাঙুউবোন্না পীবি। মীওইপোক্তা পোক্লিবা মীওইবনা মযুম লমলেন অদু থাদোক্লুনা অতোপ্পা মফম অদুগী হৱা নুংশিৎ লৈতেংলোন কয়াবু যেংদুনা মশাগী তৌফম থোকপা শিন্থা কয়া পাংদুনা তাইবঙগী মপোক ওইবসু কোইনা লমযেংবনা পাঙথোকপা থৌবম থৌদা কয়াবু রাঙুউবোন্না রাহনথোক্লুনা পীবি।

শাবা লমথোকপা কোইনা লমযেংবা মতম লোইবদুনা মহাক্লা পাঙথোক্লুবিবা থৌবম থৌদা অদুদা শকক যাকবিবা মীওই কয়াগা লোযননা মযুম মোংবা মবাংযাইদা মযামগা লোযননা হরাউ তবান্না হনমিন্নবকপা, অসি নোংগী লাই হরাউবা থৌবম শাবা লমথোক কোইনা লমযেংবগী নুংলোন রাঙুউবোন্নবু রাহম্থোকনা সলাইদা অসুম্না চৎনবোন ওইনা পীবি।

# তাঙ্খুন নুরাবী

মৈনা ব্রাই তাংনা শমথবকপনা, লাই হবাউবা ব্রাঙুউবোন্না তাঙ্খুন নুবাবী কনানো হাযববু ময়েক শেংনা তাক্লি, অসুম্না পীবি। নোংপোক নোংমাই মবমখৈদা শিদবা লাই মকবেন লাইনিংথৌ নোংপোক অচিবনা মালেম লৈশেমকোনগী লাইযাম্বু খোযুম পাউজেল-পাউথাং পীদুনা নোংমাই মবম খৈবেন্দা লাই হবাউবা ফম্বাল শেমদুনা হবাউগনি হাযনা খোযুমগী পাউথাংনম্নবদা, নোংপোক নোংমাই মবম লমলেন মদাইমদা লাইযাম পুম্বনা লাইতিন হবাউ পুংদোই শেম্লক্লে। খোযুম ফম্বালকোন ৩৬১ শেমদুনা লৈতেংলোই নিংথিবা ফম্বালকোই ওইবক্লে। নোংপোক নোংমাই মবম খৈবেননে। লাইতিন পুংকোই চীংনে, নোংমাই লৌতা চীংমাইথেননে। মপুগী লৈকোন অনেম্বা মালেমনে হবাউ পুংকোই থাওইনবক্লে। খোযুম লাইযাম পুম্বনা নোংপোক নোংমাই মবমখৈদা লাইয়াম লাইতিন হবাউ পুংকোইদা, নুমিৎ শিংকুম্বু ঙাইদুনা ফাইদুনা লৈএ।

কৌব্রু, মাবজিং, থাংজিং, ব্রাংব্রেন, লোযাবাকপা, খোবিফাবা, যাংগোই নিংথৌ, সবাং নিংথৌ, ফম্বাল লাংদাইপা খোযুম কযানা নোংপোক নোংমাই মবমখৈদা লাংকোই ইতম্না, লাইতিন পুংকোই ওইবক্লে। মশীং লাঙমদ্রবা চীংউপা লাইযাম তিল্লবদা কৌব্রু মবমখৈদগী লাই ১১৮ খোংদোই হুল্লক্লুনা নোংমাই হবাউবা পুংকোইদা তিল্লবে। চীংউপা লাইযাম পুম্বনা মপুগী ফম্বাল শেমদুনা নোংমাই হবাউবা লাইযাম্না থৌপাংলক্লে। অহানবা কৌব্রুদা শঙলেন হবাউবা হৌএ। অনীশুপনা নোংমাই হবাউপনে। নোংমাই হবাউপনা লাই মশীং হেন্দুনা লাই পুংকোই ওইখ্রে। লাই হবাউবা নোংমাইদা ইবোং শমদেং লাইবোই তানখ্রবদা, ইনুং তৈবেন ঙানবদা, চীংউপা লাইযাম পুম্বা মাগী মাগী মগাইফমলেন হনব্রাইখবে। অব্রাং খমলেন কৌবা চীংকোই পুবা লাই, নোংমাই মবমখৈদা হবাও তেংপং খোংদোই হুল্লক্লুনা, নোংমাই মবমখৈদা খোযুম শিনথা পাংদুনা খুনলাম্দুনা, ফাইদুনা লৈপবু, নোংপোক অচিবনা ঙমলেন শাবম পাখঙববু নোংপোক নোংমাই অব্রাং কৌব্রুগী লাইনা নোংপোক নোংমাইদা তাংজদুনা লৈখিএ হাযনা উমংলাই খুন্দা পুযানা ময়েক শেংনা লালতম ১২১ দা যাওদুনা তাক্লিএ। অসি নোংগী নোংপোক চবাই লৌঙানবা-

লৌঙানবী অনীগী মপাবি ওইনা নোংমাইদা তাংদুনা লৈখিবনা নোংমাই নিংথৌগী মমোমলোই ৭ কা লৌতা শিম্বা পাংদুনা খোয়ুমগী লাংদাইকোন ওইবক্নে। অসি নোংগী ব্লাবু লৈবনা শাবম পাখঙগী কোলোইপু তাংএ হাযপগী তাঙ্খুন শাবম পাখঙ হায়বনে হাযনা ব্লাঙুউবোন্না পীবি।

নোংমাই খুলঙ ৭ লুচিংবীদি নোংমাই নুবাপীনে। মাবু নোংপোক পলেম পম্বৌ অনীদি নোংমাই নিংথৌনে, নোংমাইবেনবীনে। নোংমাই নুবাবীনে, নোংপোক শাবম পাখঙগী লাংওন খঙগে হাযদুনা কংলৈদা নোংপোক শাবম পাখঙনা চককি খূদোপ পুবকপা ঙমদুনা, লাংপা চকতা কৌব্রু চীংমাইথেন্দা নোংপোক পাম্বোইবী ওইনা লাংওন্দুনা নোংপোক্না পাম্বোইবীদা শিনখিবা চকশিং খুদোপ্পু, নোংমাই নুবাবীদা তাংবা শাবম পাখঙ লাওন্দুনা কংলৈ পাখঙবা কোন কোনবীদগী খূদোপ অদু তাওজা মমল পিদুনা লৌবক্লুনা নোংমাই নুবাবীদা শিন্নদুনা তাংলোই শাবম পাখঙ, নোংমাই নুবাবীগা অনীগী লাংদাইবু, লাইযামদা নশক তাকখি হাযববু, উমংলাই খুম্বোক পুযানা মযেক শেংনা পীবি।

# শরোই খাংবা শারেন চনবা

মৈনা নাই তাংনা শমথবকপা হনাউনা বাঙুউবোন্না, শবোই খাংবা অমসুং শারেন চনবগী বাপ অসুন্না পীবি। শবোইদি মপুগী মনাই মশনবু শবোই লালোই হায়না খ্ৎলাব। মখোযবু মপুগী থৌদানা চিঙ্গাক পীদুনা থৌবম পাংববু শবোই খাংবা হাযনা কৌই। শাবেন চনবগী নুংলোন ব্রাদি তাইবঙ পানবা মী ওইপোক ঈবেমলোন ঈবাই শাবু উমংলাই ফাংখোং ইতাই ঈব্রাই ঈশেংনা যাইবী কোনফা ইতশ্বীয হাযবা নংলোন কাবু শারেন চনবা হাযনা কৌই হাযনা উমংলাই খুন্দানা পীবি। খোযুম লাইওইবনা অনেম্ন মালেমদা অহানবা পোং হাযনা মপুথোক্লে। পোংদগী সলাই ওইবক্লে। সলাইদগী মী ওইপোক খণ্ডলক্লে। ব্রাঙুউবোন্না পীবিবা তাংফম অহুম অসিবু মৈ-ঈশিং নুংশিৎ অহুমগা মথম থুপ্লুনা মালেমদা চাদা নাওদাদুনা তিংনবি। মীওইবা কৌবা মপোক্লো অনেম্না মালেমদা পুকোক পুযাই পুতোন, মচা মশু শুথাংলোন কয়া নাইদূনা মালেমগী অচৎ চৎতা, লেংলি পাল্লিবা উজবা ফংজদুনা চাথাং শুথাংগী থৌবম কযাবু যেংজগে হাযনা মপোক তানজবি। মীওইপোক্তি পোক্লগা শিবা নাইবা মপোকনি হানযা নোংদম্লীবি। উমংলাইশা ফম্বালদি লেংদ্রবা মালেম নৈশেমকোনগী লৈঙাক মপুগী ফম্বালনি।

শবোই কদাইদগী হৌবকপগে হাযবা নুংলোন ব্রাবু ব্রাঙুউবোন্না অসুন্না পীবিএ। খোযুম লাই মপু শিদবা উমংলাই ফম্বালদা ফমদেংলিবা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী ফম্বাল্লোন অকোইবা ঙাক শেন্দুনা লৈবা লাইযাম্বু শাবোই হাযনা কৌই। অসি নোংগী ব্রাবু লৈবনা উমংলাই থোংহাংনিংবা মতমদা হাংদুনা থৌবম তৌফদবনে। উমংলাই অমগী ফম্বালকোন্দা লৈবা নুংলোন অমসুং পান্দা থৌখাইবা লাই মপন অমসুং তবেৎ লৈ। মখোযবু লাইবুংথৌ মাপন হাযবনে। তবেৎনা লাই নুবাবীনে। লাইবুংথৌ ৯ না লাইদা মমি তম্লগা সলাই মাপন হাযপনে, তবেৎতি পোংনে। অদু লাইনে। শবোইনা মপুগী মযাথংলেন ঙাইদুনা লাই হবাউবদা থৌপাংএ, অদু নোংগী শবোই খাংবনে। শবোইদি লাইনে লালোইদি পোংনে। মপুগী থৌবম অমা পাংবদা, অহানবদা শবোই লল্লোই নুমিৎ অদুগী থৌবম অদুদা যেৎলক্কদবা লাইযাম তাহন্দুনা থৌবম পাংবনা থৌবম মহে যাল্লে, হাযনা হবাউবা ব্রাঙুউবোন্না পীবি।

মীওইবা সমাজদা শবোইগী থৌদাংনা পীবিবদি, মপুদগী মনাইনা হেয়া চাওবসু য়াওদবা নত্তে। লাইগী সলাইদা শবোই লৈবগুম্না, মীওইবদসু অচৌ মচা কয়া থোক্লা মাগী মাগী চানবা শিন্থা পুদুনা হিংনবি। মীওইপোক মচিন তোংবা, ফম্বাল তাইবা ফমনাইবা অমবু মীওই অমনা হেক উনবা হাযবসি মপু অদুবু ঙাক শেল্লিবা মনাইশিং অদুগী অয়াবা, মনুং-মপান পাওথাংনদুনা, মনাইনা ব্রাবেপনা মপুবু উনজবা ফংএ হাযবসি মীপুম খুদিংমক্লা যানববা ব্রাফমনি। কৈগী মপান নাপিনা তাং, নাপিগী মপান কৈনা তাংবা হাযবসি মালেমদা লৈবা অচৎ চত্তা জিবা কযাগী থৌখায়বু শবোই খাংবনা মযেক শেংনা পীবিএ।

শাবেন চনবগী নুংলোন ব্রাপু হাযকো শাবেন চনবা উমংলাই হরাউবা মনুংগী শাবেন লাইচা যেংদুনা পাংবা থৌবমনি। উমংলাই খুন্দা পুযানা অসুম্না শাবেন মৈহৌবোনবু মযেক শেংনা পীবি। কংলৈপাক্তা ফম্বালকোন লাংদাইবিবা উমংলাই ৭৬১ মক শা, ঙা, শাবেন চাবা লাই অমত্তা যাওদে হাযনা পীবি। কনাদা কবি শা-ঙা কৎলিবনো হাযবদি উমংলাই ফম্বাল যেৎওইদা, লাই ওইবা লৈনুংলোন লমঙান খাবোবা খাবোবী অনীনা ইুবংঙো ইবেম্মা অনীগী যেৎকী ফাংখোং ওইগী ফম্বাল ফাংখোংনুংদা লৈএ। মপুগী হরাও মথোই কাবা থাদা মমিৎ পাংএ. মপুনা হংএ। খোইযুম নঙগী কবি চিঙ্গাক পীযুগে হাযবদা শা, ঙা, পীও। সলাই কনসি হাযগে হাযনা উমংলাইনা খাবোবা খাবোবী অনীগা যানখিবদুনা পোং সলাই মঙাং, লুৱাং, অঙোম, মোইবাং শবাংলৈশাংথেম, খাবা ঙানবনা উমংলাইদা হরাও মনুংদা শাবেন কৎতুনা পুন্সি নিবা থৌবম্নে। অসি নোংগী যাৱা লৈবনা উমংলাইগী লুকমাংদা যেৎ ওই কাইদনা শাবেন কৎপা হৌখি। খৃ ৫১৮ পানবা মীতৈ নিংথৌবেন সামৈলাং সনা হাক্তা উমংলাই শাবেন কৎপা হৌখি হাযনা নিংথৌ শিংকক পুযানা পীবি।

# লাই হৱাউবনা মীওইবদা কান্নবা

মৈনা ৱাই তাংনা শমথবকপনা, মীওইপোক্তা হৱাউবা মখল কযা থোক্লা লৈতবা নত্তে। অদু ওইনমকসু লাই হৱাউবদা ফোঙদোক্লিবা হৱাউবা অসি অতৈ মীওইবগী হৱাউ হবা তম্বা কযা অমত্তা মওং মতৌ মান্নদবা তোপ তোপ্পা মীওইবা. মীওইবগা থানবা যাদ্রবা, হৱাওবোন উমংলাই খুন্থোক পুযানা মযেক শেংনা হবাউবগী নুংলোন ৱাবু পীবি। লাই হৱাউবদা পীবিবা হৱাউবদি, মীওইবা যেক ৭ সলাই মাপন্না পোকপদগী খঙবা ঙমখিদ্রবা, পোকপদগী উবা ফংউ ফংখিদ্রবা, থিরুবদা খঙবা লৈবাক্তাইদবা, তাইবঙ সলাই ৭ তা উমংলাই ফম্বাল ৯ অমসুং ফম্বাল ৭ না উহন্দুনা খঙহনবদা ইবুংঙো ইবেম্মা অনীগী ফম্বালদগী ফংজখিবা তাইবঙপান মীপোক হৌবকপগী, মীওইবনা কবি থৌবম থৌদা পাংদুনা মালেমদা হিংগদগে, কবম্বা চিঙ্গাক চাদুনা মালেমদা হিংগনি। অচুম্বনা কবিনো অবানবনা কদাইনো হাযনা তাক্লিবা উমংলাই ফম্বালনি। নিংথিববা ইবুংঙো ইবেম্মা ফম্বালনা মযেক শেংনা মীওইবগী চৎনবোন, হৌবকফম, ওইখিবা, হৌখিবা, ওইবক্কদবা পুম্নবু উৎলবদা পোং সলাই, তাইবঙ পানবা মীওইবা মপোক্লা উমংলাই ফম্বালবু যেংদুনা পেঞ্জবা, লৈতানা হবাউ ফোঙদোকচবা. যেক ৭ সলাই মাপনগী উমংলাই হৱাউবনি। উমংলাই হৱাউবদি (হবাওজবদি) মফম অমসুং মতম লৈ। মীওইবদা হৱাউবনা মফম অমসুং মতমবুসু মযেক শেংনা তাক্লি।

উমংলাই হবাউবনা মীওইবদা কদাই ফাওবা কান্নবা পীবগে হাযবা নুংলোন ৱাঙুউবোন্না অসুম্না পীবি। মীওইপোক্লা লৌনবিবা যাম্না মকওইবা মীওইবা সমাজনা খঙদবা যাদবা নুংলোনগী ৱাখল্লোন কযাবু পানদা থৌখায ওইনা পাংনবি, থৌবম থৌদাবু হবাউবনা মযেক শেংনা পীবি। লাই হবাউবদা মীয়াম পুম্বদা উমংলাই ফম্বালনা পীবিবা যেক তবেৎ সলাই মপানগী থৌখাইবোন, থৌবম থৌদাবোন, লিবেন লিখাংলোনদি মীওইববু মালেমদা হিংদুনা লৈগদগে হাযবা উমংলাই ফম্বালনা মবিক চুম্না তাক্লুনা পীবি। মীওইপোক্তা পোক্লিবা মীওইবনা মালেম অসিদা হেক মীৎ পাংদবদগী অবোইবা

মপোক ওইবমদাই ফাওবা থৌবম থৌদা পাংবা হায়বসি মীওইবা কৌবা মহাক্না থানবা যাদ্রবা মীওইপোক্কী থৌদাংনি হায়বা নুংলোন ৱাঙুউলোন্না পীদুনা তাক্লি।

মীওইপোক্কী মীওইপনা মালেমদা তৌগদবা শিলম শিম্থাদি, মখল মথেল য়াম্মী। মীওইবগী থৌবম থৌদা য়াম্নগুম্না লাই হবাউবগী নুংলোন্দা হবাউবা মশক তাক্লিবা কযাৎলোন থৌবমসু য়াম্মী। থৌবম থৌদা পাংদুনা মালেমদা থৌশিন লাংদাইবেন ওইদুনা তাইবঙ পুক্সি ওইবিবা মীওইপোক্না পোকপদগী মী অদুনা শিবা ফাওবদা থৌবম পাংবা, মালেমদা অচৎ চত্তা জিব্য পুম্বগী মবক্তগী মীওইপোক্না অথোইবনি হায়বা হবাউবা ৱাঙুউবোন্না মযেক শেংনা পীবি। মীওইবদা লাই হবাউবনা কদাই ফাওবা কানবা পীবনো হায়বদি, মীওইবগা যাম্না নক্রুনা লাই হবাউবা লৈবনি হায়না তাক্লি। লাই হবাউবদা পীবিবা ৱাঙুইলোন্নগী নুংলোন ৱাদুনা তাক্লিবদি মীওইবনা কবিগী মালেমদা লৈবিবনো, কনানা মখোযবু থাবক্লিবনো, কবিগীদমক লাক্লিবনো, মীওইপোক্না কবিগী উমংলাইগী ফম্বালগা নক্রবিবনো, লাই হবাউবনা পীবিবা মীওইপোক্না কবি শিম্থা পাংদুনা কবম্না মালেমদা হিংগদগে'' পাবি পুবি কবম্না খঙবা ভুমগদগে হায়বা হবাউবনা তাক্লিবা, চুখোং লাংখোং, পুখাংকোক, হিজিং হিবাও, ঔগ্রি হঙ্গেন, অসিনচিংবা থৌবম থৌদা কযা লাই ওইখ্রবা যাগী নুংলোন ৱানা তাক্তুনা মীওইবা সমাজদা লাই হবাউবনা মপান নাইদনা কান্নবা পীবি হায়বসি ৱাঙুউবোন্না মযেক শেংনা পীবি।

## মতেং লৌখিবা পুযাশিং

| | খেবিবা মাইচৌ | পুযাগী মমিং | পুযাগী লাতমশিং |
|---|---|---|---|
| ১। | খৈবেন লাংথিংবা | উমংলাই খুম্থোক পুযা | ১৮,১৯,২৫ |
| ২। | পাওবেন খাংহাবা | লাংশিং পুযা | ২৭,৪৫,৫৭ |
| ৩। | ফাওবৈ নহাবা | নুংলোন পুযা | ৩,৫,২৯ |
| ৪। | লাংকোই পিমাবা | সনামহী লাইহুই পুযা | ৫৭,৫৯,৬১ |
| ৫। | কাৎমি তবৈনু | নোংকুম পুযা | ৬৯,৭২,৮৫ |
| ৬। | নহা চোথেবা | পাখঙবা নাওযোম পুযা | ১০৩,১০৯ |
| ৭। | অপোই লমঙানবা | নোংমাই হৈবেন পুযা | ৬৪ |
| ৮। | কাইবেন শুমাবা | নিংথৌ শিংকক পুযা | ১৭,২১ |
| ৯। | মানবী চখোংবা | শুম্লেন কাইবি নুংলোন পুযা | ৬৮,৭৪ |
| ১০। | অপোই মাইচৌবা | মাইববোন থিবেন পুযা | ২৮,৫২ |
| ১১। | হৈবেম লমকাংবা | লমমিৎলোন লাংশিং পুযা | ১০২,১০৪ |
| ১১। | অপোই ননা | সলাই যুমদাবোন পুযা | ১০৪,১০৮ |

# ট্রেদিশনেল মণিপুরী থিয়েটরগী হৌরকফম লাই হরাউবা

**কুঞ্জো নিংঙোম্বা**
নম্বোল, ফোইজিং

**ৱাহৌদোক ঃ-** ঐখোয়গী ইবৈবাক মণিপুব মীওইবা জাতিনা মালেমগী মফম শীনবা থুংনা-খুন্দা লৈতাদুনা লৈবা হৌবকপা মতমদগী মশাগী ওইবা তোপ ত্রেপ্পা নাৎ কথাগা লোযনদুনা হৌবক্লবা মালেম পুম্নমক্লা মশক খঙনববা অপিকপা লৈবাক অমনি। মৈহৌবোন্দগী হৌনা মশাগী লৈশেম্লোন অমদি খুম্ফোকলোন লৈজবা লৈবাক অসিগী লাই-তিনগী ৱাবীশিং (Myths) অমদি ফুঙ্গা ৱাবীশিং (folk tales) গী পুক্কৈ অসি উবগা মালেমগী চাউখৎলবা জাতিশিংনা ঙক্লবিবনি। লাইগা মীগা শম্নবিঙৈ মতমদগী হৌবগা ঙসি ফাওবা চথবক্লিবা মণিপুবী হাযবা জাতি অসিগী কলচব যেংলুবগা মণিপুবীশিংগী, মক ওইনা চীংমী-তম্মী জাতি অনীসিগী অপূনবা কলচব অমা শাগৎখিবনি হাযবসি পুম্নমক্লা যানববা ৱাফম অমনি। মণিপুবী কলচবদা যুম্ফম ওইবগা মণিপুবী থিযেটবগী হৌবকফম থিবা হাযবসি মশানা তাজবা ৱাফম অমনি। মণিপুবী কলচবদা যুম্ফম ওইবগা হিবম অসি নৈনজবি।

**লাই হবাউবা অমসুং মণিপুবী কলচব ঃ-** কলচবগী লমখৈ মনুংদগী লাই হবাউবনা খক-নাম্থোক্তুনা লৈবা ঙমদে। লাই হবাউবা হাযবসে মণিপুবী কলচবদা তাংদুনা হিংবা পোৎশক অমনি। কলচব হাযবা ৱাহে অসি লেটিন ৱাহে colere হাযবদুদগী থৈথবকপা culture a হাযবদুদগী থোবকপনি। মৈতৈ জাতিনা culture বু নাৎ হাযবগা খঙনৈ। অর্থদি to cultivat হাযবনি। অযেকপম শ্যামসুন্দবনা ইবা 'মণিপুবী শুমাঙ লীলা অমসুং থিযেটব' হায়বা লাইবিক্তদা ইবি "সমাজ হাযবসিমক্তবু সংস্কৃতি (culture) গী মখা পোন্দুনা হিংবনি। সংস্কৃতি (culture) হাযবসে মানসিক (বুদ্ধিবৃত্তি) আধ্যাত্মিক

(হৃদযবৃত্তি) অদুগা ভৌতিক (পঞ্চভুটবন মবী লৈনবা) অদুম অসিদগী থোবকপনি। মসিনা থবায ওইবগা জাতিগী সভ্যতা শেমগৎলকপনি। শন্না হাযববদা সভ্যাতানা পন্থুংনি, সংস্কৃতি (Culture) না পন্থুংদু যৌনবা অমত্তা ঙাইববা পাম্বৈনি।"

কবিগুরুনা জাতি অমবু মপূম ওইনা লেপহন্দুনা থল্লিবসি culture গী অচেৎপা লিপুন্না পুন্দুনা থম্বদগীনি। মীওইবনা কাংলুপ নাইনদুনা মালেম শীনবা থুংনা খুন্দাদুনা লৈবকপগা লোযননা মবৌশিং পুথোক্লুনা নৃঙগী যোৎকী থাঙ-তা অমদি মখল মখা কয়াগী খুৎলাযশিং শাবা হৌবকই। চিঞ্জাক্কীদমক্তা যাম্না রানা খুৎলাযশিংদু পাযদুনা শা তাল্লি। শাহিং-ঙাহিং চাদুনা মপুক্সি লেল্লি। অসুম্না হিংনবগীদমক্তা যাম্না রানা শু-নোল্লববা মতুংদা নোংমগী মনুংদা মখোযনা ঙাইহাক্তং ওইববসু পোম্থোকপা অমদি নুংঙাইথোকপা হাযবসিসু লোযনবকই। মীওইবগী মবক্তা অমগা অমগা অঙম্বা তান্নদুনা অচাউবম কাবা তান্নবকই। মীওইবা অমা ওইনা মীগা মীগা মবী লৈনবসু হৌবকই। চাবৌ যৌবৌনবা হৌবকই, মচা-মশু নুংশিবগী লীপুন্না পুল্লকই। মখোযনা অশি-অচঙগী মবমদসু থম্থবা হৌবকই। মীওইবগী নোমজমন, পুক্সিগী অৱাৎ-অপাগী মবমদসু থম্থবকই। মানা মানা পামজবা (পোৎশক কযা ফংনবগীদমক্তা লাইশিংগী মফমদা ঈবাৎ-থৌনিবা, নাৎকী ওইবা, থৌখম কযাগা, লোযননা পাঙথোক্লুবা হৌবকই। থৌনাওজম চন্নু ইবেমহলগী 'হাওবৈমা শম্বুবী' দা মখাগী অসুম্না ইবি "মীওইবনা শক্তি অমদা থাজদুনা লাই তিনগী ৱাবী কযা শেমগৎলকপগা লোযননা অশি-অনা থোকহন্দনবা অমসুং অফবা পীবিনবা ঈবাৎ থৌনী কযা পাঙথোকই। মালেমগী শক্রোন হোংলকপা, ইভোলুসনগী তোঙান তোঙানবা যাওন্দা মীওইবনা শা ওইবম্বদগী মী ওইবক্লুনা মীগী থাক্তা কাখৎলকই। মী ওইবকপদগী মীওইবনা মশাগী ওইবা তোংঙানবা মশক মওংদু ফাওবকই। মহৌশা অসি খঙবা ঙমদ্রবা, অকিবা শক্তম ওইনা উবকই। অহীং ওইবকপা, নোং ঙাল্লকপা, নুমিৎ থোবকপা পূম্নমক অঙকপনি। অমম্বা অহীং খূদিংমক অকিবগী মশক্লি। কবম্বা মতমদা অমম্বা অসি লোইখিগদগে অমদি কবম্বা মতমদা নুমিৎ অমুক থোক্লুনা ঙাম্থোবক্কদগে খঙদবা, হীংলিঙৈদা তোয়না তোযনা থেংনবা অশি-অনা, মীৎকুপ খূদিংগী তম্বা ঙমদ্রবা মবাইবক অসিনচিংবা থৌদোকশিং অসিদগী নুংনাংবা পোক্লকই। পোকপা অমসুং শিবগী মবমদা ৱাহং কযা হংবা হৌবকখি। ৱাহংশিংসিগী পাউখুম ওইনা মিথোলোজি হাযবদি লাই-তিনগী ৱাবী শীংবুন অসি হৌবকখি, পোক্লকখি।'

অসুম্না থাজবা অসিদগী অশি-অনা নংদনবা অমদি অফবা মবাইবক্কীদমক্তা মশক উদবা শক্তিশিং লাৎপা হৌবকখি। থাজবা অসিদা যুম্ফম ওইবগা মীওইবনা লৈরু লৈকবিবা মফমগী ঈশিং-নুংশিৎ, চীং-পাৎ-তুবেল, অনেম-অৱাং অমদি হীংলিবা পুক্সি

মহীংগী মতুং ইন্না চান-চানবা মতুং ইন্না লাইনীং-লাইশোল কয়া পুথোবকই। খুদম ওইনা হায়বদা ময়ুম লিংদবা শল্লুপ চবুন-চবুন হোইদুনা নাপী মবাং কায়না হৌবা লমদমগীদমক্তা তৎতনা লাম্থেংর্নবিবা মীওই কাঙলুপনা শা-লান্দা থৌনা ফবা, নোংথক্কী-লাই নুপাশিং লাৎলি। অদুগা লৌউ শিংউদুনা ইঙনা খুন্দাদুনা পানবা পাম্না কাংবুনা মালেম্বু মমা লাইবেম্বী ওইনা লাৎলি। হায়বিবা লাইনীং লাইশোনগী থৌবমশিং অসিনা জাতি অসিগী সভ্যাতাগী Culture ওইবকই।

নূঙ হোঙবা, উক্রোং হোঙবা, মবাল পামেন উ হোঙবা অমসুং অহোঙযুমগী ঈবাৎ থৌনিশিং অসি লাই হৰাউবগী হৌবকপা, চাওখৎলকপা অর্মাদি মপূং ফাগৎলকপগী ইতিহাস নৈনবকপদা যাম্না মক ওইবা তাঙ্ককশিংনি হায়বা যাই। লাই হৰাউবগী শাইবৌ শাবগী যাম্না মক ওইবা শক্তমদি মাইবীনা জগোয়গী খুৎথেক্তা মমাগী সিযোম্নুংদা অঙাং অমনা মথং মথং মপূঙ ফাবকপা অদু উৎপনি। শাবিবা শক্তমদু নুপী অমগী শক্তম্নি। মুর্ত্তি অসি শাবা লোইববা মতুংদা যুমশাবোল শমথবক্তুনা জগোয়গী খুৎথেক্লা চুক যুংই, পবিং হুল্লি, উখুল তৌদুনা যুন্নীবেল হাপ্লি, হুমদাং যানবা লোইবগা ই কুপ্লি, শাই ককপা লোইববা মতুংদা যুমশাবোল অদু লোইশিল্লি।

মথক্তা পনখ্রিবা লাই হৰাউবগা মৰী লৈনবা থৌবমশিং অসি জাতি অসিগী ল-তোংদা চঙখ্রবা কলচব অমা ওইবকখি। লাই হৰাউবা হায়দুনা ঐখোয়না ঙসি উবিবা অসি মফম অমসুং মতম অমত্তদা মপূম ওইনা শেমগৎখিবা কুশ্মৈ অমা নত্তে। চহী চা কয়া চঙনা শেমগৎখিবা জাতি অসিগী culture মযাম্না যোমদনা শেমগৎখিবা কুশ্মৈ অমনি।

মণিপুৰী জাতিগী লাই হৰাউবা হায়বসি অহানবদদি কুশ্মৈ ওইনমদে। মাইবা মাইবীশিংতনা লাইবেম্মা--লাইবেম্বীশিংবু পেনহন্নবা পাঙখোকপা লাইগী থৌবম ঙাক্তা ওইনা পাঙথোক্লবম্মী। মমৈথংর্দদি ভাবোকশিং যাওশিল্লকপদগী নুংঙাইনবা থৌবম কয়া হাপচিন্দনা অচৌবা কুশ্মৈ অমা ওইবর্কখি। অঙনবা মতমদর্দি লাইবোল তিল্লোন নত্তনা জগোয় ঈশৈগী শকক পংবাও যাওবমদে। মমথংদদি মখল মথেল কয়াগী থৌবমশিং হাপচিল্লকখি। থৌবমশিং অদু হাপচিল্লকপদগী Theatre গী মওং ওইবর্কখি-- লাই হৰাউবা popular culture ওইবর্কখি। সনখ্যা ইবোতোম্বীনা ইবা 'মণিপুরদা থিয়েটব অমসুং ড্রামা' হায়বা লাইবিক্তদা ইবিঃ

'লাই হৰাউবগা মৰী লৈননা জাতি অসিগী অবিবা লাইবিক থবা পনবা তাববদি পান্থোইবী খোঙ্গুন, নুমিৎ কাপ্পা, অহোংলোন, সনা লমওক, খোইজু লমওক, অনোয়বোল, লাইবেমা পাউশা, ওগ্রী, লয়থক লয়খাবোল, হিজিং-হিবাও, খোঙজোমনুবী নোঙ্গাবোল, অসিনচিংবা অসিনি। লাইবিকশিং অসি খৃষ্টকী চহী নিপান্দগী চহী তবানিপাল ফাওবগী মনুংদা ইখিবশিং ওইগনি। অদুম ওইনমক শক্লিবা

লাইশোন তিনশোন মযাম অসিদি খৃষ্টগী মাঙ চহী চা কযাদগী চিন্দা পুদুনা শক্লবক্লবনি হাযনা থাজনৈ। অইবা লাইবিকশিং অসিদা খৃষ্ট মাং চহী চা কযাদগী লাই হরাউবনা তপ্না তপ্না চাউখৎলকখিবগী ৱাবস্মু সাহিত্যগী মশক ওইনা ফোঙদোক্লুনা ইবি।'

খুদম অমত্তং লৌখৎচববদা ঔগ্রী, খেঞ্চো, পাউশা শক্লবা মতুংদা হিমাল-লোল (হিজন-হিবাও) হাযবা যাম্না পূক্লীং হুনীংঙাই ওইবা মতাং অমা যাওবিবা অসি মপুঙ মবৈ ফাববা culture গী শকক অমা ওইনা লাই হরাউবদা থেঙনা চঙলকখিবগী খৃদম ফংঙি। ওইনাম ভোগেশ্বরগী 'থাইনগী শৈবেং— নৈনবা' হাযবা লাইথিক্লুদা মযেক শেংনা ইবিঃ

— হিজল-হিবাও হাযবসি খৃষ্টগী মঙাশুবা (5th Century AD) চহীদা পাল্লম্বা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা লমযেংবা চৎথোকপদা শীংদা খন্দোম-থি (লুৱাংলি তুবেল) ঈশিং যাম্না চাউবা-মবন্না মীওইবদি লাখোক্লুনা চৎপা ঙম্লমদে। মতম অদুদা কৌজেংশিংনা চবোৎ লাংনা মযাদা চিক্লুনা ঈবানখিবা অমদি মমৈ পানবা মীবোল থোক্লবা চুম্না খিকলোই মনা মতাং অমা চিক্লুনা মমৈনা ঈশিংদা হোক্লুনা ঈবানখিবগী মতৌদু উববদগী উজাও অমা যাল্লগা মনুং কুৎহন্দুনা মওং অসি মানা শেল্লবদি তাইবঙ মীওইবসু ঈশিং ঈপাক লানবা ঙমগনি খল্লদুনা লুৱাং যুমদা হনখ্রগা খুৎহৈবা ৱামিৎসু অমদি ৱাংমনাউ শিলহৈবা মচিল-মনাও অনী কৌদুনা হি শানবগীদমও। ঈঙেল চাংদা উজাও হৌববা যেংঙু হাযনা পাউমেল্লম্মী। লুৱাং নিংথৌগী খথং ফন্দো লুৱাং শল্লাই পুন্নমক হৌদুনা ঈঙেল চাংদা কাবগা হি শাবা থাবা উজাও তৌৱা হাযনা যেংলদা লোকচপকী উমং অমদা হৌনা — ৱাং চাউবব উনিংথৌ অমা থেংনবম্মী। উজাও অদু হি শাবা থাবনি হাযনা খন্দুনা উ অদুগী মমল ওইনা চেং থোইদং অমদি সনা লুপা কোনথাই থাবগা 'হযেংদি নঙবু থাল্লগে, ঙাস কৌবা নুমিৎ তনা নঙগী মমল হনগ্রবগে', অসুম্না সনা কোনথাই, লুপা কোনথাই থাবল্লগা উজাও পান্নীদুদা উবাউ হক্লম্মী।

অসিগুম্বা উজাও অমা থানবদা মমল হন্দুনা চেঙ, যেকম, সনা লুপা কোনথাই থাবা মৈতৈগী লাইনীং-লাইশোলগী শকক অমা ওইনা ঙসিসু চংনৌব। মসি লাইনীং-লোইশোলগী শকক অমনি। অদুগ মখা তাবা ওইনা কবিগী কল্পনানা থজববা Dramatic Literary form অমা হৎপচিল্লক্লি। কবিগী কল্পনানা ঈঙেল চাংগী লোকমাযনা উজাও অসিগী মপাগী শক্তম ওইহল্লি, অশুকপা লোকচপ অদুনা উজাও অসিগী মমাগী শক্তম ওইহল্লি। উজাও অসিগী মমাগী মমিং যিবোক লাইচম লৈমা হাযনা মিংথোন্দুনা Personify তৌই। অমত্তা পোকচবা মচা নুপা, নুমিৎ থা যেংবগুম যেংজবিবা উজাও অদু কাযনবনি খনবদা ৱাজববী মমানা মচাগীদমক্তা তেংথা নাওইবগী নংশিববা করুন বসকী শৈথাবোল Dialogue ওইনা পুথোবকই। মমানা মচাদা হাযবিবা

ৱাহৈ ৱাতাশিংদু Tragic Drama অমগী মওংনি। অসুম্না মৈতৈগী লাই হরাউবদা ড্রামানা খোঙদাবা থেংনৈ।

লাই হরাউবদা যাওবিবা সবম তাঙ্খুন নুবাবীগী মতাং অসিসু যাম্না ফজরবা Theatre গী form অমনি। মসি লাই হরাউবদা কুম্মৈ ওইনা যেংবা নুংঙাইনবা হাপচিনখিবনি হায়না লৌনৈ। লাইবেঞ্জম মংলেম মৈতৈনা ইবা 'লাই হরাউবা' হায়বা লাইবিক্তুদা ইবিঃ-

লাই হরাউবা হায়বসি শকক অহুম থোক্না খায়দোকপা যাই। অমনা লাই ঙাক্তা হরাউবা, মথংদা মীগা-লাইগা হরাউবা, অহুমশুবদা মী ঙাক্তা হরাউবা। অহানবগী লাই ঙাক্তা হরাউবা অসিদি শীংথেক্কবা হয়মগী মতমদা লাই অমনা লাই অমা, নপানা নুপা, নুপীনা নুপী মানা মানা পামজবা পুথোক্কুনা নোংলোন্দা লৈ। মলেমদা তাবকপা মতমদা মায়কৈ মবি, শুংদাই মবি, থুংনা চাইদুনা লৈ। লৈখাবোমদসু লৈখি। ওংলৌ যাইবিবেলনা অতিযাগা লৈমবেলগা পুথোকই।

মথংদা হযি চক্তা পাখঙবনা মচা পাম্ভংবা পোকই। মতম অসিদা হরাউবদি লাইগা নমু তাইবঙমীগা পন্না হরাওই। খুন্নুংচক্কী ঈথুম্লবদগী ইকংনা মতমদা তাইবঙ মী ওইবা ঙাক্তা হরাও থৌবম পাঙথোকই। অসুম্না অসুম চত্থবকপা অসিনা হৌজিক ওইরিবা ফিভম অসিদা মী হরাউবনি হায়বমক যাই। লাইশিংগী থৌবমদুদি কায়দনা চৎথবি হায়বগী ৱাতনি মমিংতগী ওইবা লাই হরাউবনি।

'লাই হাক্তকতগী নৈবক্রবা হরাউবগী মওং অসি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মতম থাওবা মওং ইকায কায়দনা চৎথবকখি। মহারাজ অসিগী মতুংদগী অখঙ অহৈশিংনা মবুকথোক্কী ৱাহৈ ৱাতাশিং হাপচিল্লগা হরাউবগী বাফম থেংনৈ। হোই লাউবা, তাঙ্খুন-নুবাবীগী থৌবম, মমাংগী লাই হরাউবদা যাওবমদবদগী চুবাচান্দ মহারাজগী মতমদা নৈবাক্কী থোইনা কায়বোইদবা লৈবদি হাপচিনবা যাই হায়বদগী হাপচিনখিবা ঙাক্কেনি।'

'লাই হরাউবা হায়বসি লৈথক, লৈযাই, লৈখাদা লৈবিবা-লাই, মী, শা উচেক লেংঙলি পাল্লিবা পুম্নমক নোংদম্বগী যাথংদগী শাথোকপনি, শান্নবা লীলা কুম্মৈবু হরাউবা হায়না কৌই।'

লাই হরাউবদা থোক্লিবা পুম্নমক Performer ঙাক্কেনি। Performer শিং অদুনা Actor, Actress ওইনা থোক্কুনা লীলা শান্নবনি। Performer শিং অদুনা উৎলিবা শাজৎ-শাথেক অমদি ঈশৈশিং অমদি যন্ত্রশিং Theatre অমগী মচাক ঙাক্কেনি। মবম অসিদগী ম্কোলাবশিংনা লাই হরাউবা হায়বসি মণিপুরী Traditional Theatre গী হৌবকফম্নি হায়না লৌনবে।

**লাই হরাউবনা মণিপুরী প্রোসিনিয়ম থিয়েটরদা চঙলকপাঃ-**

লাই হরাউবনা লীলাদা চঙশিল্লকপসি শুমাঙ লীলাদা হান্না চঙলকই। মণিপুরীশিংগী লূ-তোংদা চঙখ্রবা ক্লাসিক ওইববা মোইবাং পর্ব্ববু শুমাঙ লীলাদা পুথোবকপদা মীযাম পূম্নমক পূমঙক ঙক্রুখি। অহানবা ওইনা লীলা অসি কোংপাল্লোমদগী পুথোবকখি হাযদুনা 'কোংপাল মোইবাং পর্ব্বা' হাযনা খঙনখি। মতুংদা অতোপ্পা কাংবু অমনা মোইবাং পর্ব্বা অমা অমুক পুথোবকপদগী হান্নগী অসিবু 'মোইবাং পর্ব্বা অবিবা' হাযনা খঙনখি। হাযবিবা মোইবাং পর্ব্ব অবিবসিদা খুল্লং ঈশৈনা ঈশৈ ওইনা শকই। পেনা শকপা ওঝাশিংগী মফমদগী খুল্লং ঈশৈ তাবা ফংলম্বদু লীলা ওইনা অৱাই অখুম তৌনদুনা অহানবা অসি লীলা অসিনা মহাল্লে। য়ুরোপলোমগী ওপেরাগুম চুম্না লোল লোন্নদুনা হাযনবা যাবা ডাইলোগ কযাসু খুল্লং-ঈশৈ ওইনা অৱাই অখুম তৌবর্ম্মী। খুদম ওইনা থোংলেংগা লাল তৌবকপা মতাংদা মোইবাং নিংথৌনা চাউবা নোংথোলদা 'ঈপু নোংথোল কবম্লো, লৈবাক মাঙবা তাবেনা , হাযবনচিংবা চুম্নগী ৱাবোল অসি ফাওবা খুল্লং ঈশৈ ওইনা হায। মসি মৈতৈ লৈবাক্কী ওপেরা হাযবা ফাওবা যাই। মসিগী মথক্তা খ্বাযদগী মরু ওইবা অমনা মোইবাং কংলৈবোল্লগী ওইবা তোপ তোপ্পা খোম্লোক অমা লীলাসি তৌবদগী লোইবা ফাওবা Performer শিংনা শীজিন্নৈ। মখোযগী খোম্লোকশিংদু পেনা ওঝাশিংনা শীর্জিন্নবিবা খোল্লৈদুগা মান্নবা মওংনি। হাযবিবা খোম্লোক অসি লীলা অসিগা অসূক্কী মতিক চুশিন্নখ্রে খোম্লোক অসি ঙাংদ্রবদি লীলা অদু শুপয়েং যেংবা যাদবগুম তৌই। অহানবা থোবকপা মোইবাং পর্ব্বগী কাঙবু অসিনা পেনা শকপা ওঝাশিংদগী নাংথিজববা খোম্বাংশিং লৌখত্তুনা জগৎ পূম্নমক্তা লৈতবা মৈতৈ লৈবাক্কী ওইবা লীলাগী খোম্লোক অমা শেম্বীবন্নে। মসি লাই হরাউবনা পীবকপা অচৌবা খুদোল অমনি হাযবা যাই।

**মণিপুরী প্রোসিনিয়ম থিয়েটরদা লাই হরাউবনা চঙশিল্লকপা ঃ**

মণিপুরী প্রোসিনিয়ম থিয়েটরদা লাই হরাউবনা চঙশিল্লকপদি ভাবতনা নীংতম্লবা মতুংদনি। ইং ১৯৪৫ দগী ১৯৫০ ফাওবা অসি মণিপুরী কমর্সিয়েল থিয়েটরনা খ্বাযদগী চাউখৎলকপা মতম্নি। মতম অসিদা মণিপুরী থিয়েতরনা বাঙ্গালী থিয়েতরদগী অসুম অসুম থৈদোবক্তুনা মশাগী প্রতিভাগা চানবা মশক মওং অমা থিবগী খোঙচত্তা থাযনগী অবিবা বাবী লাইবিক, মরু ওইনা মোইবাং কংলৈবোলগী মাযকৈবোমদা অসুম অসুম চঙশিল্লকপা মতম্নি। লোযনা লোযননা মণিপুরী ত্রেদিশনেল ড্রামাবু যোকখৎল্লকপা মতমসুনি। ত্রেদিশনেল ড্রামাগী ঈহৌ অসিনা অবিবা ৱাবীশিং, মরু ওইনা মোইবাং কংলৈবোলগী ৱাবীশিং ড্রামা ওইনা ইথোক্তুনা পুথোবকই। লীলাশিংদুগী মনুংদা সবাংথেম

বোরমণিগী 'হাওবং লৈশং শাফবী' অঙাহলগী 'যাইথিং কোনু' হাউবম তোম্বগী 'নুবা শাম্বুলেম্বী' মমিং পনবা যাই। হায়বিবা লীলাশিং অসিবু মণিপুরী ফোল্ক ড্রামা হায়না খঙনদুনা অচৌবা কলাগী পুক্কে অমা ওইহ্রবনি। হায়বিবা লীলাশিং অসিগী খুৎপুথোক, রাহৈ-রাতা, লীলাগী ফিজেৎ, জগোয-ঈশৈগী শকক অযাম্বা লাই হরাউবগা মরী লৈনবা ঙাক্কেনি।

ভারতনা নীংতম্বগী অহানবা ওইনা ১৯৫৪ গী নবেম্বর তাং ২২ দগী ডিসেম্বর তাং ২৫ ফাওবা দিল্লিগী সেপ্রু হাউসতা ভারত সরকারনা শকখঙলবা নিপালশুবা সিদ্যুলদা চল্লবা লোন ১৫ গী ড্রামা কুন্নিথোই National Drama Festiveal দা Traditional, Modern, Folk & Historical হায়না কাংলুপ মরি খাইদোক্লুনা অথোই অহেন তান্নহনখি। মণিপুরী লোন্দি নিপালশুবা সিদ্যুলদা চন্দ্রবসু মতমদুগী ভারতকী প্রধান মন্ত্রি জরাহরলাল নেহরুনা যাবিবদগী এম ডি যুনা 'হাউবং লৈশং শাফবী' উৎপদা ফোল্ক কেতাগোবিগী অহানবা মনা ফংখি। হায়বিবা ড্রামা অসি লাই হরাউবগী আর্ট ফোর্মদা শাগৎখিবনি। লীলা অসিগী অহানবা উৎপা শীন অদুদা মাইবা মাইবী মযাম্না লাইমাংদা ঈশৈ শক্লুনা জগোয শাই। লাইমাংদা উৎপা অঙকপা জগোয ঈশৈদুনা ভারোকশিং অমদি জর্জশিংগী পুক্নীং শুম্মৎখি। Festival অদুদা জর্জ ওইখিবা Mama Warerkar (A veteran Marathi Playwright, Novelist & Drama Crities) না Sangeet Natak Akademi Bulletin July 1956 তা অসুম্না ইরম্মী : The production showed & praisworthy striving after realisn The most pleasing aspect of this play were the songs and dances adoptation from the ancient Manipuri tune । তশেংনা হায়রবদা লাই হরাউবগী Art form অদুনা লীলা অদুবু তোপ তোপ্পা মহাউ অমা পীবা ঙমখি।

অসিতসু নওনা পদ্মশ্রী কহ্নাইলালগী 'তম্ন লাই' হায়বা মতমগী যক লাউববা লীলা অদুদসু লাই হরাউবগী essence হাপচিন্দুনা তোপ তোপ্পা মহাউ অমা ফংহল্লি। লুম্নবীগী ইমুংদগী ফৌ পুথোক্লুনা শুমাঙ মচিদা ফৌ শুবা চৎলি। ফৌ শুনা শুনা ফৌশু ঈশৈ শকই।

হযুম যান্নবা থৌদাংকোক। শীংজল্লকউ হায়বগা
ফৌবু পুবকপা যান্নবা। ফৌবু পুবকউ হায়বগা
শীংজল্লকপা যান্নবা।

অসুম্না মণিপুরগী মখল মখা কযাগী লীলাশিংদা লাই হরাউবনা মফম চাউনা কন্দুনা লৈবি।

**রাবোইশিন ঃ** মণিপুরগী থিয়েটরগী মকদি লাই হরাউবনি হায়রসি ঙ্কোলাব পুম্নমক্না যানববা রাফম্নি। ভারতবর্ষ অমদি এসিয়াগী থিয়েটরগী মশক্তি লাইনীং লাইশোনগী মশক্কা থাদোক্লদনা লৈবা ঙাক্তনি। অসুম্না লাই হরাউবনা থিয়েটর ফোর্ম অমা ওইনা লাইনীং লাইশোনগী পথাপকা থানদনা ঙসি ফাওবা হীংলক্লি।

## মতেং লৌখিবা লাইরিকশিং


১। সনখ্যা ইবোতোম্বী - মণিপুরদা থিয়েটর অমসুং ড্রামা

২। অযেকপম শ্যামসুন্দর মণিপুরগী শুমাঙ লীলা অমসুং থিয়েটর

৩। নহারোল সাহিত্য প্রেমী - মণিপুরী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা

৪। সরাংথেম ররমনি - হাওবং নৈশং শাফবী

৫। লাইরেঞ্জম মংলেম - লাই হরাউবা

৬। অরাম্বম মেমচৌবী হাওবৈমা শম্বুবী

৭। ও ভোগেশ্বর - নিংথৌরেল শৈরেং থাইনগী শৈরেং নৈনবা

৮। University of Texas Press - Performance and Popular Culture

৯। থাইনগী শৈরেং - হিজন-হিরাও

# মণিপুরী শৈরেংদা তাবা লাই হরাউবগী মমি

লনচেনবা মীতৈ
শগোলকন্দ

## ব্রাহৌদোক

শৈরেং হাযবসি মীওইবগী পুক্নীং বাখল অদি থম্মোযগী মহৎ শন্দুনা পংখোবক পা সাহিত্যগী পোংথোক্লি। মসিদা সাহিত্য অদুনা শাগোন্নবা মীওই কাংলুপ অদগী মতম মতমগী ওইবা ব্রাখল মীৎযেংগী মমি তাই। মবম অদুনা মণিপুরী শৈরেংদা মণিপুরী খূন্নাইগী যাওল অমদি মতম মতমদুগী মীচমশিংগী পুক্নীং বাখল অমসুং থম্মোযগী মশক মযেক শেংনা উবা ফংই।

মণিপুরগী মক ওইনা মীতৈ/মৈতৈশিংগা লাই হরাউবা হাযবা থৌরমসিদসু মণিপুরগী মীতৈ-মৈতৈশিংগী পুক্নীং বাখল অমসুং থম্মোযগী মশক শেংনা উবা ফংই। থৌরম অসিদা মীতৈ/মৈতৈগী লাইনীংলোল, লৈশেমলোল, মীশেমলোল অমদি নমু পোংশেমলোলগী অকুপ্পা মীৎযেং তাকপগা লোযননা মীওই কাংলুপসিগী চাওখৎলকপা অমদি খূন্নাইগী যাওলগী মশক মযেক লানা উই। মবম অদুনা অঙনবা মতমগী মণিপুরী শৈরেংগা লাই হরাউবা থৌরমগা অনীসি অমনা অমবু মপুং ফাহনবা মচাক অমমমনি হাযবা যাই।

মীৎযেং অসিদা যুম্ফম ওইবগা মণিপুরী শৈরেংদা তাবা লাই হরাউবগী মমিসি যাম্নমক পাকথোক চাউথোক্লা অমসুং তোঙান তোঙানবা মাযকৈদগী যেংবা যাই। শম্না হাযববদা অঙনবা মতমদা লৈবম্বা মণিপুরী শৈরেং কযা লাইবোল ওইনা শীজিন্নবনা লাই হরাউবদগী মখোযশিংদু লৌথোকখ্রবদি লাই হরাউবা হাযবা থৌরমসিমক মপুং ফাদবা ওইগনি অদুগা লাই হরাউবদা যাওবা অমদি শক্ল শোন্নবা শৈরেং কযা অঙনবা মতমগী মণিপুরী শৈরেংদগী লৌথোকখ্রবসু অঙনবা মতমগী মণিপুরী শৈরেংগী মশক

লেপ্লা ঙমলোই। মৰম অদুনা মণিপুরী শৈরেংগা লাই হৰাউবগা অনীসি তৎন-থানবা যাদবা মৰী অমা লেঙদনা লৈ। মীৎয়েং অসিগী মতুং ইন্না মণিপুরী শৈরেংদা তাবা লাই হৰাউবগী মমিদু মপূং ফানা যেংদুনা নৈননবা লাই হৰাউবা হায়বসি কবিনো অমসুং মসিদা অঙনবা মতমগী মণিপুরী শৈরেংনা কৰম্না চঙশিনবগে অমদি থেঙথবক্লবা মতমদা মণিপুরী শৈরেংদা লাই হৰাউবনা কৰম্না চঙলকপগে হায়বদু নৈনদুনা যেংবা তাই।

### লাই হৰাউবা করিনো?

লাই হৰাউবা কবিনো অমসুং কবিবু লাই হৰাউবা কৌই হায়বসিগী মতাংদা তোঙান-তোঙানবা অখঙ-অহৈশিংগী ৱাখল্লোন থেংনৈ। মণিপুর ৰাজ পণ্ডিৎ লোয়শঙ সনাকোনুংগী পণ্ডিৎ অচৌবা ওইবম্বা মোইবাংথেম চন্দ্রসিংনা লাই হৰাউবা হায়বা ৱাহৈসি 'লাই হোই লাউবা' হায়বা ৱাহৈদগী থৈথখিদুনা লাই হৰাউবা হায়বা ৱাহৈ অসি থোকখিবনি হায়বগী ৱাখল্লোন ফোঙদোকই।[১] মোইবাংথেম চন্দ্রসিংগী ৱাখল্লোনসিদা যাওবিবা 'লাই হোই লাউবা' হায়বসি কবিবু কৌবগে হায়বগী মতাংদা ঙাবিয়ানবম কুলচন্দ্র সিংহ পণ্ডিৎ অচৌবনা অসুম্না শন্দোক্লা হায়—

'অশীবন পৃথিবী শেম্ব লোইবগ তাইবঙপান অসিদ পান্নব জীব শেম্বগী মৰমদ নুংবঙনন লৈবিঙেদ গুরুন মযা কাথোক্লুন গুরুগী পীবুক্কুংদ তাইবঙপান্দ পান্গদব জীব পূম্নমক উৎপিব অদু উবদ অশীবন নুংঙাইবগ লোয়নন লাউদুন হোইদোক্লকপ অদুবু 'লাই হোই লাউব' কৌই। মাদুগী মতৌ তমদুন মীওইবন লাইন পেন্নব শান্নববু লাই হৰাউবা কৌই।"[২]

লাই হৰাউবা হায়বা ৱাহৈসি লাই হোই লাউবদগী পোক্লকপনি হায়বা ৱাফমসিমদি সনাকোনুংগী পণ্ডিৎ লোয়শঙগী পণ্ডিৎ অযাম্বনা লোয়না যানববা ৱাফমনি। মৰমদি ৱাফমসিদা মতম অমা পণ্ডিৎ অচৌবা ওইবম্বা হিজম ইবোবীনসু মাগী 'লাই হৰাউবা' কৌবা লাইবিক্তা অদুম্মক মযেক শেংনা পল্লি।[৩] পূম্নমকসিগী মৰমদি ৱাফম অসি লাই হৰাউবা হায়বা থৌৰমসিগী ৱাৰী লীকখুন মৰীক চুম্না তাকপা অমদি মসিগা শাগোন্নবা ঈশৈ কয়া ইবিবা লমদমসিগী লৈশেমলোন, মীশেমলোন অমদি নমু পোংশেমলোনগী মৰমদা শুগাইনা তাক্লিবা 'লৈথক লৈখাবোল' কৌবা পূযা অসি মযুম্ফম ওইবননি। মৰমদি পূযা অসিদা লাই হৰাউবগী মতাংদা অসুম্না পল্লি—

'গুরুকি মাপুক মানুংতা লৈপা খৈপীকনা।। মাথোক্লকঙইকি।। অসৈ সকনাপাতী।। হোয় হোই হা হা হা।। হোই হ হা হা হা।। হেবিল লিল্লে হেবিল্লা।। হাযুতে খুল্লাযতে।। হৈযাহে হইযাতে।। আতুপু থোইনা হাবাওপা।। লৈপানেতা হা হৌ হওনে ২৩।। হৈনাকেতা।। হাবাওনা থোক্লকঙইকি।। আসে সকনা-লকপাতী অসীনে।।"[৪]

লাযবোন্দা লৈজবা ৱাবীনা অমনি। অদুবু ৱাবী নৎত্রগা থৌবমসিদা যুম্ফম ওইবগা তোঙান-তোঙানবা অখণ্ড-অহৈশিংনা লাই হবাউবগী নুংগী ৱাহন্থোক তাক্লবা হোৎনবা থেংনৈ। যুম্নাম তম্ফাজাওনা লাই হবাউববু মশক অসুম্না তাকই—

'মীওইবা ঐখোযদা পোকপদগী শিবা ফাওবা পুন্সি মতেক অসিবু লাই হবাউবা কৌই। হাযবদি — পোকপনা লাইহৌ, হিংলিবা পুন্সি মতেক অদুনা লাই হবাউবা, শিবা নুমিৎপুনা লাইবোই কৌই। মীওইবা ঐখোযনা হবাউ তযাম্বগী লংলা মতৎ অমদা যান্দুনা সোযহৈদ্রবা অশিববু কাউথোক্লুনা হিংনবি। মসিবুনা মীনা হবাউবা কৌই।'[৫]

যুম্নাম তম্ফাজাওনা উমংলাই হাযবসি তাইবঙ হকচাংগী মনুংদা লৈবিবা লাই ওইনা ৱাহন্থোক পী।[৬] অদুনা উমংলাই হবাউবা হাযবসি তাইবঙ হকচাং মনুংদা লৈবিবা খোইযুম লাইশিং হকচাং মনুংদা হবাউনা শান্নবা হাযবদি তাইবঙ পুন্সিগী কুম্মৈ শান্নববু উমংলাই ওইনা হায। মসিবু পাদম লাকশিল্লগা পান্দা ঐখোযনা উমংলাই হবাউবা হাযবা থৌবম অমা শান্নবগী ৱাফম মাগী-'মৈতৈ লাই হবাউবগী ৱাঙউলোন' কৌবা লাইবিকশিংদা পনবা থেংনৈ।[৭]

ঙাংবম কুমার মাইবীনসু মাগী "কংলৈ উমংলাই হবাউবা" কৌবা লাইবিক্তা যুম্নাম তম্ফাজাওগী ৱাফমসিগা হাইবপ মান্নবা মওংদা ৱান্থোক পীদুনা উমংলাই হবাউববু অসুম্না মশক তাকই—

"নুমিৎ থা থৱানমিচাক্কী মঙালনা যৌবা ঙমদ্রবা অশুকপা উমং মা লৈ। হাযবিবা উমং অসিদি তাইবঙ হকচাংবুনি। শিংলি-নাওবি, লু-তোং কযা অমা মশা মবেং ফন্না হকচাং পোল্লাং ওইদুনা মদুগী মনুংদা থৱায মানা কাযদোংলগা অচঙবা অহিংবা তাইবঙ পুন্সি হায়বদু ওই। মফম অসিদগীনি মপু মহাক্না হোইদোবক্লুনা তেংপানবা অসি লৈশেম নোংশেমখিবনি। অদুনা মপু মহাকপু যাওদ্রবদি অচঙ থৱায অমসুং পুন্সি হাযবদু ওইববোই। অশুকপা কযাৎ লাংপুমনুংদা লোৎলিবা মপু মহাকপু নীংশিংজদুনা মহাক্না ওইহল্লক্লিবা তেংপানবগী লৈশেম নোংশেম্বনি। হবাউখিবা খুদিংবু নীংশিংদুনা থৌবম পাঙথোকপা অসিবু ঐখোযনা "উমংলাই হবাউবা কৌবতনি।"[৮]

সনা কোন্নুংগী মাইবহনবা শমচেৎশাবম কোন্দুম্বনা তাইবঙ হকচাং মনুংদা উমং ৯ যাওবি, অসিগুম্বা উমং ৯ না পুল্লবা তাইবঙ হকচাংবু উমংলেন কৌই হাযবগী ৱাখল্লোন ফোঙদোকই। অসিগুম্বা উমং ৯ অদুদি ১) ও মাঁব উমং (ওয়গী কমখোঙ মিহুল), ২) লিমবি উমং (ওয়থংবা নাকতোনগী মিহুল), ৩) থামবি উমং (ওযগী খোমখা মিহুল), ৪) মিমাবি উমং (থজিল থম্বালগী মিহুল), ৫) সনা শুমদিন উমং (খোযদৌ থম্বাল অকুৎপগী মিহুল), ৬) যাইমক উমং (যেৎকী খোমখা মিহুল), ৭) মীমক উমং (যেৎকী নাকতোন্দা লৈবা মিহুল), ৮) নিমবি উমং (চনীংদা লৈবা মিহুল), ৯) শিমবি উমং

(যেৎকী কমখোঙ মিহুল) নি হায়বনি অসিগুম্বা উমংশিংসিদা লাই অমমম্মা কাযদোংদুনা লৈবি। অসিগুম্বা চযোল ৭ পুবা লাইশিংনা তাইবঙ হকাংদা লৈবগা মখোযগা লোযননা ঈশিং থোঙ অমসুং পেংথোঙগী লাই অনীসিমগা হাপচিল্লগা উমংলাই ৯ শাবগী ব্রাসু পল্লি। অসিগীসু মথক্তা ঙসি (অসি) হযেং হংচিংনচিংবা মতমশিংসি পুবা লাইশিংগী মথক্তা খেন্দোং অমসুং পূংলূপ পুবা লাই অনী অমগা হার্পচিল্লগা উমংলাই ৯ শাবগী ব্রাসু থেংনবি।[১] শম্মা হাযবনদা উমংলাই মাপলনা তোঙান-তোঙানবা শক্লোন্দা লৈবগী ব্রাফমনি। অসিগুম্বা উমংলাই মাপল অসিবু লাইবুংথৌ মাপল ওইনা গুক সিদবগী হকচাং কযাৎ মাপলদা কাযদোংহল্লগা উমংলাই হবাউবা শান্নবকপগী ব্রাফম অমা শমচেৎশাবম কোন্দুম্বনা মাগী উমংলাই হবাউলোলদা পল্লি। লাইবিক অসিদা মহাক্লা হায—

"কুকশিদবগী হকচাং কযাৎ ৯ মক্তা নুঙাই ইথক হওবক্তুনা হুমাং লাইজ ইচেন্থবকপনা লৈমবেল শিদবীগী ঈবম ৭ কী ইবেলপুংদা তুংশিনখি। মসিবু লাইবংথৌ ৯ না ইচাইবগা লাইনুবা ৭ না ইশোকপা কৌই। অশুম্না তাইবঙগী মপু ওইলিবা লাইনা হবাউ নুঙাইনা ইশোক ইচাইবীদুনা লাইগী শিন্থা লেপ্তুবনা তাইবঙপান্না হন্না-হন্না পোক্তুনা পুন্সি লমদাং মুৎহন্দববু 'লাই হবাউবা' কৌই।"[ ]

অসুম্না লাই হবাউবা অসি পা পী অনীগী হবাউ নুংঙাইবদগী পোক্লকপা তাইবঙ হকচাং অসিবু অবোই অথম লাইদনা পোকপা শিবগী চগোনুংদা উক-উক লৈদুনা চংলিবা থোঙচৎ অসিবু শমচেৎশাবম কোন্দুম্বা মাইবহন্না উমংলাই হবাউবা হাযনা লংথোক্লবনি।[ ]

অসিগুম্বা উমংলাই হবাউবা নংত্রগা লাই হবাউবা হাযবসি লাইবৈবাক্তা লাইনা হবাউবম্বদগী মমৈদা তাইবঙ মীনা থেংনকবদগী মতৌ তমদুনা হবাউনবকখিবগী বাফমসু চকপা শরাংবনা শাতানবা চৎপদা কৌব্র চীংদা অহোঙ যোযথোনবা থৌবম উকবদগী পাঙথোকাখিবগী মতাং নৈনবকপদা থেংনবকই।[১২] শম্মা হাযববদা উমংলাই হবাউবা নংত্রগা লাই হবাউবা হাযবসি তোঙান-তোঙানবা ব্রাহম্তোক পীদুনা মাযকৈ কযাদগী নৈনববসু লমদমসিগী লৈশেম-নোংশেমলোন অমদি নমুনোংশেমলোলগা শাগোন্নবা অমসুং লমদমসিগী ব্রাংউবোল কযা যাওববা থৌবম অমনি হাযবসিমদি শেংলে। অসিগুম্বা লাই হবাউবা হাযবা থৌবমসিগী পবিং শাগৎপদনি অঙনবা মতমগী মণিপুরী শৈবেংনা চাউনা মফম কল্লিবা। লাইফি শেংপদগী লৈথোম্বা ফাওবা চখবকপা লাই হবাউবগী থৌবম পবিংদা মকওইনা হিগাবোল, খোইজুলমওক, সনালমওক, তেংথাবোলশিং, যাকৈবোন, থৌগনশৈ, হোইগী-মবোল, নোংপোক পাম্থোইবীগী ঈশৈ, পাউশা ঈশৈ, অনোযবোল, পামযানলোল, লোংখোন ঈশৈ, চোংখোঙ ঈশৈ,

লাইকা ঈশৈ, লৌতাবোল, লৌকাশৈ, ঔগ্রী, খেঞ্জো, হিজিং হিরাউ, উযাল্লোল, মিকোন থাগোনবা অমসুং নোঙ্গাবোলনচিংবা পনবা যাই। ঈশৈ অমদি শৈবোলশিংসি অমমমতা ওইনা শৈবেং ওইনা লৌখৎতুনা নৈনবসু যাই। ঈশৈশিং অসি অমমমতা ওইনা লাচন্দুনা ইবম্বসু থেংনৈ অদুগা খবনা পুযা অমদা পূন্না যাওশিল্লম্বসু থেংনৈ। কবি-কবিগুম্বদা ৱাহৈ ৱাতা অমদি মবোলশিংদা খবা খজিক খেন্নবসু থেংনৈ অদুগা খবদনা হেন্না শাংদোক্লা ইবম্বসু থেংনৈ। খৃদম ওইনা যাকৈবগী মবোলসি ওজা-পণ্ডিৎ খেন্নবগী মতুং ইন্না তোঙান-তোঙান্না পুথোবকপশিংদু অসুম্না খবদং যেংবা য়াই—

১) চীংঙু খোইমোম লাইনিংথৌ
ইনুং ঙাল্লে যাওল্লো
হাওবৈ নোংপোক পাংবদা
সনা চীংদোম পোক্কগী
মশেক মঙান লোযননা
মঙাং গুরু চাকৱাযবে
কোবৌ নোংদোন ঙাল্লক্লে।[১৩]
(নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহগী মবোল)

২) যোইমযাই মালেম অঙানবা, খাগিনিংথৌ নহাশাফবদি
মকন্সীনিংথৌ ঙাংবচনুনা সনা হংজৈ যেৎনা শৎ
লৃপা হংজৈ ওযনা শৎনা, থোঙজীন নাতৈ কাঙ
চাবগী নাপৌ শৎলক্লেদো লাইনীংথৌ।[১৪]
(শমচেৎশাবম কোন্দুম্বনা মাযকৈ ঙাকপা লাই অমদি
মঙাং লুৱাং খুমন অহুম্নচিংববু হান্না তাইবগা
লাইদুগী লাইচৎলোন শমথবগা শক্কদবা
য়াকৈবগী মবোলনি)

৩) হযা হে ইপুংথৌ কৌপা চিঙনুং সোযবকলপাতা চিঙখোঙ
যাকৈপাপু লৈয়ে। আতব খোইযাঙপম মাসুমমাঙতা। থাঙঙা উপুলসি
তেবা কাঙলঙ মযতা যাকৈপাতী। সাৱা লুমলেলতাঙ।লুমলা পাফনথৌ।
চেকলা লুমলেলতু। থোংনাং তানতে ফিসাপানা ওনখিচেক ।[১৫]
(মযাংলম্বম গৌবচন্দ্রনা পুথোবকপা যাকৈবগী মবোল)

অসুম্না লম-লমগী যাকৈবগী মওং-মতৌ শৈথাদুনা যাকৈবগা মমৈদা হবাউবিবা লাইদুবু অমুক যাকৈবকই। অকোনবগী যাকৈবসিগী মবোলনা অসুম্না হায—

হৈযি হযা হযুম
চীংজু ইবুংঙো হৌবো হৌবো খোইযুম হৌবো হৌবো
যোইমযাই অঙানবা চীংখৈ ফিদুপ হুল্লক্লে
খোংদিং লৈনা কাঙলক্লে অঙান্না খিং খিং খেনগাবকপদা
অঙান খোঙলোন মাপন হাংলপবু ।[১৮]
(মযাংলম্বম গৌবচন্দ্রগী যাকৈবগী অনীশুবা মবোল)

চিংজু ইবুংঙো খোযযুম ইবেম্মা অনীমক ইনুংঙাললে ৱাঙাললে
লৈবক কাবা সন লাউবে, তাউগ্রা চিংগোই ঙামুললে। হা ইবুংঙো
হুইখৌ লাবা চিফেংলে যাংদৌববু চিদমলে। চিংখৈ লংদিং লৈন থহমন
হুল্লকলে। চবোই তেতু খোংলক্লে। [১৭]
(খুলেম চন্দ্রশেখবনা পুথোবকপা যাকৈবগী মবোল)

অসুম্না অতৈ-অতৈ শৈথাবোলশিংসু খর্বদি অদুম খেন্নবা থেংনৈ। মপুং ওইনা খেংবা মর্শক্তি লাচনবা শৈথাবোল নৎত্রগা ঈশৈগা লাচন্দবা শৈথাবোল নৎত্রগা ঈশৈগা তপ্না তপ্না খেন্নবকপসি মীবোল মথং-মথং লান্না মখা চত্থবক্লিবমখৈ খেন্নবকপসিনি। মবম অদুনা লাইবুংদা চীন্থাং যৈনা শক্ত-শোর্নবিবা শৈথাবোল, তেংথাবোল অমদি ঈশৈশিংসি শীজিন্নবিবা মাইব-মাইবীশিংনা পূযা-লাইবিক্তা কবম্না যাওবগে হাযবসি মতম মতমগী খবা-খবা যেংবদি চুমগনি। নৎত্রবদি নোংমা নোংমগী অসুম থৈদোকখিবনা মমৈদদি ৱাহল্লোক য়াওদবা নৎত্রগা খঙদবা ৱাহৈ অমসুং ৱাহৈ পবেং ঙাক্তা ওনখিবা যাবগী অকিবা চাউনা লৈ।

অসুম্না অঙনবা মতমগী মণিপুবী শৈবেংশিংগী মবক্তগী খোইযুম লাইগা মবী লৈনবা শৈথাবোল তেংথাবোল, লৈশেমলোন মিকোন-থাকোনলোলনচিংবা কযা অসি লাই হবাউবগী থৌবম পবিংদা থানবা যাদবা লাইবোল ওইনা অযাম্বনা লৈ। মসিনা মবাযচনবা মমিপুবী সাহিত্যগী মতমদা লৈবা শৈবেংশিংদসু মতম-মতমদুগী ৱাহৈ ৱাতা খবা হাপচিল্লগসু অদুম্মক মখা শমথদুনা লাকই। মবমদি লাই হবাউবা হায়বসিদি নীংশিংবা থোক্লবা মতমদগী ঙসিফাওবা অদুম্মক লীশাং শীৎনা চত্থবকপা থৌবমনি। মযাযচনবা মতমগী মণিপুবী সাহিত্যদি ৱাবেং সাহিত্য অমসুং অনুবাদ সাহিত্যগী মতমনি। মতমসিদা সমশোক ঙম্বা, চোথে থাঙৱায পাখঙবা, তখেলঙম্বা, সনামহী লাইকল, চীংথংখোম্বা

মহাবাজ গঙ্গা চংপা, পাখণ্ডবা নোঙ্গাবোল অমসুং লাংলোন্নচিংবা ফজববা ৱাবেং লাইবিকশিংগী মথক্তা বামাযণ, মহাভাবত, লক্ষ্মী চবিত, ধ্রুব চবিত, বাম নোঙ্গাবা, সনামনিক, বিবাট শাস্তুপলোন, ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা অমসুং অবোং নন্দকুমাবনচিংবা ট্রান্সলেসন অমদি এডাপটেসন ট্রান্সকৃযেসনগী ৱাবেং লাইবিক কযাসু পুথোকখি।[১৮] লুবিবদি মতমসিদা শৈবেংগী মপুং ফাবা লাইবিক ইথেং থেংনদে। মবম অদুনা মতমসিদা লাই হাবউবগী মমি তাবা শৈবেংশিং থিকবদা অমম্ববদা খূৎ মাকবা ওইনা থোকই। অদুবু মণিপুবী শৈবেংনা অনৌবা মতম লাকপদগীদি মওং অমদা নৎত্রগা অমদা লাই হবাউবা হাযবা থৌবমসিবু নৎত্রগা মসিদা য়াওবা লাইশোল শৈথাবোল, তেংথাবোল নৎত্রগা পাউশা ঈশৈনচিংবা খবা শৈবেংশিংদা শীজিন্নবা থেংনবক্লে। হিজম অঙাংহলগী 'খম্বা-থোইবী-শৈবেং' কৌবা মহাকাব্য অসিদা লৈবাংবদগী জগোয ফাওবগী তাঙ্ককসিদা থাংজিং হবাউবগা মবী লৈনবা মতাংশিং নীংথিনা যাওবি। তাঙ্ককশিংদুদগী মতেক অমতং লৌখৎলবদা—

খম্বা থোইবী অনিনা লৈন জগোয শাবকপা
* * *
মোইবাং থোংলেন অথৌবা থাংগী জগোয শাবক্লে।
থোংলেন হোইবু লাওবক্লে- "হোয় হোয় হোয-হোয হা হা-হা"
হেবিল্লে হযা-আ-হে, সিবু থোইনা হবাউবা
লৈবনে-লৈবনে সে-সে-সে সযানসিদা।
সযা শাগৎলো খম্বা! পাবি'বুংঙো শাগৎলো।।"[১৯]

কবি খ্বাইবাকপম চাউবা সিংহ-নসু মাগী 'থাইনগী লৈবাং' কৌবা শৈবেং লাইবিক অসিদা যাওবিবা শৈবেংশিংসি পাদ্রিঙৈদা লাই হবাউবগী ঈশৈশিং খবা হান্না মুন্না পাবিনবা হাযবি। মবক্তুদা পেনাবু খোংবা তাদখোই, চীংদা শাংপা ইঙেনলৈ, নোঙ্গৌবী নোঙ্গৌবী শাবিকম্বোং, হে থৱায মঙামক, শাবী লাউ লাউ, মযাই লৈকাই থম্বাল শাংলে, হৈবাং খোইনিদা, শন্দ্রেম্বী থোবক্লো, চেক্লা পাইখ্রবনচিংবা ঈশৈশিং হান্না পানবা হায়বা থেংনৈ।[২০]

বিনাসা মতমসিগী লময়ানবা কবি হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্রনসু মাগী তোনু লাইজিংলেম্বী কাব্য' (ফোঙবাঃ ১৯৮৩ ইং) গী অনীশুবা ঈথক কৌবা পন্দুপকী 'লৈপুন শেম্বা' কৌবা মতাংগী অহানবা হেক হৌগৎলকপসি থংজিং হবাউবগী অবাংলৈমা কবোক পোকপগী মতাংদগী হৌইঃ -

| | |
|---|---|
| ফাইবেন থাগী থাম্দা | ঙসি লাইবেন নোংজাদা |
| অয়াংলৈমা উমংলাই | কবোক চাইবা নুমিৎনি। |
| অয়াং লৈমা লাইমনাই | কুমাবগী মবানযাই |
| কুমজা খুদিং তিনদুনা | কবোক পোকফম ওইবনি।[১১] |

মতমসিগী শৈবেংশিংদা তাবা লাই হরাউবগী মমিদি ইচম চম্বনি। হায়বদি লাই হরাউবা হাযবা থৌবমসিগী মশক চাউবাক্না থাবা অমদি থৌবমদুদা নাযক নাযিকা অনী উনবা নৎত্রগা পূন্না জগোয শামিন্নবগী মবমদা শৈথাবনি। অদুবু মসিদগী খবা থেঙথবক্লবা মতমদদি লাই হরাউবা হায়বা থৌবম অসি মীতৈগী তাঙলবা অমসুং কাঙলুপসিবু মশক তাক্লিবা থৌবম ওইনা লৌনবক্লে। অসিগুম্বা থৌবমসিনা নোংমা নোংমগী শমজিল্লকপা অমদি মসিগী মমল খঙলক্তবদা কবি সঞ্জেনবম নদীযা সিংহনা অসুন্না পেন্দবা ফোঙদোবকই—

শরাং লাইগী লাইমাঙদা
লৈবাং লৈহুল তমদুনা
উদববা চেংলৌনা
নুংলোল মাযোক যাদুনা,
লাযত্রায় জগোয শাখিদ্রে
নোংদ্রাই জগোয উৎখিদ্রে॥[১২]
(লোইদাম কুইবে ঙাইজবা)

অসিগুম্বা লাই হরাউবা হাযবা থৌবম অসি আধুনিক মণিপুরী কবি এলাংবম নীলকান্তগী মখূৎ যৌবকপদদি তোঙান তোঙানবা রাহস্বোক থোকপা সিম্বল ওইনা শীজিন্নবা হৌবক্লে। মহাক্কী 'তীর্থ যাত্রা' কৌবা শৈবেংদা লাই হরাউবগী লাইবেল মথেক চৎপগী থৌবমদুবু ভাবতকী সম্বীধানগী অকনবা লীপুন ওইনা সিম্বল শীজিন্নবকই—

চৎলি মচা কাংলুপ অমনা
মমাগী ঈজৎ ঙাক্কদৌবিবনি হাযদুনা
লাইবেন মথেক্কী পল্লোন রাংমদা
হোৎনবি নাম্বোক্কদবগী থৌনা ফনা
অদুবু মর্যোক্তি নত্তে চুম্নগী লম্বী
পাখঙবগী পাফন চা কয়ানি
থেঙ্গৌবোল কয়াগী যাকাবুংনি।[১৩]
(তীর্থ যাত্রা)

মতমসিগী কবি লাইশ্রম সমবেন্দ্রনসু মাগী অঙনবা মতমগী শৈবেং লৈলাংবদা চীংখুবগী মমোমলোই অমত্তা পোকপী থাদোইনা শাবী মেলৈ লাংবগা লাংমিন্নবা লৈবাংদু লৈবাং লৈক্ষম কাযদবি শাৎলি। অদুগুন্না লৈবাংদনা ওসিদি মণিপুরী সাহিত্যদা লৈবাংলুসি হাযনা মাগী লেংমান্নবা কবিশিংদা হৌবকপনি। অদুবু মখা অমুক চথবকপদা মোইবাং থাংজিংগী লাইমাঙদা জগোয কৎপদা পেনাগী শৈহেক ইন্দুনা অমেঙবা সুবদা শৈবেংসু ইগনি। অদুগা মতম মতমগা চানবা অশাওবা, অথিবা, কবেম্নবা অমসুং লক্কবগী শৈবেংসু ইগনি হাযবগী অপান্না ফোঙদোবকই। 'ঐদি ঈশৈ শক্কনি' হাযবা শৈবেংসিদা কবিসিনা লাইহবাউবদা শকপা ঈশৈবু পুক্নীং শুমহৎপা অমেঙবা খোঙ্খোক্কী শৈবেং ওইনা শীজিন্নবকই —

মোইবাং থাংজিং লাইমাঙদা
খম্বা থোইবী অনিনা
হৈগা লৈগা কৎতুনা জগোয খুৎখোক কৎপদা
লৈশেম্বগী জগোযদা
পেনাগী শৈহেক ইন্দুনা
মোইবাংগী ঈশৈ শক্কনি। [-৭]
(ঐদি ঈশৈ শক্কনি)

মমৈদদি মাগী মমাঙ-লৈকাই থম্বাল শাৎলে (১৯৯১ ইং) কৌবা শৈবেংদা লাই হবাউবগী ঈশৈ মতেক অসিবু নুংঙাই যাইফবগী সিম্বল ওইবা রাহৈ ওইনা শীজিন্নবগা কবেম্নবা শৈবেংগী মহাউ হাপ্পা ইবকই —

ওইবোইদৌবে টি টি বোও
কুনশুবা শতাব্দীগী মনুংদা
মপুক ওল্লকলে ঠিকাদাব
মাঙবা তাবে থোং অসে
ঐনা হাপলিবা বিলামাটি
মপুক ওল্লকলে এঞ্জিন্নিযাব
ওঃ মাঙবা তাবে লৈবাক অসি
ঐনা শাবিবা যুমসিদি
ওহ্মোকপা মৈতৈ ওইখবে

ওহ্লোকপা লৈবাক ওইখবে
মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে
খোইমুনবু ইল্লে খোঙ্গবাবা।[২৩]
(মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে)

নীলকান্ত সমবেন্দ্রগী মতুংদা লাই হবাউবদা শীজিন্নবা ৱাহৈ ৱাতা শৈথাবোল অমদি চৎনলোনচৎপু অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী পাম্বৈ অমা ওইনা শীজিন্নবা অইবশিংগী মনুংদা শ্রীবীরেনসু অমনি। মাগী অহানবা শৈরেংগী লাইবিক "তোল্লবা শা-দুগী ৱাখল" (ফোঙবাঃ ১৯৭০) দা যাওবা 'চাফদ্রবা লাইগী যেন' হায়বা শৈরেংসিদা 'কে-কে-কে মো-মো" হায়বা লাই হাবউবগী মনুং চনবা ঔগ্রী চোংবগী মনুং চনবা শৈবোলসিবু শীজিন্নদুনা অনৌবা ৱাহম্লোক অমা পীনবা লাক্লবি। শৈরেংসিদা অইবনা চাফদ্রবা লাইগী যেন অদুবু কবি মশামক ওইনা লৌদুনা মাগী অনীংবা অপাম্বদু যেন্না কে-কে-কে হায়না খোঙদুনা ফোঙদোকপগুম ফোঙদোক্লি—

কে কে কে কে
মো মো মোমো
যাংগেন শম্বা শ্যাউ-শ্যাউ
লাইগী যেন্নি চাফদে।
সহব মযাযগী
লাংঙলবা হোটেল অমগী
মম্লবা কাচিন অমদা ফমলিবা
মশক মচু মাঙখ্রবা
লাইগী চাফদ্রবা যেন অমা
চাউববা পৃথিবী অসিদা মশাগী মফম অমতং থমজনীংঙি,
মযেক শেংনা
পৃথিবীদা তাকনীংঙি মশাগী মশক।[২৬]
(চাফদ্রবা লাইগী যেন)

মতুংদদি মাগী সনাগী কৈবাক (২০০১ ইং) গী থৱাযগী ঈচেল অমসুং শগোলতোংবা লাম্মী কৌবা শৈরেংশিংদা লাই হবাউবগী ঈশৈ কয়া অনৌ, অনৌবা ৱাহম্লোক পীবা মওংদা শৈরেংগী পাম্বৈ ওইনা শীজিন্নবকই। মমৈদদি অইবসিগী

'চৎলোইকো ঐ মফম কদাইদসু' (ফোঙবা ২০১০ ইং) কৌবা শৈবেং লাইবিকসিদদি পুন্সিগী নুংথিল মমৈ' কৌবা অশাংবা শৈবেংসিদা লাই হৱাউবগী নাহৈবোল, কোন্থাবোল, খযোমলোন্নচিংবা কযানা হৌবল্লগা পোক্লফম লমদম মীতৈ লৈমা ইমাবু য়াকৈ থৌগন চঙলকই। মসিদা য়াকৈবগী চপ চবা শৈবোলদু শীজিন্নবকই—

ঐগী পুন্সিগী লৈথবল্লবা নুংথিল মমৈসিদা
নচা ননাই ঐহাক্লা খম্মিন পেনা থাদা কোন
হৈত হৈত চৈজিং মাবু চিং
চৈজিং শবীক মাচা খীং
হযা লাউনা যাকৈবোলবু খঞ্জবি।
চিংঙু খোইমোম লাইবেম্মা
ইনুং ঙাল্লে যাওল্লো
হাওবৈ নোংপোক পাংবদা
সনা চীংদোমপোক্তগী
মশেক মঙাল লোযননা
মঙাঙ শুক চাকল্লাযবে।[২১]
(ইমাগী যাকৈ থৌগল লাংজবা)

অশাংবা শৈবেংসিগী লোইশিল্লকপদসু 'হযি হযা হযুম' হাযনা লোইশিল্লি। মথংগী 'ইনুংবুং' কৌবা পন্দুপ অসিদসু 'নোংপোক তেংথা' কৌবা শৈবেংসিদা নোংপোক নিংথৌনা পাম্থোইবী কাযনবগী তেংথাবোল ইবনি। মসিদসু নোংপোক পাম্থোইবীগী শৈথাবোল যাওবনা অনীগী লাই হৱাউবগী মওং মতৌ খবদি অদুম্মক নাকোইননা মমি তাই হাযনীংই। অদুগা লোইশিল্লকপদা শৈবেং লাইবিক অসিগী অরোইবা ওইনা 'থৱায় মিকৌ শৈবোই' হাযবা শৈবেং অমা যাওবি। মসিনা লাই হৱাউবগী লাই নোঙ্গাবোল লাক্কদৌববদা মচা মনাই ওইবশিংগী খুঞ্জাও লৈচাওনবা মিকোন থাগোনবগী চৎনবীদু খুদুং ইনবনি অদুনা হায়বকই —

হযা লাউনা শৈহৌখিবা, হাদা শৈহৌখিবা
হযুম হাযনা শৈবোইগেকো, হা শৈবোইগেদা দে।
থৱায মিবেন নঙবু খনিং নীক্লা নীক্লা নীক
কোনশিনজেযে হা কোনশিঞ্জেযে দে।[২৮]

অসুম্না মথং-মথং কোনশিল্লকপা অমদি থরায মি কৌশিল্লকপনা মমৈদদি কুমায থিংবদা লোইশিল্লকই —

লিকোল থবাক খায়বোক খায
সনা হংচৈ লোনবিযু,
সনাগী রাইখুদা লুপাগী শোজৈনা
শো ক্রক শো লোন
কুমায হাং, কুমায় থিং
থিং থিং কুমাব থিং
কুমায থিংলবনে।
হযি চা হযা তে, হযা সে হযা, লিকলাই ও
হযি হযা হযুম।[২২]

শ্রীবীরেনগী মতুংদদি মাগী অঙনবা মতমগী শৈরেংগী খুৎফোঙদোক মওংদা যুমলেম্নম ইবোমচানসু শন্দ্রেম্বী থোবক্লো নহুম পোঞ্জেন শাবীগে" তাযবা শৈরেংগী লাইবিরকসি ১৯৭৩ ইংদা ফোঙনক্লনা লাই হরাউবদা শক্লবা শন্দ্রেম্বীগী ঈশৈসিগী অনৌবা রাহম্নোক অমা পীননবা 'লোলশিনখ্রবা থোঙ' কৌবা শৈরেংদা হোৎনবকই —

পাইবম্মী লাইগী মচাশিংদুনা
সনাগী পীক্লবা মশাশিংদু থপ্লদুনা
শকখি ঈশৈ কপ্ল কপ্ল
"হো শন্দ্রেম্বী
    থোবক্লো থোবক্লো
নহুম পোঞ্জেন শাবীগে
লাই খুবাক খুবীগে
হো শন্দ্রেম্বী
থোবক্লো থোবক্লো।"[২৩]

মতুংদদি লমদমসিগী লাই হরাউবা, লৈশেমলোল, মিথ শিংজন্দ, ফোক বিলিবনচিংবা কযাদা যুম্ফম ওইদুনা অমদি মযামসিবু শৈরেংগী খুৎলায ওইনা শীজিন্নদুনা অবাম্নম ওংবী মেমচৌবী থোবকই। থাগী শৈরেং অযাম্নদা পুম্নমকসিগী মমি মযেক

লানা তাবা থেংনৈ। অদ্রোগী মৈ (ফোঙবাঃ ১৯৯০ ইং) দা নোং নুংশিৎ, চাহইন চবোং সাবকাল কৌবা শৈবেংশিংদা লাই হবাউবগী মমি তাই। অনৌবা মীবোলসিদা লাই তোংলবা মাইবীগুম থুগাইবসু ঙম্বা শেমগৎপসু ঙম্বা যাওল জগোয শান্নবা 'নোংলৈ নুংসিৎ' কৌবা শৈবেংদা শৈথাবনি অদুগা 'চহইন চবোং সাবকাল' কৌবা শৈবেংসিদনা লাই লৈত্রে হাযনা লাউবিবা অখঙ-অহৈশিং অদুগা অচম্বা মীওইশিংসু লাই হবাউবদগী মশাবু নাল্হোকপা ঙমদবা অমদি মসিগী থাজবদা লূপশিনবগী মতৌদু শৈথাবনি। অদুনা ইবকই —

ইবুধৌ পাখঙবন
কোংব লমযেংব সানন লমথোক্লকপদ
অহৈবসিংসু খঙদবসিংসু
লাওমীয়ৈ খুম্মীনৈ—
হো লাযনিংথৌ লাযবেম্বী মনাইসা
হো যাযা হোযা যা যা যা।(১)

অইবীসিগী ১৯৯৮ ইংদা ফোঙবা 'ঐগী পলেম নুংসিবী' কৌবা শৈবেং লাইবিক ফোঙলকপদদি 'ঐগী সৈবেং' কৌবা শৈবেংদা লাই হবাউবগী হিজিং হিবাউগী শৈবোলদুদগী নৌবগা শৈবেংবু বাকযৈ হি ওইনা অপাবশিংদা হোনজিল্লকই —

হি নওবু হোন্দেদা সৈবেং বাকযৈ হিবু হোনর্বান
হা হি হা হি হিও সমদে কবেঙা হবেংঙা।(২)

মতুংদা মগী 'ইদু নিংথৌ' ফোঙলকপদি অনৌবা মীবোলবু কংলাশা ওইনা উবকই। নহাবোলশিংবু মহাক্না ইদুনিংথৌ কৌবদুনা অনৌবা য়াওল অমগী ঈথৌলাংবা ফোঙদোবকপদা লাই হবাউবগী ঔগ্রী হংগেলবু শৈবেংগী পাম্বৈ ওইনা শীজিন্নদুনা হাযবকই —

খংহৌদনা ফাওগৎলকখি কংলা-সা
অনৌবা সাদোং অনৌবা ঈ অনৌবা থৌনা
* * *
বো বো ইদুনিংথৌ

থেঙ্গৌ সাবো থেঙ্গৌ
সাবো লৈসেম-লৈতাই থেঙ্গৌ।
* * *
ঔবি থাংদা উঙাম থাংদা
লিতোন ৱাযনা কোল্লবমএ।
হংকেল কোল্লো
হংকেল কোল্লো[২]

অসুম্না মাগী লৈসং (ফোঙবাঃ ২০০৮ ইং) দসু মিনু সনানু (লা ৭৫) হা হি (লা ১২১) অমসুং মিকোনবা (লা ১২২) নচিংবা শৈবেংশিংদা লাই হবাউবগী মমি নীংথিজনা তাবি। লাইবিক্কী লোইশিল্লকপদা মিকোন থাগোনবগী ৱাবোল অমা হাপ্লকপসিদি মাগী 'সন্দ্রেম্বী চৈশ্রা' (১৯৯৩ ইং) ফোঙলকপদগী হৌখ্রবনি। লমদমসিগী অবিবা লাইবিক ইবগী মচৎ ওইবতা নত্তনা মিকোন থাগোনবগী মওং সিদি লাই হবাউবগী তোকথদ্রবা লাইবোল ওইনা যাওবিবনি।

লাই হবাউবগী থৌদোক মচা-মচাশিংবু শৈবেংগী অনৌবা ৱাহঙ্খোক অমা পীনবা পাম্বৈ ওইনা শীজিন্নদুনা ইবা শৈবেংগী মচৎ অমা ১৯৯০ ইংগী মতুংদা লাকপা শৈবেংগী ঈহৌদা কয়া যাওবকই। মসিমক পোষ্ট মোর্দনিজমগী বেক টুদা ট্রেডিসন হাযবা মচলদুগী মচাক অমানি হাযনা লৌখৎপা যাই। যুম্ফমদি নীলকান্তগী তীর্থ যাত্রাদা থোনখ্রবনি অদুবু মশক থোক্না চোংখোকপা হৌবকপদি ১৯৯০ ইংগী মতুংদগীনি হাযবা য়াই। ঈহৌসিগী মচল অমা ওইনা ঐনসু হি নঙবু হোন্দেদা (ফোঙবাঃ ১৯৯৫ ইং) দা হি নঙবু হোন্দেদা কৌবা শৈবেংসিমক অদুগা থম্মোযনুংদগী (ফোঙবাঃ ১৯৯৯) কৌবা লাইবিক্কী 'কবীবদাস' কৌবা শৈবেংদা লাই হবাউবগী হিজিং হিবাউ অমসুং লাই নোঙ্গাবগী 'নোঙ্গাবোল' বু শৈবেংগী পাম্বৈ ওইনা শীজিন্নখি।

লোইশিল্লকপদা থমজনিংবদি লাই হবাউবা হাযবা মীতৈগী তৎন থানবা যাদ্রবা থৌবমসিগী তঙাইফদ্রবা লাইবোল ওইনা অবিবা মতমগী মণিপুরী শৈবেং কয়া শীজিন্নবম্মী। মসিনা মযাই চনবা মণিপুরী সাহিত্যগী মতম ফাওবা চখবক্লগা অনৌবা মতমদদি মণিপুরী শৈবেংদা লাই হবাউববু থৌদোক ওইনা শৈথাবম্বদগী মমৈদদি শৈবেংগী অনৌ অনৌবা ৱাহঙ্খোক পুবা ৱাহৈ, সিম্বল অমসুং পাম্বৈ ওইনা শীজিন্নবকই। অদুনা লাই হবাউবগা মণিপুরী শৈবেংগা তৎন-থানবা যাদবা মরী লৈনৈ হায়বা যাই।

## য়াওফম তাকপা

(১) ঙাবিযানবম কুলচন্দ্র সিংহ – মৈতৈ লাই হবাউবা (অহানবা শরুক) ফোঙবাঃ ১৯৬৩ ইং, লা ১ (মাঙজৌনবা ব্রাহৈ)
(২) মথক্কী যাওফম — লা. ১
(৩) হিজম ইবোবী, পণ্ডিৎ অচৌবা — লাই হবাউবা ফোঙবা ঃ ২০০৭ ইং (অনীশুবা খৃৎনম), লা ৫
(৪) চনম হেমচন্দ্র — লৈথক লৈখাবোল - ফোঙবা ঃ ২০১০ ইং, লা ১৯
(৫) যুম্নাম তম্ফাজাও — মীতৈ লাই হবাউবগী ব্রাঙউলোন - ফোঙবাঃ ১৯৯৩ ইং (৫বকশুবা খৃৎনম), লা ৩
(৬) মথক্কী যাওফম — লা ১
(৭) মথক্কী যাওফম — লা ১
(৮) ঙাংবম কুমার মাইবী — কংলৈ উমংলাই হবাউবা (ব্রাহৈ খবদং) - লা ১ ফোঙবা ঃ ১৯৮৮ ইং
(৯) শমচেৎশাবম কোন্দুম্বা — উমংলাই হবাউবোল - ফোঙবাঃ ২০১০ ইং, লা ১-৩
(১০) মথক্কী যাওফম — লা ১
(১১) মথক্কী যাওফম — লা ১
(১২) মথক্কী যাওফম — লা. ৩
(১৩) খেলচন্দ্র সিংহ — থাযনগী শৈবেং - ফোঙবাঃ ১৯৬৬ ইং, লা ১
(১৪) শমচেৎশাবম কোন্দুম্বা – উমংলাই হবাউবোল - ফোঙবা ঃ ২০১০ ইং, লা ৩৪০
(১৫) মযাংলম্বম গৌবচন্দ্র — য়াকৈবোন - ফোঙবা ঃ ১৯৮৮ ইং লা ১
(১৬) মথক্কী য়াওফম — লা ৩২
(১৭) খুলেম চন্দ্রশেখব সিংহ — লাই হবাউবগী লাইসোন - ফোঙবা: ১৯৮২ ইং, লা ৫১/৫২
(১৮) ডা নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ মসুং ডা থোকচোম ইবোহনবী সিংহ (সম্পাদক) — মণিপুবী সাহিত্যগী ইতিহাস ফোঙবা ঃ ২০০১ ইং, লা ৯৪/৯৫
(১৯) হিজম অঙাংহল সিংহ — খম্ব-থোইবী শৈবেং - ফোঙবা ঃ ১৯৮৬ ইং (অনীশুবা অপুনবা খৃৎনম) - লা ২৩২-২৩৩

(২০) ডা লমাবম কমল সিংহ অমসুং খ্বাইবাকপম চাউবা সিংহ লৈপবেং অমসুং থাইনগী লৈবাং — ফোঙবা ঃ ১৯৮৩ ইং, লা ১-৪ (অনীশুবা লাইরিক)
(২১) হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ — তোনু লাইজিংলেম্বী কাব্য - ফোঙবা ঃ ১৯৮৩ ইং, লা ১৩
(২২) টিঐচ থৌযাঙবা মৈতৈ — কবি শঞ্জেনবম নদীযাগী শক্লোল শৈবোল - ফোঙবা ঃ ১৯৯৩ ইং, লা ৩৬
(২৩) নীলকান্ত — তীর্থ যাত্রা - ফোঙবা ঃ ১৯৮৫ ইং, লা ৩৯
(২৪) সমবেন্দ্র — রাকচীঙগী কবিতা - ফোঙবা ঃ ১৯৯৯ ইং, লা ৮২
(২৫) সমবেন্দ্র — মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাংলে - ফোঙবা ঃ ১৯৯১ ইং, লা ২
(২৬) শ্রীবীরেন — তোম্বরা শা-দুগী রাখল - ফোঙবাঃ ২০০৯ (অনীশুবা খৃংনম), লা ২৩
(২৭) শ্রীবীরেন — চংলোইরো ঐ মফম কদাইদসু - ফোঙবা ঃ ২০১০ ইং, লা ৪
(১৮) মথক্কী যাওফম – লা ১০৩
(১৯) মথক্কী যাওফম --- লা ১৫
(৩০) যুমলেম্বম ইবোমচা -- শন্দ্রেম্বী থোবক্লো নহুম পোঞ্জেল শাবীগে - ফোঙবা ঃ ১৯৭৩ ইং, লা ১৫
(৩১) মেমচৌবী — অন্দ্রোগী মৈ - ফোঙবা ঃ ১৯৯০ ইং, লা ৩৫
(৩২) মেমচৌবী — ঐগী পলেম নুংসিবী - ফোঙবা ঃ ১৯৯৮ ইং, লা ৭৭
(৩৩) মেমচৌবী — ইদু নিংথৌ - ফোঙবা ঃ ২০০৫ ইং, লা ৫৫
(৩৪) লনচেনবা মীতৈ — হি নঙবু হোন্দেদা - ফোঙবা ঃ ১৯৯৫ ইং, লা ৯৯
(৩৫) লনচেনবা মীতৈ — থম্মোযনুংদগী - ফোঙবা ঃ ১৯৯৯ ইং, লা ৫৮

# লাই হরাউবদা পাঙথোক্লিবা লাইনীং-লাইশোলগী থৌরমশিংনা অরিবা মণিপুরী সাহিত্যদা পীবা ঈথিল

কুমারী ডা. ঙাঙোম একাশিনী দেবী

লাই হরাউবা মণিপুরী জাতিগী মশক উৎকপদা লৈনা সংস্কৃতিগী ফজরবা মশাক উৎপা থৌরমনি। মণিপুরগী অরিবা সাহিত্যগী মশক থিংদা হায়রবদি লাই হরাউবা নত্তনা অতৈ লৈতে হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। লাই হৌবদগী লাই লোইবা ফাওবদা থেঙনাবরা অসিদা সাহিত্যগী মচাক থল্লা যাওদনা লৈরি হায়দা হায়মনবা থোক্লোই। লাই হরাউবগী মশক অসি লাইনিং-লাইশোল লাইথৌ তিংথৌগী ওইবা শরুক্কি। মসিগী মতাংদা ডিক্সনারি ওফ এন্থ্রোপোলোজিদা পনরম্বা রাফম নীংশিংবা যাই ঃ

"Rite on Ritual a set or series of acts, usually involving religion on magic with the sequence established by tradition Rites are not likely to be so persistent as a cult They often stem from the daily life of a people [১]"

লাই হরাউবগী থৌরম মতাং খুদিংমক লাইশোল জগোয়, ঈশৈনচিংবগা শাগোন্নরি। মসিদা লাইনিংথৌ লাইরেম্মশিংনা তাইবঙ লৈশেম নোংশেমখিবরু শক্তম লাংদুনা ঙসিগী তাইবঙ চাদা-নাউদাশিংনা মখোয়বু পোকপিবকপা লাইনিংথৌ লাইরেম্মশিং অদুগী মফমদা হরাউ কুম্মৈগী মশক্তা থৌরিমল খঙবা উৎপনি অমসুং

---

[১] Dictionary of Anthropology E B Tylore, Delhi, Delhi, Ashuwani Goyal for Goyl sab Publishers & Distributors Indian Edition 1999, Page 457

থৌজানবিনবা থৌনিজবনি। থৌনিজবা অসিদা মখোয মখোযগা মরী লৈনবা শাগেগী নৎত্রগা লৈকাই খুনগী অকক্লবা লাইনিংথৌ লাইবেম্মা অদুতং নত্তনা লাইবুংথৌ মাপল লাইনুবা ৭ মাযকৈ ঙাকপা লাইশিং লৈথক লৈখাগী লাইযাম শবোয ঙাবোয অসিনচিংবা লাই তিন কযামকম যাওনা পাক শন্না খুকুম খাজংনৈ। মযাম্না থৌনিনবিবা অসি ইপা ইপু পোকপা লাইনিংথৌ লাইবেম্মনি হাযনা লৌনৈ। মতম অসিনা তাইবঙ চাদা নাদাশিংনা মখোযগী চৎনবী মরল ওইনা পাথাং-পৃথাং নাইনা ফংজবকপা লাইনিং লাইশোল জগোয-ঈশৈনচিংবা লৈজবা খুদিং হেক যাবিবমখৈ লাই হবাউবা হাযবা মখোযগী খ্বাযদগী চাউনা লূনা খঞ্জবা লাইগী থৌরম অসিদা হাপ্পবা হোৎনৈ। মসিগী মতাংদা জোন জে কোলিন্সনা মাগী লাইবিক্তা অসুম্না হাযবম্মী ঃ-

Religion has an altitude of supplication Human ask on beg the Gods for help This is often done On bended knee, "to our powerless and dependent state Such request are often accompanied by offerings on sacrifices to show our devotion and or earest desire *

লাই হবাউবগী লাইহৌ নাম ঙা ফজবা ফিবোল লৈতেংদুনা লাইগী থৌগল চঙনবা লাইপোং শুনা পুদনা থৌবাং চাউনা ইকৌবা চৎলি। ইকৌফমদা খোযুম লাইবম্ম ওইবা অমাইবা অমাইবীশিংনা লাইগী থৌরম কযা পাঙথোক্লুনা (লৈবাই যুখাংবা, খয়োম লাকপা কোনমাই হুনবা জগোয শাবা, লাই গেমগৎপা, অদুগা লাইশুমাঙ থৌনবা জগোযগা লোযননা অমুক লাই ঈবাবকই। লাইমাং থৌববদা লাই হিগাবোল শক্লুনা লাইগা নক-থাবা, কোনযাই হুনবা অনম অথৌনচিংবা কোকথোক চামথোকপগী লাইশোল কযা শোল্লি। লাইহৌ নোংঙানবদগী লাই লোইদ্রিবা ফাওবা অযুক্তা পেনানা যাকাইবোল ঈশৈ শকই, মাইবীনা লাইবাও চোল্লি, নুংথিলদা লৈ লাংই, জগোয শাবা অমদি মনোযবোলনচিংবা পেনানা শক্লুনা লাই নাওশুমই।

লাই হবাউবগী লাইবোই নুমিৎকী নুমিদাংদা তাম্বুল নুবাবী পাউবৌনৈ, লৌতাই অমদি লৌকাদুনা ঔগ্রী শান্নৈ, অসুম্না লাইগী ওইবা থৌরমগা লোযননা খেঞ্জো, পাউশা শকই, হিজিং হিবাউ শকপা লোযবগা লাই নোঙ্গাদুনা শবোয খাঙই। মতম অসিনা লাই হবাউবা অসি লাইনিং লাইশোনগা মরী লৈননা পাঙথোকপা থৌরমনি।

* Anthropology, Culture Society and Evolution Johnd, Colins New Jersy, Engle Wood Cliffs 1975 page 419

মতাং অসিদা এন সাইক্লোপিডিয়া ওফ সোসিয়েল সাইন্সনা "বিচুয়েল" গী মশক তাক্লদুনা মসি মশক লেপ্পবা অমদি কূপ্পা শীন্দোক্লবা শাজৎ থৌবমশিংগী শক্তম অমনি অমসুং মসি মকওইনা মশা মতোমতা তৌজবকপা থৌবমনি অমদি নাৎকী শক্তমগী মশক ওইবা থৌবমনি হায়না ইবিঃ

"Retual is a form of prescribed and elaborated behaviour and occurs both as the spontaneous invention of the individual, especially of the compulsion neurotic, and as a Cultural trait" [৩]

অবিবা মণিপুরী সাহিত্যদা লাই হবাউবগী বিচুয়েল মশকশিংনা তীনবনা অবিবা মণিপুরী সাহিত্য অসি চাউখৎহনবদা লাই তীনগী ৱাবীনসু নাকোযননা অচৌবা মফম অমা কন্দবা নত্তে। লাই-তীনগী ৱাবীগী ৱাবী ইংবাজিদা 'মিথ' হাযনা খঙনবিবসি তোঙান তোঙানবা ফোকলোবিষ্টশিংনা ধর্মগা মবী লৈনবা ৱাবী নৎত্রগা লাই তীনগা মবি লৈনবা ৱাবী নৎত্রগা লৈশেম নোংশেমগা মবী লৈনবা ৱাবী নৎত্রগা ইবাৎ থৌনীগী থৌবমশিংগা মবী লৈনবা ৱাবীগী মশক্লি হাযনা লৌনবি। মীওই কাংলুপ অমগী মনুংদা লৈবিবা নীংশিংবা থোক্লবা মতমদা থোকখিবা অচুম্বনি হাযনা থাজব, ধর্ম্মগা মবী লৈনবা, লাই নৎত্রগা লাইবেম্বী নৎত্রগা লাই-ওই মী ওই তৌবশিং নৎত্রগা ইবাৎ পূজাগী থৌবমশিং তাক্লিবা ৱাবীশিংনি। পি গোশ্বামিনা অসুম্না মশক তাক্লি ঃ-

"Tales which explainrituals and relate of Gods and spirits are usually colled myths" [৪]

পান্থোইবী খোঙ্কুল (খোঙগুল) ঃ অবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী মশীং থাবকপদা পান্থোইবী খোঙ্কুল হাযবা লাইবিক অসি মমিং পনবা তঙাই ফদে। অবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী মনুংদা থাক ৱাংনা লৈবা লাইবিক্লি হাযবদা হাযমনবা থোক্লোই। লাইবিক

---

[৩] Encyclopaedia of the Social Sciences, Vol XIII (13th rept, New York Machillan, 1959, P 396

[৪] অবিবা মণিপুরী সাহিত্যদা মিথ অমসুং লেজেন্দ সেমিনার ডা হুইবেম বীরাবি সিংহ (যেঃ ২৪ ২৫, ২০১০, লা ১)

অসিদা শীজিন্নবিবা লোন্দা পূদা অসি অবিবা লোন্দানা নম্মী। লাইবিক অসিদা 'পাম্ভোইবী' মীবা লাইবা হাযবগী রাফম অমা নৈনদবা যাবক্তে, লাইওন লাইচৎ হাযবিবা লাইবিক্কী মতুং ইন্না যেংল্লবদি পাম্ভোইবী অসি নোংথাঙ লৈমগী শাযওন্নি হাযনা পল্লি—

*"তাইবঙ পানবগী মপা মমা অনীমকপু ওইবিবী লৈমবেন শিদবীনা মহাক্তগী লাইখুবেম্বীনে, নোংথাঙ লৈমনে, অনীমকপু তাথোকএ মহাক্তা থানা লাই অহুম শুবে।*

*.. নোংথাঙ লৈমগী লাইনিং লাইচৎতি - পাম্ভোইবী তাম্ভোঙ লৈমা, লেমথোঙ লৈমা, লমতেং লৈমা, হৈনৌপোক লৈমা, চনিং লৈমা, নুংগোইবী, কোলোয লৈমা থুমলৈমা ঙাবৈমা, থাবৈমা, ফৌওইবী, যোংলৈমা রাতবৈ শিনহৈবী কোন লৈমা খাইপা নিংথৌচনু মোইনু চনু, লীকলাবীচা, যাইবী লৈমা, থোঙঙাক লৈমা খম্না যাংদৈ, নুংথোং নুংনাউবী, পুকশ্রীলৈম অসিনচিংবা।" ( অবিবা মণিপুরী সাহিত্য ইতিহাস. এন খেলচন্দ্র, লা ৭৭)"*

লাইবিক অসি মণিপুরী জাতিগা থাদোক্লবা যাদ্রবা ধর্ম অমদি ইবাৎ পূজাগী থৌবম কযাগা শাগোন্নবিবা লাইবিক্নি।

লাইবিক অসিদা পাম্ভোইবীগী মতিক মগুণ থাবকপদা কল্পনা কযাগা লোযননা মতাং চানা উপমা অলঙ্কার শীজিন্নদুনা লাইবিক অসিবু অপাবা মীগী থম্মোযদা পালহনবা ঙমহল্লি। তশেংনা লাইবিক অসিগী মতাংদা শিংথাবদুনা অসুম্না হায — " পণ্ডিৎ অসিনা পাম্ভোইবী খোম্বলদা বস যাওদবা কংলবা বিজ্ঞানগী রাবু বসনা থরায ওইবা ফজবা সাহিত্য অমা ওইনা উ৫ুনা মহাক্কী মহৈগী মশক তাকপগা লোযননা খৃষ্টগী নিপানশুবা শতাব্দীদা মৈতৈ সাহিত্যনা কবম্না থাক্লা লৈবগে হাযবা ফজনা উৎলি। মবম অসিনা ঐখোযনা পণ্ডিৎ অসিবু সাহিত্য অমসুং বিজ্ঞান অনীমক্কী নিঙথিনা হৈববা পণ্ডিৎ অমনি হাযবা ঙমই। (অ ম স ই এন খেলচন্দ্র সিংহ, লা ৭৬)।

অবোমদা লাইবিকসি লাই তীনগী রাবীগা মবী লৈনজববসু অরাংবা থাক্কী ওইবা অবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী থাক লেপ্পদা অচৌবা মচল অমা ওইবি। নোংপোক নিংথৌ অমসুং পাম্ভোইবী অনীনা অহানবা লাংমৈপুংদা ঈকজবিৎদা থেংনবগী মতাংবু অসুম্না থাবি ঃ-

তমপা হেক ঙাই মীনুংওন অঙৌপা মিৎযেং শানখৈনা মিৎলু কোল্লোয শাচেল নাম মিৎমৈ তেবাননা মিৎযেং শমচিনগা মোইকাই মোমোন নোকঙাইননা লমওক্লবকপতা অঙৌপা কাইনৌ চিংশেমপানা তমপা বাংঙম লেনপু ফৈবা তাস্তা থোংনা ঙকথী লুমলাং কোল খচাই লেংনোয চুপ যোযপু শকখোং মাযযোকনা রাঙম চিল সনা ফম্বাল চিললোকপা নিঙ তবেং লৈতকনানা পোমপী তুগুমপাপু চিলগোয চল তাউচিঙ হযওনথোক, খাকিলানা কনপা মকি লানা যোম্পা মুক্তা তোমথিন হাযপু তমপা থীকলেন লৈখোঙ পায, লৈবাং হাওন পূক্রিঙ নুংনৌ চননা অঙৌপা কোল্লোয় মতিল মেনপু

লাংপল চিঙশাং খোইরেল হীকুমপানা খ্রাহমলকয়ে। (মোইরাংথেম চন্দ্রসিংহ - পান্থোইবী খোঙ্কুল, লা ৪৮-৪৯)

নোংপোক নিংথৌ অমসুং পান্থোইবী অনানা লাই-হরাউবগী লাইবোই নুমিত্তা তাঙ্খুন নুবাবীগী থৌরম মতেক অমা যাওরিবা অসিদা অনীগী অরায অখুমদা ঙাঙনরিবা রাহৈশিং অসি যেংলুবগা মতমদুগী সাহিত্যগী থাক খ্রাংনা লৈবক্নী হাযবদা চিংননীংঙাই ওইদে। খুদম ওইনা লৌখৎচববদা ঃ

তাংখুল (নোংপোক নিংথৌ) ঃ হা ইবেম্মা, চিংশোম খুনুদি লমলৈমা লমগী খুনুদি থাবিকপী / চেক্লানা পামেল উকাথক্তবু তোংলদুনা হা ইবেম্মা চেক্লানা খোম্থাং অহুম্মক্তবু খোংবদি / ইশানৌ ইনেম মচা / লমদম তাম্লমক্তা লৈখ্রবী নিংঙোল ওইবীগী মপাওবু পুবকপ্রনে / চেক্লা নঙগী নপাওমক্তবু তম্মুগনা ঐতোন্দা।

নুবাবী ঃ ইতা ইবেম্মা পন্থৌগী পামাদ পাম্মান্দা
পামেল শম্বী থেনজাবু নথক্তা
চিঙগী খুনুদি থাদিকপি
লমগী খুনুদি লমলৈমা চেক্লানা
খোম্থাং নাইনা মতম খোংবদি
নিংঙোলসু লাইবক থাবীগা
পাম্মুবা মপাওব পুবকপবা ইতাবোই
ইশাবী মঙ্গা পাম্মুবা
লোইযুমগী মপাও নাংওল্লকপা মতম ঙাইবদ
লোইশাশিং যার্মাশল্লক্লে।
লাঙহৈগী কুমাশংসু পুমগা ওবক্লেকো ইতাবোই
চেকলাসু নপাও শেংনমক্তবু তম্মুগবা ইতাবোই।

তাংখুল ঃ হা ইবেম্মা শেম্লোই চিংজাওনিসু অরাংব
লংমাই খ্রাংববু চিংদা
নিংঙোলনা তবা চাকঙনমক্তবু চাবদুনা
লংমাই খুৎলং তবেংমক্তবু পুবদুনা
যোৎলৈ নোংথাং কুপ্লুনা তেম্পাক লালু শোই,
মালেম লৈকল তৌ
শেম্লোয লাওথোংবু কাংবদি
হাওনা পান্দোং কুপপবু
যোৎলৈ মশিং কযা শুববগেনে ইবেম্মা।

নুবাবী ঃ হা ইবুংঙো! তাংখুল শবমদি হাও পাখং
ইবুংঙো/ইপলগী শেম্লোই চিঙজাওনিবু
অৱাংবা/লমঙল তবঙ হযযাই ৱাংবচিঙ
শদু যাংগেল পোকপী চিঙদগী
হা ইবুংঙো তবাগী চাকঙলবু চাবগা।

খুদম অসিদা সাহিত্যগী মচল ওইবিবা শৈবেংদা অৱায-অখুমগী ধবন শৈলি অমা (Style) লাকপসি "লাই হবাউবা"গী পাঙথোক্লবিবা "অৱায-অখুম" (নোংপোক অমসুং পান্থোইবী) অসিনসু মযেক শেংহল্লি। অসিগুম্বা অৱায অখুমগী মওংদা নাযক নাযিকা (Actor Actress) অনীগী নাটকীয ড্রামাটিক ওইনা নুংশিবগী অহানবা ফাওবকপা মশক অদু প্রেমিক নৎত্রগা নাযক ওইবিবা অদুনা মাগী মাগী প্রেমিকাদা "খুদোল তৌবা" গী বিষয়দা ইর্বনি। শৃঙ্গার বসকী মশা অমদি "হাস্যাবস" গী নমুনাদা উৎপসু উবা ফংলি ঃ

পান্থোইবী ঃ নোংপোক মাইবা (মালং) হুমাইবা
নংনবু ফনা কেদ্না
খুবোম্না যাইবি লোর্নশিল্লে,
খদাংনা হাযজৌ শিজিল্লে,
নবাক্ত চুঙ্গোয যাবকলে
পাম্নোম্ম তাই ওন্নবকলে,
ননাদা নাচোম চির্নশিল্লে,
নংনা ফনা কেদ্না
তাংখুলগী শকমাম কাযবক্তে
কপত্রেং ফিজেৎ শেৎপদো
ঐনা পামদে হঞ্জখো।

নোংপোক নিংথৌনা অমুক ওক্লনা খুম্বগী মতাং ঃ
হাযগে নংবু নুংশিবী
ঈশিংবু শাযদুনা যোৎপবা,
তুমিৎপু লমবুনা থিনববা,
কৌজেংবু তেন্না পানববা,
লিলবু শৌনা যুববা
হল্লবোই ঐদি নুংশিবী

অবিবা মতমদা সাহিত্যক ওইবা শৈবেংনা চাওখৎলম্বসি অযৌবী থাক্লনি।

লাই হরাউবগী শান্নবিবা কুম্মৈ অসিদদি নোংপোক অমসুং পান্থোইবীনা নায়ক নায়িকা ওইনা পুক্লীংগী ওইবা ৱাবোল কয়াবু পাওবৌনদুনা অমনা অমগী পাউখুম পীনদুনা শৈশক্লে।

পান্থোইবী খোঙ্গুল অসি পাবগা মণিপুরদা মমাংঙৈদা চৎনবম্না লুহোংবা যুম-কৈ পানবদা মতমদুগী সমাজদা কবম্না চৎনবম্বগে হায়বা খঙবা ঙমই। পান্থোইবীবু নিংথৌ শাপাইবগী নুপী ওইনবা হায়ন-শিংনবগী মতাংদা মনাই লৈচোন হাওবাবদা হায়খিবা অমসুং মহাক্না হায়কুবা ৱাফম য়েংলবদা ঃ

*“তয়ম লৈচোল হাওবাপা নঙবু লাউ-ও,*
*হৈবাং খুত্তা শু, তাউচীং নাক্তা য়েপ খোইপু*
*পোংযোম শা হয়কু পোংতম শেমনা তম্পা*
*ৱাংঙমলোন পান্থোইপী তূপী ঙাংযেক চনূপু*
*মপল তুপী অঙনপা মতু লাইবেন অবেমপানা*
*পাচা থৌথিং নাতাপীবু লৈযে হায়রে তয়ম নঙনা*
*পাচা থৌথিংলু শেনকু ননমলু ও (পা খো লা ২২)।*

অসিদা নত্তনা হৌজিক ফাওবদা মণিপুরদা চৎনবিবা নুপী মযুমদা লুহোংদুনা লুহোংঙিবা নুপী কন্যা অদু সংকীর্ত্তনগা লোয়নন' সম্প্রদান লোইবগা নিপা মযুমদা থিল্লকপদা নিপা মযুমগী কোন্থোং চঙলমদাইদা দেউটি (মৈ) ঙকপগা থৌবম চৎনবিবা অসি লাইবিক অসি পাবগা খঙবা ঙমই। মতেক অমতং পল্লবদা ঃ-

*‘খাপা মযুমনাক যাংপা মশাইকোনতা তমপা*
*লাইপু লানা ৱায়থুংলবপাতা খাপা*
*হোইতোনকোকপম নিংঙোনপী মনুতেবা আনা*
*তম্পা মহুইবোনপু শীংচেপ মৈবা হাইচৌ*
*থান্না লমওকঙামযে। চামলৌ লামকোযবোট*
*পশোং ফিঙৌথানা কপোক ফা মনা হুন ।*
*(পা খো লা ৪৩)*

অসিদা নত্তনা লাইবিক অসিদা লাই-হরাউবগী হৌবকখিবগী মতাংদা মযেক শেংনা ইবি। পান্থোইপীনা খাবগী মযুমদগী চৎখিদুনা নোংপোক নিংথৌগী মনাক্তা লৈবে তাবদা মনেম মনু তেকতৎনা নোংমাইজিং চীং তান্না মমৌ-নুপীগী খোঙ্গুল লীখি। পান্থোইবী অমসুং নোংপোক নিংথৌ অনী অসি অচম্না মী নত্তে লাইনি হায়বা খঙলকপদগী মহাক্না হায়জদুনা পান্থোইবীবু খাবগী মযুমদা কৌথদুনা চাকলোন কত্তুনা লাইনি হায়না

খুকমজখি অমসুং খাবগীদা নোংপোক নিংথৌ পানথোইবীগী খুডম য়াদুনা লাইশঙ শাদুনা লাংখিবা রা পাম্থোইবী খোঙ্কুল লাইবিক্তা ময়েক শেংনা যাওবি। খুদম ওইনা পল্লবদা ঃ

*"হে তম্বা রাংঙমলোন্ নঙকিতমকপু মনু তেকঙা খাপা হোইতোনকোকপম নিংঙোনপীনা মতু চনু সনা লাংমৈবেমগী মন কৌ থাঙনা চোমলাং মাযকোযলেননা শিঙলেন লৈতোয যাৎনা লৈবাং কাযতোয চননা তীনতু লাইফম তাউনা উশোঙ্ লৈবা খিননা খোইমোম লাইফ যাবওযে।" (পা খো লা ১৪১)*

পাম্থোইপী খোঙ্কুল লাইবিক্তা মণিপুরী জাতিগী পুন্সি মহীংগা তৎন-থানদ্রবা মবী অর্মদি লাই হবাউবা হৌখিবগী রাবোল নীংথিজনা যাওবি। লাইবিক অসি লাইনীং লাইশোলগা মবী লৈনজববসু প্রমান পাম্থে উপমা অমসুং কল্পনাগী ফজর্বশিং অসিনা সাহিত্যগী ফজবা মহাও অমা ইবাই লাইনা পীবা ঙম্মি।

"পাম্থোইবী নাহেবোল" দা মকওইনা পাম্থোইবীগী তৌবা ঙম্বা, মতিক মযাইশিংবু শৈথার্বনি। পাম্থোইবীনা মশাবী নোংপোক নিংথৌবু নুংশিজবগী রাখলদা লাই ওং খঙদনা নাবগী মতাং লাইবিক অসিদা ইবি। মমা ইবেম্মা নামুংবীনা তোঙান তোঙানবা মফমদগী মাইবা কৌদনা যেংহৎলবা হোৎনবদা মহাক্না যাখিদে। মমৈথংদা নোংমাইজিং চীংদা পানবা লংমাই নংথৌ কাইনৈ চাংশোম্ববু কৌগে হাযবদা হবাওনা যাখি। মশাবী নোংপোক্না লাংঙনা যেংবদা তম্পা বাঙনলোঃ নাশন্নবম্মা অনাবা অদু ফাখি। লাইবিক অসি মণিপুরী জাতিগী লাইনীং লাইশোলগা মবী লৈনজববসু অবিবা মণিপুরী সাহিত্য চাওখৎহনবদা মতেং ওইবা লাইবিক্নি।

*(নাওরেম অমুযাইমা 'সংহ সম্পাদক পাম্থোইবী নাহেবোল অমসুং অমন শিকুমলোন, কর্কচিং, ১৯৭৭)*

## অনোযবোল

*অনোযবোল হাযবসি লাই হবাউবদা চঙদ্রবা যাদ্রবা যাম্না মক ওইবা লাইশোল* ঈশৈ অর্মনি। মাঙলমচৎ লাই হাক্তকপগী লাইশিংনা মতৌ কবম্না তাইবঙপান শেম্লকপগে, মফম কদাযদগী তাইবঙ ওইর্বশিংনা কবম্না লাকপগে অমসুং লাইশিংনা কবিগীদমক জগোযগী মশক্তা খুৎথেকনা খোঙথাঙনা অর্মদি মীৎযেংনা ফোঙদোকপগী থৌবম মওং, মফম্নচিংবা তাকপা রাবোলবু অনোযবোল হাযনা খঙনৈ।

অনোয়বোল ঈশৈ অসি মালেম লৈশেম্লোনগা যাম্না নক্লবা মবী লৈনৈ। অতিংকোক কুরুশিদবনা মালেম লৈশেম্নবগীদমক অতিয়া শিদবগা লৈমবেনগা পুথোক্লবা মতুংদা অশীবা অমসুং কোঞ্জিল তুথোকপা শেম্লগা মতুংদা লাইপুংথৌ মাপল, লাইনুরা তবেং শেমই। মযাম্না অশীবনা মালেম শেম্না হৌবকপদা মনাও কোঞ্জিল তুথোকপা হাবাবনা

মহৌ-মহৌ থুগাযবদগী মদুবু ঙাকথোক্লুবগীদমক কুকুনা ইহান হান্না খোযনৌ নোংথাং লৈমবু কুকগী খোযদগী নাতোন যেৎ-ওই নিংশা চপ মান্ননা লৈবিঙৈদা পুথোকখি।

অসুম্না লাইনুবা তবেৎ, লাইবুংথৌ মাপলনা লৈশেমখিবগী মওং মতৌশিংদুবু 'নোযবা' হাযনা খঙনখি। নোযখিবা মফমশিং অমসুং মওং মতৌশিংদুবু 'নোযবা' হাযনা খঙনখি। নোযখিবগী মফমশিং অমসুং মওঙ মতৌশিং অদুগী মবমদা ইবা ব্রাবোল অদুবুনা 'অনোযবোল' হাযনা খঙনৈ।

অনোযবোল অসি লাই হবাউবগী নীনিচনবা নুমিত্তগী হৌনা পাঙথোকই। অদুবু মসি পাঙথোক্লিঙৈগী মমাঙদা মাইবীনা লাইনুংদগী লাইবৌলা অদুগী লাখোক লোমদা লেপ্তুনা লাইবোমদা মায ওনশিল্লগ্য হোইবৌ হাযাগী হোইবৌ মযেক হাযা মযেক মথং মথং লাউগনি হোইবৌ লাউববা মতুংদা পেনা অশৈবনা 'হবিঙৈদা নোযবদি মৈনা ব্রাইনা নোযবে' হাযবা মতাঙসি ফাওবা খোঙফুকনা লেঙবা যাদে। অদুদগী 'হে তাংনা শমঙৈদা নোইযে' হাযবকপদা খোঙফমদি লেঙদনা হকচাংগী অতৈ শকক মখৈ ঈপোম পীনা লেঙবা যাই। ।

*অনোযবোল খূদম মতেক অমতং পল্লবদা ঃ*<br>
*হযিঙৈতা নোযপাপু / মৈনা ব্রাযনা নোযযে*<br>
*তাংনা শমনা নোযযে।*<br>
*কোবও তোনতা নোযযে।*<br>
*নোংমতোনতা নোযযে।*<br>
*খোযমোম পাবাতা নোযযে।*<br>
*নুংনাং কোনতা নোযযে।*<br>
*খোযমোম লাইবৈপাক্তা নোযযে*

ঈশৈ অসিনা সমাজদা পীবিবা ঈথিলদি লৈবাক অমা মবা তপ্পা ঈংনা পানবা হাযবসিনি। মসি ওইহল্লবগীদমক মকওইবা থৌদাং যাবা মীশক তঙাই ফদনা চঙই। মসি লৈশেম্বগী মতমদা পৃক্লীং পৃকচেলবু শুম্মৎযাই পুববী নীংথিববী নোংথাং লৈমনা হাবাবগী থম্মোয শুম্মৎলিঙৈদা সনামহীনা মালেম শেম্বা লোইবা অসিনা তাক্লি। মসিগী ব্রাবমদি মতম পৃম্বদা মাঙহন তাকহনবতনা মথৌদাং ওইববা মীশক মী ওই অদু কবিগুম্বা উপায অমনা মাগী থম্মোয অদু লাকশিনবা অমদি কোনশিনবা ঙম্লবদি খূদোংথিবা লাক্কদবদগী কঞ্জবা ঙমহল্লি। অমবোমদা মালেমদা লৈবিবা তাইবঙ ওইবশিংনা

ঙাবিযাম্বম কুলচন্দ্র সিংহ 'অনোযবোল চকপা হবাউবা' (ইম্ফাল : সঙ্গীত কলা সঙ্গম, ১৯৯২, লা ১০-১২

খুন্দা-লৈতাদুনা যুম্বাল কৈবান যুমলিং খুলিংদুনা পানবগী মশকসু মযেক শেংনা পীবি। অসিদা নত্তনা অবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী মচল অমা ওইবি।

ঔগ্রীঃ ঔগ্রী হায়বসি থৌবীগুম্না খুৎ শম্নবগা পবেং শানা কোয়বগা শকপা মমাঙউঙে লাই হাক্তক্তগী লৈবক্লবা লাইবোন ঈশৈনি। মসিদা মালেম লৈশেমঙৈগী মতমদা কোংলৌতোন লৌথিবা (অপানবা) না পুনুং থাঙপাক থাববু লৈশেম নোংশেম্বা লাই অশিবগী খুযা উফুলদগী শাখিবা শমতোন অযাংবনা নেথৎলবদা কোংলৌতোন্না শাওদুনা লাং থাক্তুনা লাংদা থুববা শমতোন অয়াংবগা কোংলৌতোনগা মুক্রা শান্নদুনা লোংখ্রৌ যেৎনবদা ঙম্নদ্রবা অমসুং মমৈদা লাইবেম্মা চাখা খোংচোংনুনচিংবনা কোযশিন্দুনা তেংবাংবদগী কোংলৌতোন্না লামতোন অযাংবগী কোকশেৎ শৎতুনা মকোই মবাং মতু মমান ফোযদুনা অমদি মশা কক্লুনা রাবকখিবগী রাবীনা মপুংনি। লাইবোল ঈশৈ অসিগী মতাংদা পণ্ডিত খেলচন্দ্রনা মহাক্কী অবিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস লাইবিক্তা অসুম্না উৎলি

> কোংলৌতোন লৌথিংবনা শামতোন অযাঙবা ফাবা অদুদা
> লাইবেম্মা চাখা খোংচোন্নুনচিংবনা কোযদুনা কোংলৌতোন
> লৌথিবনা ঙম্নবা শামতোন অযাংবগী মৎ মমে ফোযবনচিংবা
> তৌখিবা অদু নাংশিংননবগী মশক ওইনা হৌজক ফাওবা লাই
> হরাউবদা ওগ্রী হংগেন চোংবা হাযদুনা তৌনবি। ঔগ্রী চোংবদা
> যাওবিবা মাশিং অদু পবেং তৎহৈদে হাযদুনা যাম্না চেকশিন্না লুনা
> হোৎনৈ ঔগ্রী অসিবু লৈবোই নোংলোই ঈশৈ হাযনসু খঙনৈ।
> (এন খেলচন্দ্র অা মসাই, লা ২২-২৩)

'ঔগ্রী কোললৌরাক হংগেল কোনলো পাউতাকশৈ' নৎত্রগা শম্না 'ঔগ্রী হঙ্গেন হাযনা খঙনবা লাইবোল ঈশৈ অসি লাই হবাউবগী লাইবোই নুমিৎকী নুমিদাংদা তাঙ্খুন নুবাবীনা লৌ কাপ্তবা মতুংদা শকই। মসি লাইবুংগী মযাযদা পাঙথোকই। খুদম অমতং পল্লবদা ঃ

*হোইবৌ হযা হযা*

*হে হুপ হে*
*ঔগ্রী ও কোল্লো*
*লমলেনমদা মদাইমদা*
*কংলৈযোন্দা পুংমযোন্দা*
*যোহমযাযবু তাউদনববু*
*তাউবোইনাইবু অঙানববু*

পান্থোইবী খোঙ্গুলদা ঔগ্রী অসি নোংপোক নিংথৌ নোংপোক মালং হুন্মোইবা পান্থোইবীগা অনীগী হাক্তক্তা লাই হৰাউবা অমসুং ঔগ্রী শকপা অসি কংলৈদা কংলৈদা খাবা শোকচ্রোনবনা পাল্লিগুঁদা (খৃ ৩৩) হৌনা শক্রুবগ্নে হাযবা তাক্লি। ঔগ্রী লাইবোল ঈশৈ ওইজববসু অবিবা মণিপুৰী সাহিত্যগী মচল অমা ওইবি।

লোইশিল্লকপদা মৈতৈগী লাই হৰাউবদা মমিপুৰী জাতিগী মশক তাকপগা লোযনা অবিবা মণিপুৰী সাহিত্যগী ফজববা মশক উৎপা ঙম্মী হাযবদা হাযমনবা থোক্রোই। তশেংনা হাযববদা অবিবা মণিপুৰী সাহিত্যগী মশক অসি যেংলুববদি শৈবেংগী মশক্লা হান্না যৌবকখি। মকওইনা লাই হৰাউবগী লাইনীং লাইশোলগী মশক অসি ঈশৈগী ওইবা তাল ছন্দ নাইনা থীনবম্বনা সাহিত্যগী মশক ওইনা লাতম্লকপদা শৈবেংগী মওংদা লৈ হাযবা যাই। ঐনা লৌখৎচবিবা হীবম অসি "লাই হৰাউবা এণ্ড ওল্ড বিচুযেলিষ্টিক প্রোগ্রাম ওফ দ মণিপুৰী ইম্পেক্টিং এনসিযেন্ট মণিপুৰী লিটবেচব" হাযবসিনি। মকওইনা লাই হৰাউবগী থৌবমগা মবী লৈনবা সাহিত্যগী ওইবা মচলশিংতবু লৌখৎচবনি। তেল্লবা মতম অসিদা লোযনা কোনশিনবা ঙমজদে।

## মতেং লৌখিবা লাইবিকশিং


১। *পান্থোইপী খোঙ্খুল ঃ মোইবাংথেম চন্দ্র সিংহ সম্পাদক,* ৫শুবা ২০০৯।

২। *থিবেল লাযাৎ ঃ নামৈবাকপম ইবোচৌবা সিংহ, ১৯৬৭*

৩। অঙনবা মতমগী মণিপুৰী সাহিত্যদা ইমেৰ্জবি ঃ ডা থোকচোম ইবোহনবী, ১৯৯৭

৪। লইথক লইখাবোল ঃ শিন্দোকপা-চনম হেমচন্দ্র, ২০১০

৫। অবিবা মণিপুৰী সাহিত্যগী ইতিহাস ঃ এন খেলচন্দ্র সিংহ, ১৯৬৯

৬। অশম্বা মণিপুৰী সাহিত্যগী ইতিহাস ঃ কলচাঁদ শাস্ত্রী, ১৯৯৭

৭। লাই হৰাউবগী অনোই ৱাবোল ঃ এলাম ইন্দিবা, ২০০১

৮। মণিপুৰী সাহিত্যগী মমল লেপ্পা ঃ সম্পাদক হাওবম গৌবদাস সিংহ, নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি ইম্ফাল, ২শুবা খৃৎনম ১৯৯৪

**সেমিনার ঃ** ১। অবিবা মণিপুৰী সাহিত্যদা মিথ অমসুং লেজেন্দ ডা হুইবেম বিহাবী সিংহ

২। পোইবৈতোন খুম্থোক্তা, ঈবাৎ থৌনী অমসুং থাজনবী, তোইজম তম্ফা দেবী

থেসিস ঃ ১। লাইনীং লাইশোলগী ওইবা মণিপুরী খুন্নুং ঈশৈ,
ফোঙদ্রিবা ঃ সাপম বিজয়া দেবী

ইংরেজী ঃ 1) A history of Manipuri Literature Ch Manihar Singh, Sahitya Academy New Delhi, 1996
2) Dictionary of Anthropology E B Tylor, Delhi, Ashuwani Goyal for Goyt Sab, Publishers & Distributors, Indian Edition 1999
3) Anthropology, Culture Society and Evolution John J Collins, New Jersy Engle Wood Cliffs 1975
4) Encyclopadia of the Social Sciences Vol XIII, New York Macmillan 1959

# চে লান্থোকপীবিবশিংগী মরমদা শন্নপ্পা



**ব্রাহেংবম লুখোই সিংহ,** ইং কুমজা ১৯৩৫, ফাইবেনগী ১২ পানবদা নম্বোল খাথোংদা পোকই। অপোকপা অমসুং অপোকপীগী মিংনা তোম্বুং অমসুং চাউবীযাইমা কৌই। অইবগী শিনফমদি মাইবনি। ইনিংথৌ বুধচন্দ্র সনা হাক্তক্তগী অইবা মশাগী চহী ২২ শুবদগী সনা কোনুং থৌগল তৌদুনা লাক্লি। অহানবদা অমাইবা ওইবকই। মথংদা হীদং ফমথোল কাবকই। মথংদা হঞ্জবা ফম পুবকই। মথংদা পনা পণ্ডিৎ ওইবকই। অদুদগী পণ্ডিৎ অতোনবা ওইবকই। হৌজিক্লা পাণ্ডিৎ যাইমা ওইনা লোইশঙগী থৌ পুবি। মণিপুবগী কাচিন কোযা শিনবা থুংনা লাই হবাউবগী মাইবা ওইনা থৌসু পুবতা নত্তনা কাছাবগী লাইফম্লেন খবদসু লাই হবাউবগী থৌ পুবি। অইবগী যোম্ভথ্রবা লাইবিকশিংদি (১) হৈবেক চাঙ্গেইবোন (১৯৭০) অমসুং (২) লাই হবাউবা (১৯৯১) নি। হৌজক হৌজক লাই হবাউবগী নুংগী ওইবা মচত্তা যুম্ফম ওইবা লাইবিক অমা পুথোক্লবা শেম শাবি।



**ইবাবোৎ নিংথৌজা,** ইং কুমজা ১৯৫৫ গী ফাইবেনগী মঙানি পানবা নিংথৌকাবদা নিংথৌজম মঙ্গী অমসুং ইবেমপীশক অনীগী মচানিপা ওইনা তাইবঙদা খোঙদাবকখি। পোক্লফমদি শামৈবোং যাঙমথেল চাংমৈবোং মনিং লৈকাইদনি। পাম্মজবা অমা ওইনা খৃ ১৯৭৬ তগী হৌনা ওজাশিংগী মখাদা পুযা নৈনবকই। লাইনীংহন অহল ইবুংঙো অব্রাং ফমসুবা ধমলেন পীবাদা চংজখি। ধমলেন পীবা অহন ইবুংঙোনা পুথাংকোক খঙবীদুনা ইনিংথৌ ক্যাম্বা সনা হাক্তক্তা ফম্লেন কংলাদা অপোই মচা নিংথৌজাম্বা পণ্ডিৎনা লাতম্লম্বা ব্রাইশিন্নবীবম্মী। খৃ ১৯৮১ দগী পাবুং চন্দ্র সিং, পণ্ডিৎ অচৌবগী মখাদা পুযা কযা নৈনবা হৌখি। খৃ ১৯৮৬ তা ঙাবিযানবম ওজাগী মখাদা লাইগী থৌবম থৌদা কযাগা লোযননা পুযা নৈনখি। ঙসিদি পুযা কযা মাবিদুনা পুযাগা মবী লৈনবা লাইবিক ৪৭ পুথোকখ্রে। খৃ ২০০৩ দগী মণিপুব ষ্টেট সেন্ট্রেল লাইব্রেবীনা শিনবা চহী খুদিংগী পাঙথোকপা লাইবিক্কী মেলাদা পুযাগী লাইবিক্কী মবী লৈনবশিংগী ষ্টোল ঙসি ফাওবা

হাংদুনা শকক যাবি। লোযননা চহী খুদিংগী ব্রাকচিংগী ১২ নি পানবা ইমোইনু ইবাৎ নুমিত্তা নোংমগী ওইবা পুয্যাগা মরী লৈনবা লাইবিক্কী মেলা অমা পাঙথোক্লি। অইবগী মণিপুর লম্মীৎলোন কংলা থেম্রোন ১৪০ বু মশক খঙবীদুনা সমাতা সাহিত্য একাডেমী, মহারাষ্ট্রনা সাহিত্য বটনা সামাতা পুরুশকার নেসনেল এৱার্ড, ২০০৭ পীখি। খৃ ২০০৪ দগী লৈহৌ নুংহৌ শঙলেন পেনা লোইশঙগী পেনা হনজবা ওইনা ওজাশিংগী মখাদা থৌদাং লৌবি।

## ফোঙখ্রবা লাইবিকশিং

১) ইমোনু অহোংবী
২) ফৌওইবী লাইবেনবী
৩) সনামহি মীংথৈ লিশিং অমা
৪) লৈমবেন মীংথৈবোন
৫) পাখঙবা মীংথৈবোন
৬) পান্থোইবী মীংথৈবোন
৭) বার্কচিংগী তবানিথোইর্নি পানবা
৮) সনামহি ফম্বাললোন
৯) মীতৈ নিংথৌ সোংযাম্বা
১০) খুমন লম্পাক পুরাবি
১১) সনামহি লাইহুই
১২) চাওথোং হিদেন
১৩) লাইবেনবী নোংকুমলোন
১৪) নোংকুম নোংকাবোন
১৫) মীতৈ নোট পালা
১৬) সলাই অপোকপা
১৭) সাগৈ অপোকলোন
১৮) ফুংগা ৱাবি
১৯) পান্থোইবী লিক্লাং
২০) লুহোংবা নুমিৎ
২১) মণিপুর লম্মিৎলোন পাফন
২২) খুবাক মযি যেংবা
২৩) মীতৈ মযেক মপি লাইবিক
২৪) জ্যোতিশকী মকওইবা
২৫) খোইশাবোন
২৬) হৈসোই ঈপান থাবা
২৭) কংলা থেলোন ১৪০
২৮) যুমশাবোন
২৯) যুমলাই থকম্বা
৩০) মনা মশিংনা লাযেংবা
৩১) ঈশিং পুকচৎপা
৩২) নুংশঙ লাইযেং লাইবিক
৩৩) পেনা শৈশকলোন ৯
৩৪) লাইনিংথৌ থৌনিবোন
৩৫) কংলা শা পুৱাবি
৩৬) শজিবু চৈথাবোন
৩৭) পীশতাও থৌবমলোন
৩৮) কংলা থেলোন ১৪০ গী ব্রাঙ্গুউবোন
৩৯) ব্রাংব্রেন খুম্থোকলোন
৪০) কৌব্রু থেলোন
৪১) থাংজিং ফম্বাল
৪২) তোলোংখোম্বা ফম্বাললোন
৪৩) লোযাবাকপা মবললোন
৪৪) সলাই মিংথৈবোল থৌবম
৪৫) মাবজিং খুনথোকলোন



**কুঞ্জো সিংহ নিংঙোম্বা** (নিংঙোম্বম কুঞ্জো সিংহ) ডিসেম্বর ১৯৪০ দা নিংঙোম্বম ˘কুল্লা সিংহ মদি নিংঙোম্বম ওংবী বিজুবী দেবী-গী মচানুপা ওইনা ফোইজিং অৱাং লৈকাই, পি ও নম্বোল ইম্ফাল ৱেষ্ট, পিন-৭৯৫১৩৪ দা পোকই। মহৈগী থাক ঃ এম এ (মণিপুবী), সংস্কৃত শাস্ত্রী, বা ভা কোবিদ অমদি বি টি নি। তৌবুল হায স্কুলদগী হেড মাষ্টব ওইনা ২০০৪ দা থবক্তগী পোত্থাখি। পুন্সিগী অঙনবা মতমদগী ড্রামাদা থৱায যাওজবকই। হৌজিক হৌজিকমক পব্লিক থীয়েটব, নম্বোলগী বাইটব ওইবি। ১৯৭০ দা ওল মণিপুব ড্রামা ফেস্তিভেলদা দুর্যোধনগী শক্তম লাংদুনা বেষ্ট সপোর্টিং এক্তবগী মনা ফংখি। অইবগী লীলা কযাসু পব্লিক থীযেটবগী ফম্বাক্তা উংখ্রে। অইবসিগী ফোঙগ্রবা লাইবিকশিং ঃ ১) সম্রাট অশোক (ড্রামা-১৯৯২), ২) সুবগী লৈবাক্তা নোংমা (ৱাবী মচা - ১৯৯৭), ৩) খ্বাইদগী ফজবা ৱাবী মচা তবাহুমদোই (অনুবাদ-২০০৬), ৪) শৈবেং কুনমাথোই (অনুবাদ-২০০৭) (বাজপেয়ী), ৫) থৌনাওজম চাউবগী শম্নপ্পা পুন্সি ৱাবী (পুন্সি ৱাবী - ২০০৭) অমসুং ৬) মৈবি মসুং মঙলান (শৈবেং-২০১০) অসিনচিংবনি। নোহাখোলগী প্রসিদেন্ট ওইনা থৌ পুবম্মী, হৌজিকসু অচঙবা মেম্বব ওইবি। বাইটব ক্লব নম্বোলগী লাইফ মেম্ববনি। মণিপুবী সাহিত্য পবিষদ বিষ্ণুপুব ব্রাঞ্চকীসু লাইফ মেম্বব ওইবি।



**লনচেনবা মীতৈ** (১৯৬১ ইং) শগোলবন্দ মবুধৌ মন্ত্রী লৈকাই, মনীং লৈবক ইম্ফালদা পোকই। অপোকপগী মিং সগোলসেম লৈবাকমচা (জীলা) মীতৈ অমসুং অপোকপীগী মিং হৈক্রুজম নিঙোল সগোলসেম নুপীমচা লৈমা কৌই। লাইশ্রম নিঙোল সগোলসেম ইবেতোম্বী লৈমগা ১৯৮৯ ইংদা যুম পানবগী লম্বীদা খোঙদামিন্নদুনা যাইখোনবা অমসুং তাইবঙ ঙানবা কৌবা মচানুপা অনী লৈবে। হিন্দীদা এম এ অমসুং পি এচ. ডি ফংদুনা হৌজিক-হৌজিক ধনমঞ্জুবী কলেজ ওফ আর্টস, ইম্ফালগী হিন্দী ডিপার্টমেন্টতা বিদব ওইনা থবক তৌবি। চহী ১০ মুক মণিপুব যুনিভর্সিটিগী হিন্দী ডিপার্টমেন্টতা গেষ্ট লেকচব ওইনসু থবক তৌবম্মী। হৌজিক হৌজিক মণিপুবী লিটবেবী সোসাইটি ইম্ফালগী প্রসিদেন্ট ওইনা থৌ পুবি।

অইবসিগী লাইবিকশিংদা ফংখিবা মনাশিংদি ঃ

১) থোকচোম যোগেন্দ্র নীংশিং সনাগী মেদল (১৯৯৩ ইং)
নহাবোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি ইম্ফালনা পীবা
২) সম্মান পত্র (১৯৯৩ ইং)
মণিপুর হিন্দী পরিষদ, ইম্ফালনা পীবা
৩) তেলেম অবীব শেনগী মনা (১৯৯৯ ইং)
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা পীবা
৪) সাহিত্য একাদেমী এৱার্ড (১৯৯৯ ইং)
সাহিত্য একাদেমী নিউ দিল্লীনা পীবা
৫) কবি সম্মান (২০০৪ ইং)
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চনা পীবা

হৌজিক ফাওবদা ফোঙলবা লাইবিকশিংদি ঃ

১) ফৈনা চিংশিল্লক্লিবা লৈই (শৈরেং ১৯৮৮ ইং)
২) মীকপ থোক্লকপদা মঙলাক্লবা (ৱারীমচা ১৯৯১ ইং)
৩) যেংলু-যেংলুবদা (শৈরেং ১৯৯১ ইং)
৪) মান্নদবা মীৎযেং (ৱারী পিকক্র ১৯৯১ ইং)
৫) হি নঙবু হোন্দেদা (শৈরেং ১৯৯৫ ইং)
৬) মণিপুরী শৈরেং নৈনবা অমসুং অতৈ ৱারেং খবা (নৈনবা ১৯৯৮ ইং)
৭) থম্মোযনুংদগী (শৈরেং ১৯৯৯ ইং)
৮) নঙ্গ কবিতাগী হোংলক্লিবা মশক (হন্দোকপা ১৯৯৯ ইং)
৯) নুমিৎকী মঙালনা চাযথবকপদা (শৈরেং ২০০২ ইং)
১০) মণিপুরী শৈরেংগী হৌবকফম অমসুং মসিগী মশক (নৈনবা ২০০৫ ইং)
১১) মিংনবু কৈদৌৱেগে (লনাই ৱারেং ২০০৭ ইং)
১২) শাবন যুম্ফম (ড্রামা ২০০৮ ইং)
১৩) মণিপুরী সাহিত্যগী নৈন ৱারেং খবা (নৈনবা ২০০৯ ইং)



**কুমারী ডা. ঙাঙোম একাশিনী দেবী** (১৯৫৭, ললাম্বুং তখেল্লম্বম লৈকাই, ইম্ফাল) মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিজবা মীশক অমনি। সাহিত্যগী সংস্থান কয়াগা খূৎশম্নদুনা সাহিত্যগী সেবা তৌজবল্লি। মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটিগী (২০০০-২০০২ অমসুং ২০০৬-২০০৮) প্রসিদেন্ট ওইনা থৌ পুরম্মী। 'দ কলচরেল ফোরম মণিপুর' না ফোঙবা 'ঋতু' চেফোঙগী ইদিটোরিয়েল বোর্দ মেম্বর (২০০৫-২০০৭) নি। মণিপুরী লিটরেরী সোসাইটি, ইম্ফালনা ফোঙবা 'সাহিত্য লৈচল', খোমজিনবা শৈরেং লাইরিক 'নুপীগী খোঞ্জেল' অমদি 'খুনিং নেৎকে খুমাং নেৎকে' হায়রিবা চেফোং অমদি লাইরিকশিং অসিগী ইদিটোরিয়েল বোর্দ মেম্বর ওইখি। সেন্টর ফোর মণিপুরী ষ্টদিজ (এম য়ু) দা জুনিয়র রিছার্চ ফেলো অমদি রিছর্চ এসিষ্টেন্ট ওইনা (১৯৮৯-১৯৯৫) থবক তৌরম্মী। জৱাহরলাল নেহরু মণিপুর দান্স একাদমীদা রিসারদ পাস তৌখি। হৌজিক হৌজিক নাওরেম বীরহরি কলেজ, খুন্দ্রাকপমগী প্রিন্সিপাল ওইনা থবক পুরি।

মৈতৈ অমাইরী কৌবা লাইরিক (২০০৬) অমা ফোঙখ্রে। লাইরিক অসিদা মোইরাংথেম নবেন্দ্র সনাগী মেডল (নহারোল সাহিত্য প্রেমি সমিতি) ফঙখি। দ কলচরেল ফোরম, মণিপুরগী জেনরেল সেক্রেটরী (২০০৯-২০১১) ওইরি।

## নোহাখোলগী অপুনবা পোখোক

১) ইচেল (চেফোঙ)
২) নোং-ও চুথরো (অপুনবা-শৈরেং)
৩) লাক্লবদা জুন ১৮ (অপুনবা - শৈরেং)
৪) নোহাখোলগী ব্রাবীমচা (অপুনবা - ব্রাবী মচা)
৫) নোহাখোলগী ব্রাবীচা অনীশুবা (অপুনবা - ব্রাবীমচা)
৬) লাই হবাউবা অমসুং মণিপুরী সাহিত্য (খোমজীনবা নৈনা-বাবেং)

₹ 150/-

RINDA PUBLICATIONS
Rinda Library and Preservation Foundation Manipur
Sagolband Khamnam Leirak Imphal - 795 001

ISBN 978-81-910155-6-0